# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব



কীর্ত্তনে

দাসানুদাস

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব



অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

খৃষ্টাব্দ ১৯৮৬

সৌরবৈশাখ ২৮ ( মে ১২ ) নিংথৌকাবা,

অক্ষয় তৃতীয়া

প্রকাশন—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী চহী চাম্মঙাস্থুবা পাল্লনগী রাজ্যসমিতি,,
ইম্ফাল, মণিপুর ষ্টেট ( ১৯৮৫-১৯৮৬ ),

সংস্কৰণ —অহানবা ( ১৯৮৬ )

মুদ্রাঙ্কন—মেসার্স্ আর, বি, প্রিন্টিং হাউস্,
নাগ মপাল, ইম্ফাল
পিন নং ৭৯৫০০১ ( মণিপুর ),

কাপি মশিং ১,১০০ ( লিশীং অমগা চাম্মা ),



মমল লুপা ২৫ ০০



ফংফম—
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা বাজাব, ইম্ফাল।
পিন নং ৭৯৫০০১ ( মণিপুর )

# উৎসর্গ

কচ্চরি—

মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজদা
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী
চহী চাম্মঙাস্নুবগী পালন উপলক্ষদা
ঐগী পঙলবা খোর্জেইনা য়েকচবা
প্রেমাবতারগী
লৈয়িনা লাকপা পুনশিগী শক্তম।

কৃপাপ্রার্থী
মীনকেতন

# ৱাহৈ অমনিদং

গৌড়ীয় বৈষ্ণব অমগী মীৎযেংদদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদি শ্রীকৃষ্ণগী অৱতারনি—প্রেমগী অৱতারনি ; প্রেমগী ঠাকুরনি হায়না বাঙ্গালীশিংনা কৌনবি। অৱতারগী ভগবানগা অমত্তনি হায়রবগী ভাবতা লৌরগদি গৌরাঙ্গবু শ্রীকৃষ্ণনা ওইবগুম্না স্বয়ং ভগবাননি হায়না ফাওবা লৌনরিবনি। শ্রীরাধাগী প্রেম অদু হকচাং অমদা লৈহনা চুপচনিংবদগী—শ্রীকৃষ্ণগী অনীংবা অহুম পাঙথোক্লবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা অৱতার লৌবকপনি হায়নস্ত গৌড়ীয় বৈষ্ণব সমাজনা চেৎনা থাজনরি।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী চহী ৫০০ শুবগী চহী চুম্লগী পালন মণিপুরগী ষ্টেট কমিটিনা পায়থৎচখিবা কথাগী মত্তুংদা শ্রীগৌরাঙ্গগী নীংখিজবা পুন্সীৱারী অমত্তং ফোংদোকচনবগী থৱরকপদা কবি অমস্তুং সাহিত্যিক শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহনা অচৌবা ভার অসি লৌবীগে য়াবীখি। ফোঙদোকপদা থৱদং থেঙনা থোক্লবস্তু ওইরকইবা মশক্তি ফনা মপূং ফারে হায়জনীংই।

লাইরিক অসি গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা কোন্নজরিবা লাইরিক কয়াগী মুক্তমদা মপূং ওইনা চৈতন্য চরিতামৃতদা (মতাং চাবা শ্লোকশিংগা কোন্ননা) শাগৎপনি। ফোঙদোকলিবা মত অমস্তুং শাগৎলক্লিবা মশক্তি লেখকীনি। করিগুম্বদা কবিগী থস্মোয়না থাঙবা ঙমদহনা শচীমাতা অমস্তুং বিষ্ণুপ্রিয়াগী কায়নমৈচাক্তা লাইবক থীরবীনি হায়না তেংথাই। ভক্ত হরিদাস ( ছোট ) গী প্রাণত্যাগ তৌবা ফাওবগী দণ্ডীদা থাঙঙমদবা ঙংঙাইতবা ফোংদোকই। অদুবু কৃষ্ণদাস কবিরাজ-নদি হায়জরি—মধুর ওইরবা চৈতন্যলীলাদি সমুদ্রগুম্না লুবনি—মীনা থঙবা ঙমদে, ধীর ওইবা ভক্তদনা থঙই। শম্না হায়ববদা মণিপুরী সাহিত্যদা "শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব" হায়বা লাইরিকসি লেখকী শীংথানবা মারবা দান অমদি ওইরগনি। মসিদা শরুক থরদং য়াজবা ফংজরিবা মণিপুরগী ষ্টেট কমিটিস্তু লাইবক ফবনি।

শ্রীমীনকেতন সিংহবু অসিগুম্বা লাইরিক অমত্তং ফোঙজনবগী থুদোং চাবা পীবীবগীদমক থাগৎচরি। লোয়ননা চেকশিন্না শেন্নবীরিবা প্রেসকী মেনেজর শ্রীবাসবিহারী সিংবুস্তু থাগৎচরি।

ইম্ফাল
তাং ৫।৫।৮৬ ইং

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
জেনরেল সেক্রেটরী।

# ৱাহৈ অমনীদং

অবানবা চঙ্ডনবা ফনা হোৎনৈ অতুবু, য়াদে— হক্ত মচঙ্খি। পাঠক পণ্ডিতশিংনা সেমহিন সেমজিন পাবিগনি হায়না আশা তৌজ্জ। সমাজগী কৃপা নৈতনা খূৎনম অমুক চৎপা থোক্নবা সেমজিল্লগে।

পরিশিষ্ট নীংথিবা অমত্তং হাপকে নীংবনি—ঙমদ্রে। মসিমসু সমাজগী কৃপা মতুংইন থোকপদা মতাবে।

কৃপাপ্রার্থী

**মীনকেতন**

# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব

অমা

## নান্দী

অনর্পিতচবীং চিবাৎ করুণয়াবতীর্ণঃ কলৌ
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জ্বলরসাং স্বভক্তিশ্রিয়ম্।
হরিঃ পুরটসুন্দরদ্যুতি কদম্বসন্দীপিতঃ
সদা হৃদয়কন্দরে স্ফুরতু বঃ শচীনন্দনঃ॥

বিদগ্ধমাধব নাটক

( জগ ক থক ) পীনথ্রিবা মশাই ভক্তিশ্রী ( কান্তা প্রেম ) অয়োবা রস লূপ্নবা
পীনরগে হন্দক কলিদদি মুংশিবিরু লাক্লিবা
হরিনা শচীগী মপারি হেল্লসন্থ লেঙবা নৈত
চোয়নৌ মশেক মঙালগা থ্বায পূম্বই থম্মোই কাজুম খূদিংদা।

ভগবান প্রেমগী মশক্নি, মধুরনি, মাগী লীলা প্রেমলীলানি, মধুরনি, জগৎ লীলাগী ক্ষেত্রনি, মধুরনি, মী লীলাগী মীথিৎনি, মধুরনি, বিশ্বজগৎ মাধুর্য্যগী মশক্নি, মধুরনি। দশীদনা উই। শকথি অতুনোং বিশ্বকবিনা নোংমা—

মরিতে চাহিনা আমি সুন্দর ভুবনে,
মানবের মাঝে আমি বাচিবারে চাই,
এহ সূর্য্যকরে এই পুষ্পিত কাননে
জীবন্ত হৃদয় মাঝে যদি স্থান পাই।

নৈবেদ্য

শিজনীংদে ঐদি নীংথিবা নৈকোযন্থংসিদা,
হিংজনীঁঙি ঐদি মীওইবগী মরক্তিদা,
কোরৌ মঙানসিদা লৈশাৎ-তম্বা লৈকোলসিদা,
ফংজববা তুংভম থরাযনবা থম্মোই-লক্তা।

মাধুর্য্যনা ঈপোয়রবা ভগবানগী স্বষ্টি সিদা মতম মতমদা কালকুট ফাও-রক্তবা নত্তে, ফাওবকই, মায়ামোহনা কান্নকপনি। কুম্মি, চুপথোকই অদুবু ভগবান মহাক্কী অংকপা শক্তিনা হেক হেক—

যদা যদা হি ধর্মস্য গ্লানি র্ভবতি ভারত।
অভ্যুত্থানমধর্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম্॥
পরিত্রাণায় সাধূনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্।
ধর্মসংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে॥

ভগবদ্গীতা

অধর্মনা মরায় কাওলক ধরমনা মরায় হেক হেক
চায়থরকপা মতাং খুদিং তম্মি ভারত ঐ শক হেক হেক।
লানবিগে অফ-মীচৎশিং লোইশিনগে ফত্ত-শাজৎশিং
য়ানগে নৌহো ধর্মই লম্বী পোকই ঐহাক যুগ খুদিং।

পোকপদবু ভগবদ্ভক্তগী মশক্তা পোকল্লি অচুম্বা লম্বী তাক্লব'।

অহমেব দ্বিজশ্রেষ্ঠ লীলা প্রচ্ছন্ন বিগ্রহঃ।
ভগবদ্ভক্ত রূপেণ লোকং রক্ষামি সর্ব্বদা॥

নৃসিংহ পুরাণ

মানি ঐদি দ্বিজশ্রেষ্ঠ অথুপ্পা লীলাগী শক্তম।
শেল্লি জগৎ মতম খিবিক ভক্তগী মশক তন্না তম॥

লাকখি ঐথোয়গী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবমক ভক্তগী রূপ্তা। রাধাভাব, হরিভক্তি, জীবনিস্তার—মরম অহমগী দমক লৌরখিবনি গৌরাঙ্গরূপ—লীলাগী নীংখিবা শক্তম।

গোলোকঞ্চ পরিত্যজ্য লোকানাং ত্রাণকারণাৎ।
কলৌ গৌরাঙ্গরূপেণ লীলা লাবণ্য বিগ্রহঃ॥

মার্কণ্ডেয় পুরাণ

থাদোক্লম গোলোক পোক্লনি কলিদদি গৌরাঙ্গ ওইনা
লীলাই মশক নীংখিবদো লোক-ত্রাণ মরমচুনা।

জগৎকল্যাণগী ভক্তগী মশক লৌ জগৎ কোইরম্বা প্রেমাবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-দেবগী চরণদা পঙনা কল্লবা ঐগী ভক নোক্লবা ওইরসনু। প্রেমস্বরূপ ভগবানগী নাম সোন্না সোন্না জগোই চো'বদা চরণদা পকথিবা, থাংথিবা উফুল লৈরীক মথাদা জ্ঞান-লৈত্রবা ঐগী কোক তাজবা ওইবসনু। তৎপা লৈত ঐগী পাপকী চীল শকচবা ওইরসনু বিপ্রর্ষি বাসুদেব সার্বভৌমনা কৎলম্বা স্তুতি—

বৈরাগ্য-বিদ্য -নিজভক্তি-যোগশিক্ষার্থমেকঃ পুরুষঃ পুরাণঃ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-শরীরধারী কৃপাম্বুধি র্যস্তমহং প্রপদ্যে॥
কালান্নষ্টং ভক্তিযোগং নিজং য প্রাদুষ্কর্তুং কৃষ্ণচৈতন্য-নামা।
আবির্ভূতস্তস্য পাদারবিন্দে গাঢ়ং গাঢ়ং লীয়তাং চিত্তভৃঙ্গঃ॥
চৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক

বৈরাগ্য-বিদ্যা-মশাগী-ভক্তি যোগশিক্ষাগী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌনা
পোক্লরিবা 'মত্ত-ভায়বা পুরাণ পুরুষদা থোজাল-ইবেল চঙজে ঐনা।
মতম্না শিরবা মশাগী ভক্তিযোগ কনগে কৃষ্ণচৈতন্য কৌনা
লাক্লিবা মাগী মথোঙ-থম্বান্দা হোইজিঙৌ নথম্মোই-থোইমু তোম্না তোযনা।

প্রেম-নংলবা ঐগী থম্মোই লাংবা ওইবসনু তৎপা লৈত প্রেমগী ঈথৌ, চঙজবা ওইরসনু প্রেমাবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী চরণদা ভক্ত মণ্ডলেশ্বর স্বামী প্রবোধানন্দ সরস্বতীগী ময়াথং মতুংইন—

অবে মূঢা গূঢাং বিচিনুত হরের্ভক্তিপদবীং।
দবীয়স্যা দৃষ্টাপ্য পরিচিত পূর্ব্বা মুনিবরৈঃ॥
ন বিশ্রম্ভ শ্চিত্তে যদি যদি চ দৌর্লভ্যা মিব তৎ।
পরিত্যজ্য শেষং ব্রজত শরণং গৌরচরণং॥
শ্রীচৈতন্যচন্দ্রামৃত

যেংজো জান্দা নৌববশা হরিভক্তিগী থুপ্লবা লম
থঙনা থম্মিদ্রবা থাযনই মুনি কোক্লেলশিংনা থুপথি তাম।
জগৎনা ফংঙমদ্রবদুবু ফংলুনি করম কিববা,
চঙজো গৌরগী চরণদা তু'ওই লোইনা সংসার পুম্বা।

# অনী

# ৱাহৌ

কলেঃ প্রথম সন্ধ্যাযাং গৌরাঙ্গোঽসৌ মহীতলে।
ভাগীরথীতটে ভুবির্ভবিষ্যতি সনাতনঃ॥

পদ্ম পুরাণ

খোঙদারৱনি লৈ ভগবান কলিযুগগী তাঞ্জীন্দা,
গৌরাঙ্গ ওইনা ভাগীরথী-খোঙবাল-ওংবা লমদমদা।

গৌড়ীয় বৈষ্ণবধর্ম্ম শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা পীনরম্বনি। ধর্ম্মসি মবন্নাই তত্ত্ব'মা চৎলি। শ্রী, ব্রহ্ম, রুদ্র, চতুঃসন হাযনা খণ্ডনবা ভারতকী অতৈ সম্প্রদায পুন্নমক্কী মপূং ওইবা সম্প্রদায মবিনা চৎনবিবা তত্ত্বশিংদগী তোপ্তোপ্পবা অমনি থোইখোইবা। শাস্ত্র পুম্নমক চনবা, সাত্বিক পুরাণ অথোইবা শ্রীমদ্ভাগবতকা ভূমি ওইবা দর্শনগী অনৌবা নীংথিবা তত্ত্ব অমা ওইবনা গৌড়ীয় বৈষ্ণবমত হাযনা খঙনৈ। দর্শনদি অচিন্ত্যভেদাভেদবাদ হাযনা লাচল্লি। মবন্নাঃ তৎসি চৎপনা সম্প্রদাযনা গৌড়ীয় বৈষ্ণবসম্প্রদায ধর্ম্মনা গৌড়ীয় বৈষ্ণবধর্ম্ম কৌনৈ। গৌড়দেশকীনি হাযদুনা গৌড়ীয় হাযবনি। গৌড় হৌজিক্কী পশ্চিমবঙ্গগী থাযনভৈগী মিংথৈ 'মনি।

খ্রীষ্টগী কুমজা ১৪৮৬ তনি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা মালেম খোঙদাবা। মহাক্না খোঙদারবা মওং অঙকপনি। গর্ভদা থা তরাগা হুমদোইনি লৈবা। সিংহরাশি সিংহলগ্নদা পোকই। ষড়বর্গ অষ্টবর্গ অনী ভুনা ফৈ। গ্রহ পুম্নমক উচ্চনি। মশক ওক্না ফুংশিনা ফজৈ। মশা লৈতেংঙি চিহ্ন কয়ানা মহামঙ্গলগীনি খঙনবা। লমদাগী থানিল হুমিস্তুনি মহাক্না গর্ভদগী তাবা। গ্রহণ থোকই। গঙ্গাদা স্পর্শস্নান তৌদুনা বৈষ্ণবশিংনা হরিধ্বনি তৌরকপা, মুস্লিমশিংনা হুডাইবোই করিবোই মতৌ তমদুনা হরিবোল লাউরকপা, গঙ্গাগী খোঙচুং, তোর্ব্বাল, নবদ্বীপ জগৎ হরিধ্বনিনা পূম্লিল নিল্লকপা—তাঙ্গা অদুমক্তা খোঙদাই লৈদা চৈতন্যদেব। মপা জগন্নাথ পুরন্দর, মমা পোকপা মপু নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী ঈশ্বর থাজবা পণ্ডিত ওক্নি, পুনৈ মবুক্তা লাক্লিবা অঙাংসে নত্তে অচম্বা। থোল্লি মমিং নামকরণদা বিশ্বম্ভর—ভগবানগী অহকপা নীংথিবা নাম'মা।

নাম নিরর্থক্লি, কান্নদবা অরেম্বনি ছায়নৈ। চুমদবা নক্তে অত, চুম্মি অতুম। অতুবু, নিবৰ্থক ঙাক ওইবদি নক্তে, সার্থক্ল্ল অতুম মওই। চৎলি অতুম অর্থ, পাল্লি অতুম মিংফম। ধর্মশাস্ত্রগী ব্রাহ্মদি থাজবনা থাজবা, থাজদবনা থাজদবা, থম্ব থমখিসি। ইতিহাসরোমদা চঙসি, ঙল্লাং নহান্দগী ফোঙ ফোঙ শারিবা মিংফম অমনীদংদবু য়েংসি। বিশ্বকবি কবিতানা মঙাল ওই ঙানখি বিশ্বজগৎ, ওইখি রবিদ রবি (ঙমিত্ত ঙমিৎ)। ঋষি অরবিন্দ দিব্যজীবনগী তম্বনা ছুংশিবা মনম ওই ওইখি অববিন্দদ অববিন্দ (থম্বান্দ থম্বাল)। সাধক মুকুন্দ পীখি ভারত্তা মুক্তিগী মন্ত্র, য়ানখি মুক্তিগী লম্বী, ওইখি মুকুন্দদ মুকুন্দ। বাপুজী পীনখি ভারত্তা স্বতন্ত্রতা মশাগী নিষ্কাম কর্মনা ওইখি করমচাঁদদ করমচাঁদ (নিষ্কাম কর্মীদ কর্মী)। লোইবা নাইবোই থারুবগী, লৈবিবনি কথা কয়া, চাম্মা চাম্মা, লিশীং লিশী। মিংফম্না সার্থক ওইববা থেংঙি হেক্ত পল। পানখি, ইতিহাসগী পরেংসিদা ইচম চম্না লোববদস্ত, বিশ্বম্ভবগী মিংথোল। পিথকখি জগৎ প্রেমগী অমৃত, ঈংখি মরুক প্রেম নংলবা জগৎ। তুনখি জগৎ মথোঙদা, থঙনখি লাইনি—মানি প্রেমগী শক্তম। ওইখি অসুম বিশ্বম্ভর বিশ্বম্ভর-কৌবদো, ফোম্খি জগৎনা অথুপ্পা মশক।

চৈতন্য ভক্ত ঙকপা অঙাং ওইখি নবদ্বীপ পুম্বদা। পূর্ণিমাগী থানা মশেক্লা মঙালগা লৈদা কুম্নকপগুম, লৈমাযদা চৎলবগুম থোকখি নীংথিবদা। মিৎফম খুদিং ছুখি, গুমখি থম্মোই খুদিং। অদ্বৈতাচার্য্যগী আচার্য্যানী সীতাদেবী শচীদেবীবু লুনা তৌই। অঙাংনা স্মারমক্কুম ফজমনখিবা উবদা তিমু লাইমুগী থুকখি মবুক্লা, থোনখি মমিং, মথোয়না শোক্তনবনি, নিমাই—নিম্বক খাবা অঙাং। শচীদেবী মমা অমা ওইনা জগৎকীদা মরাযবক ধীপ্রবীনি। মচাম্পী নীপাল পোক্ল-শির পোক্ল-শির নংলবীনি। মাপলগুবদা লাকপা মচানীপা বিশ্বরূপ য়ুংলদ্দগী মথা থাজদনা অমকুং তারকপনি। মচা শিমন্নুনা শিদোবোইদ কিরবী তনিক তনিক হিংলবী থম্মোইনি। আচার্য্যানীগী প্রেমগী মিংথোলসি থোকখি মঙোন্দা অমৃত মতম। কৌজখি শচীদেবী মচাবু নিমাই মপুনশিচুপ্পা। মপানা থোঙবা বিশ্বম্ভব, মমানা কৌজবা নিমাই—মিংফম অনীমক হাপ্নখিদে নাপ্পদা কনা নিপা নিপী অমত্ত নবদ্বীপকী। কৌনখি মমিং মানা মানা থোকপা—কনানা গৌর,

কনানা গৌরাঙ্গ, কনানা গৌরচন্দ্র, কনানা গৌরহরি। অদুনোং ভক্ত পরম্পরা শক্লরকপনা শক্লরি ঙসি ভক্তশিংনা মাগী মন্দিরদা—

গৌরাঙ্গ সুন্দর
নব নটবর
তপত কাঞ্চন
নদীয়ার ইন্দু
... ... ...

ক্জবা গৌরাঙ্গ
তনৌবা জগোইবা
সনানি ফুদোংবা
থাজনি নদেগী

লৈরি মিংথোল অমসু চৈতন্যদেবগী। উথি ভক্তশিংগী শ্রদ্ধানা মঙোন্দা রাধাকৃষ্ণগী যুগলরূপকী নীংথিবা—অন্তঃ কৃষ্ণ বহিঃ গৌর ( মংদা মুবা পান্দা ঙৌবা )। খঙ্খি মথোয়গী ভক্তিনসু মানি মাদি ভগবান, অথুপ্পা লীলাগী মশক, ভক্তগী রূপ্তা লাকপা। থোনখি অদুনোং ভক্তশিংনা মহাকপু মহাপ্রভু।

রাধা কৃষ্ণ প্রেমগী মশক্তি, কৃষ্ণ রাধাপ্রেমগী—শক্লম্লিবদুনি ঠাকুর মহাশয়না—

কৃষ্ণ প্রেমময়ী রাধা, রাধাপ্রেমময় হরি

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব প্রেমগী পম্বেং মহাভাবকী মশক্তি—মশক্লক্তি। ভগবানগী মধুর-রূপকী অয়োবা শক্তম্লি—মাধুর্য্যমক্তি। শক্লৈ ভক্তকবিশিংনা অদুনোং কয়া থা-থাদুনা।

অমদি—

নীরদ নয়নে নীর ঘন সিঞ্চনে
পুলক মুকুল অবলম্ব।
স্বেদ মকরন্দ বিন্দু বিন্দু চুয়ত,
বিকসিত ভাব কদম্ব।

কি পেখলুঁ নটবর গৌর কিশোর।
অভিনব হেম কলপতরু সঞ্চরু সুরধুনী তীর উজোর।

মিৎল্লা নোং হৌবি নোং থিক্লি তৎপা লৈত নোং
হুল্লি য়েন্নীং তুনা থ্যাউ থ্যাউ হেক হেক।
চেল্লি হুমাং ঈবীক শিল্লবি অমৃৎ ঈন্নীক
তল্লি লৈশাৎ ভাব-কদম ফুং ফুং।
উই কন্নম নটবর গৌর কিশোর।
অঙকপনি কল্লি হায়নি সনাই কল্পতরু চৎপনি গঙ্গাই তোরৈ পৃমঙাল।

থাদ' ফজবা পূর্ণিমাগীনি, পূর্ণিমাগীদনা শরৎকীনি। শরৎকীনা ফজবা থেংবা নোংঙাল্লমদাই নোংদোল্লা লাক্লানরকপা, লৈমাযনা ঈফুনরকপা, মাল'না নো'ফাইনবকপা মতমদনি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী মধুর রূপকী মাধুর্য্যনা থে'বসু কীর্ত্তন্দা ভাবাবেশকী মতাংদনি।

অষ্টম

# অণাং ওইরিঙৈ

পুয়া গোপাঙ্গনা আসীদিদানীং পুরুষো ভবেৎ।
যাভির্য্যস্মাৎ কলৌ কৃষ্ণ স্তদথে' পুরুষাঙ্গনা

শিব পুরাণ

'তুঙৈ গোপীদো লৌরদোরি নিপাই রূপ কলিসিদা,
পুরনি 'ডুনা কৃষ্ণনা হুপীই ভাব নিপাই মশক্তা।

ভগবান শান্নখি ব্রজদা প্রেমলীলা। দ্বাপুরগী মমৈদনি। পুনখি মশা গোপীগী মশা কাউবা প্রেম্না, থাখি য়োনা রাধাগী প্রেমগী মথা। থঙনীংখি রাধাগী প্রেমগী মশক্তা কমদোৌবা, প্রেমগী মাধুর্য্যনা কয়াম নীংথিবা, প্রেমসেবাগী সুখভোগনা কযাম রাংবা। প্রেম নংলবা কলিগী জগৎসিদা কুম্লকঙৈ মতাং'মা চারে থল্লবা, মশাসু কান্তাপ্রেমামৃত পেন্না থকহৌরগে জগৎপুসু পিথরুগে মতা রাধাগী ভাব-কান্তি লৌ পোকখি ভগবান গৌরাঙ্গগী রূপ্তা। শক্লে অতুনোং ভগবদ সিদ্ধ ওইববা ভক্তকবিশিংনা যুগ যুগ খৃদিংদা নৌহৌ নৌহৌ কয়া কযা—

ব্রজেন্দ্র নন্দন যেই শচী সুত হলো সেই

গোবিন্দদাস

ব্রজনিংথৌগী মপারি ওইররে শচীগী মপারি।

নিধুবনে দুহুজনে, চৌদিকে সখীগণে,
শুতিযাছে রঙ্গের আলসে
নিশিশেষে বিধুমুখী উঠিলেন স্বপ্ন দেখি
কাঁদিতে কাঁদিতে কহে বঁধু পাশে॥
উঠ উঠ প্রাণনাথ কি দেখিলাম অকস্মাৎ
এক যুবা গউর বরণ।
কিবা তার রূপ ধাম, জিনি কত কোটী কাম,
রসরাজ রসের সদন॥

অশ্রু কম্প পুলকাদি, ভাব ভূষা নিরবধি,
নাচে গায় মহামত্ত হৈঞা॥
অনুপম রূপ দেখি, জুড়াইল মোর আঁখি,
মন ধায় তাঁহারে দেখিয়া॥
... ... ... ...
... ... ... ...
শুনইতে রাই বচন অধরামৃত
বিদগধ রসময় কান।
আপনার ভাব ভাব প্রকাশিতে
ধনী অনুমতি ভেল জান॥

জগদানন্দ

চেপ্নি অনী নিধুবন্দা শিনা লীলা লোইরবদা,
তারি সখীশিংনা অকোয়বদা।
মঙফাওনখি বিধুমুখী কপ্না কপ্না পাউদমজখি
বঁধু-কাদা অহিংগী মমৈদা॥
লেঙখৎলসি প্রাণনাথ থঙদে উরুই কৈনো অমা,
নহানি বুচু পান্না ফজবা।
থানি করম মশক মতো ঙমজৈ কোটী কামগী মতো
বসই রসবাজনি নীংথিবা॥
তনিক তুজুং তাই মিত্তা পি ওইরি লেপ্পে ভাবশিং লৈতেং,
চোংঙি জগোই শকই ঙাওই ইশৈ॥
মপা লৈতে ফজবদা ঈংজৈ মিংনা উজবদা,
লুপচৈ খঙ্মোইনা লুপচরুই লুপচৈ।
... .. ... ...
... ... ... ...
রসময় কানু পীনৈ রাইদা হিক্না মপাউ
অমৃত মতম থুম্বা চীনগোই।

যাববনিকো রাই, কাউবন্তকো ধনী,
ফোঙলুবা নঙ্গী ভাব লৈ থুংনা কোয়॥

সুন্দরি যে কহিলে গৌর স্বরূপ।
কোই নাহি জানয়ে কেবল তুয়া প্রেম বিনা,
মোহে করবি হেন রূপ॥
কৈছন তুয়া প্রেম কৈছন মধুরিমা
কৈছন সুখে তুহুঁ ভোর॥
এ তিন বাঞ্ছিত ধন ব্রজে নহিল পূরণ,
কি কহব না পাইয়া ওর॥
ভাবিয়া দেখিনু মনে, তোহারি স্বরূপ বিনে,
এ সুখ আস্বাদ কভু নয়।
তুয়া ভাবকান্তি ধরি, তুয়া প্রেম গুরু করি,
নদীয়াতে করব উদয়॥

... ... ... ..

... ... ... ...

বলরাম

নীংথিবি হায়রিবা গৌরগী রূপ্তো!
নঙ্গী প্রেমদং নত্তনা খঙলোই কনামত্তনা,
ঐননিদো লৌরদৌরিবা রূপ্তো॥
নঙগী প্রেমগী মন্থংশি মাধুর্য্যগী মনীংথি
খঙনীংলুই প্রেম সেবাগী মহুঙাই।
থুংদ্রে নীংবা ব্রজদদি, শোয়রে লল্লম অহুমক্সি।
করি অমুক হায়রসিগেনে রাই॥
খল্লে পুক্তা মওল মওল লৌবা নত্ত নঙ্গী ফিজোল
ওইরোই কদৌ রস আস্বাদন।
লৌরনি নঙ্গী ভাবকান্তি, ওইরনি গুরু নঙ্গী প্রেম,
পোক্লুরনি নদীযাদা তম্র॥

গৌর মায়ামানুষনি। ভগবান্না লোকসংগ্রহগী দমক লু তোংগী হকচাং পুশিন্নরবদনি। মাদি জগৎকী ওইনা চৎলবস্ থা ব্রাংমগীনিনা শাজত্তা সুজত্তা মহাক মশাগীদ ওইবা অমা তোপ্পোপ অহুম মচৎপনি। অতুনোং মহাক্কী পুনশি ইন্নংদা থোকখিবা অঙকপা থৌওং কয়াগী মপাউ ঐথোয় খঙ্‌বায়না অহুম তায়। অমনীদংদি মহাক্কী গুণ কীর্ত্তন তৌবা ওইনা মতাংসিদা অহুম লাচম্লি।

গৌরনা অঙাং ওইনা কোয়জেল চেনবা মতম্দি। লাকখি অতিথি অমা—' ব্রহ্মচারীনি। জগন্নাথ পুরন্দর ওকই মহাকপু তরাম। চাক থোংবা লোইরে মথুৎনা ব্রহ্মচারী। সেম্লে লুক, কৎলে ভগবান্দা কৃষ্ণ মন্ত্রনা। চেনশিল্লে গৌর, লৌবে লুক মথুৎনা ফংনা মক্ক অমনী। ব্রহ্মচারীগী মফমদদি চল্লে লুকফম অমাং শীংদা। মবুক্তা ব্রারোবগুম তৌই অঙাং চ্যোকশিন্দে—হায়বদি হায়দে। জগন্নাথ থঙি, ইকাইরপ তৌই। শচী মপুবোইবগী মীশাউ খর লাংঙি, তাইনৈ গৌরদা ইফাইথাং করি অঙাংনো মাসিবো। নিমাইদি করি নাচুংবা তৌদে, য়েংঙি ময়াম, তৌই নোকফেং।

নীংসিংলকই মতাংসিদা দর্শী'মগী ব্রাফম অমা—

হৃদয় তোমারে জানিবারে চায়
জানিবারে নাহি পায়
কিন্তু রয়েছ হৃদয়ে হৃদয়ে।

নয়ন তোমারে হেরিবারে চায়
হেরিবারে নাহি পায়
কিন্তু রয়েছ নয়নে নয়নে।

খঙজনীংবনি নংবু ইথম্মোই মানা,
খঙজবদি ঙমজদেদো
ভাল্লি'দুবু নংদি থম্মোই থম্মোই খুদিং

উজনীংবনি নংবু ইমিং অসিনা
উজবদি ফংজদেদো,
ডাল্লি'তুবু নংদি মিৎকম মিৎকম খুদিং।

ব্রহ্মচারী খঙদে পুবন্দর খঙদে ভগবান তান্নরিবা ডাক্লি অহুবু মমাঙদা লৈনা লৈন', উনা উনা উদ্রিবনি অহুম। অঙকপনি মাগী লীলা। সিন্থ সিনি, চথরসি ব্রারী মথং।

অনৌবা অমুক থোংলে। শচীনা শেন্না শেন্না, খঙদে করম নাম্বোকখিবা, থোক্লে হান্নগুম অহুম। ব্রহ্মচারী শাউবা মচীন থোক্লে। পুরন্দর ইকাই লুংশি থীনা নংলে। চাবে শচী অকনবা মীচৈ, লাংলে মিৎলু পিরাং।

নিমাইবু মশা লাক্তুনা চিং ইমুংদা ইশ্লিল্ল, ব্রহ্মচাবীদা অমুক্তুংগা থোং-খিনবা হাযজৈ মমিত্তা মপি তানা শচী। পুরন্দরনস্থ থোংদবা য়াদে, আতিথ্য কাযফদে, হায়রে কন্না অহুম। থোংলে নৌহৌ, পোলোইদি হান্নগীদুনি চপচানা অহুম। হন্দক্তি শাউনদ্রে অমত্ত, ঙন্নরে লোইনা থেংলে ঙকপগী অমুক্তুং।

ব্রহ্মচারী হান্নদি ব্রাথল অমদা তাউনা অহুম ময়েংবনি গৌরবু। হন্দক্তি ঙক্ত ঙক্লা য়েংখি করিনো। উথি মাধুর্য্যগী মশক ওইরবা গৌরগী মোমোন্নবা মাযথোং। ফংজো তম্নুরবরা খঙদে মহাক্লী মপোক কয়াগী যোগগী সিদ্ধি, তাবগুম তৌখি লুংদা "নংনা আবাহন তৌবগী লাকপনি ঐ" ফংথি তন্না গৌরদা শ্রীগোপালকৃষ্ণগী দর্শন তুখি গৌরাঙ্গগী চরণদা—

নমঃ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজনবল্লভায় নমো নমঃ।
লোইখি অস্নুম নোংমতুগী গৌরগী অঙকপা লীলা।

শচীগী অহকপা পুণ্যনা পোক্লরে গৌর মঙোন্দা। পুণ্যদুমক্লা পীথি মঙোন্দা অরাবা কয়া—চুম্নদগী পুঙমদবফাও। হৌজিক্কীদি চুম্নগী অমত্তং য়েংসি।

অমুক্লি, হোরে গৌর, পুরুই ব্রজগী ভাব, পায় মমাগী ফিতি, হায় "পীয়ু ইমা ননী"। "লৈতে ননীদি" পী অরৈবা অতৈ—য়াদে, তৌই নিঙাই। থেম্মি কযা—য়াদে। শচী তৌভম খঙদে। গৌরনা কপ্লি ননীগী মহাক্লা নিঙাই পুঙমদবগী। "নিমাই ইমাবু করি ওইরসিগে" কম্মি মথোঙ শৎ

তুথোক্ত্না। তাই মপি চহুম চহুম। অমুক্তংদংগীগা নত্তে, নংলিবনি অসিগুম্বসি কয়া।

প্রেমগী মশক ওইবা ভগবান শম্নবা মী কপ্পদ থংডি—পিনা মাগী সম্বলনি। থঁডি ভক্ত লোচন দাস, পাল্লি মশাগী কবি-থম্মোইদা শচীদেবীগী অৱাবা। শকই অহনোং মহাক্কী 'চৈতন্যমঙ্গল'দা—

দেখ দেখ আসি যত ন'দে বাসি
আমার গৌরাঙ্গ চাঁদে।
প্রভাতে উঠিযা অঞ্চল ধরিযা
ননী দে বলিয়া কাঁদে॥
( আমি ) নহি গোয়ালিনী কোথা পাব ননী
একি বিষম হৈল মোরে।
শুনেছি পুরাণে নন্দের ভবনে
সেই সে আমাব ঘরে॥
... ... ... ...
... ... ... ...
লাউও ন'দেবাসি য়েংলো সিদা শ্নুক্তা
ঐগী গৌরগী মতৌসে।
হোয়ে অমুক ঙস্তা য়াল্লি ক্বিনা চেৎনা
ননী পীয়ু কপ্লিনেসে॥
নত্তে ঐদি গোয়ালিনী লৈনি কৈদা ননী
মন্নে কৈনো ঐঙোস্লিদা।
পুরাণদা লীৱিবা নন্দই ইমুংগী ৱা
থোক্লে লাক্লে ঐগীসিদা॥
... ... ... ...
... ... ... ...

মরি

# পুংগক চাউরকওে

ভবিষ্যতি কলৌকালে ভগবান ভূতভাবন।
দ্বিজাতীনাং কুলে জন্মে গ্রাহক পুরুষোত্তম।

দেবী পুরাণ

পোক্লগনি কলিকালদা ভগবান পুরুষোত্তম
ব্রাহ্মণগী কুলদা মপোক তন্না তম ভূতভাবন।

নিমাইগী অঙাং ওইবিগী লীলাদি থাজবনা থাজবা, থাজদবনা থাজদবা ঙাক ওইনা তৌই অয়াম্বা। অমরোমদনা, ইমুং মচুং কৈরোয় লৈকায়—মীপুম থরদগী ওইনা তৌই। পুংগক চাউরকওেগীদি খ্বায় লৈবাক্কী ওইনা অতুম তৌরে।

মশাগী অহকপা মগুণ পুঙমদবননি খঙদে তনৌ তনৌবা অঙাং ওইবা মহকচাংনা নক্রে ইমুংদা ঈথরুবা মঙান্না ফমিৎনা থুনা মশক উৎলনি তাকপগুম জগত্তা তৌবননি খঙদে থীনা ঙাওনা হৌই নিমাই। কুম্মি গঙ্গাদা পুংগক চাউবরুবা মতম। গঙ্গা-পূজাগী কুন্নকপা লৈশাবীশিং, অচৌবা খঙদে মচা, থৎলি—হায়, "কবিগী গঙ্গা-পূজা ঐ লৈরিঙেদো! মশাসু ইনাইনি, মাগী নিপা শিবসু ইনাইনি, তৌ ঐঙোন্দা পূজা।" য়াদে—নোকই লোইনা লৈশাবী ময়াম, থৈদুনা চৎকে তৌনৈ। তৌজে কদৌনি! মুনবি লৈ চন্দন, নমজে মথন মমায়দা চন্দন, শিজিঙে মঙক্তা লৈপয়েং, মুল্লি চায় নৈবেদ্য। "নিপা ফজবা ফংজো, নিপানা পাম্বা ওইজো, নচা অক্বা তরেৎ তরেৎ পোকচো, লক্ষ্মীনা ভাণ্ডারী ওইজো, পীরবনি ঐগী পূজাগী বর" হায় নোক্লা নোক্লা মীপুম খূদিং কোয়রৈ লৈনা লৈনা য়েং। পূজা থুগাই শাউজিন্নৈ, মবুক্তদি পেন্নজে মাগী ইমুংদ মুংশিবা শাউগে কৌবা ঙমদবা মশক্তা খুম্নৈ অয়াম্বনা, "হোয় পেনবিরো ইবুঙো, পেনবিহৌরো মুঙাইবিহৌরো ইবুঙো, চৎচরে।" লৈথোকফাত্তে, নোকই লোম্না, চৎনৈ অতুম পূজা কায়বগী নাচুংলুবা তৌদ করিমত। চৎনা চৎনদুম হু হুদুনা য়েংনজে মঙোন্দা নোকফেৎ নোকফেৎ

পেন্নজরুবরা খঙদে মাগা মাগা ঙহাক পোৎ মুহোক মুনশিল তৌনরুবদো সংক্ষিপ্ত সম্ভোগ'মা ওইনা মুজা ওইবী মথম্মোইনা চক্রবাশিংদুগী। চেনখিবা য়াওরো কনা'মা নাম্বোক্‌না লাউই শুক্কোক্‌না, "নিপা হমুবা ব্রাইখুং-নীংবরা, তুরোল তুথা থানিংবরা!" কি, থুকই মবুক—করিগীনো খঙজদে, হক্কিল্লকই শাউজিন শাউজিন্ননা "সে ফম্মুসে" তৌই পূজা। নম্মি চন্দন, কৎলি লৈ, কায় নৈবেদ্য—খুরম্মি। ফংঙি বর—হবাউজৈ, হায়জিন্নৈ মচীন্দদি থৌওইদবা সা, "পেনবিরবরা ইবুঙো," পেঙ্গে মথম্মোইনদি সংকীর্ণ সম্ভোককুম, নোকচৈ লোম্না হৌগৎ হৌগৎনা, যেংজৈ থব চৎ তুংহল লোম্না খৌগ্রাংলু মুংশিবা মমায়থোং। অঙকপনি গৌবাঙ্গগী গঙ্গা খোঙম্মুংগী লীলা। খোঙম্মুং মাগী রাজ্যনি। মানা ঙমদবা লৈতে কনামত, লোইনা ইঙমদ ঙম্মি।

থোকখি লীলা পরেংসিদা নোংমদি ঙক্ত ঙকপা অমা, কুম্নকখি গঙ্গাদা পূজাগী পুংগক চাউরবী মুপীমচা'মা। লক্ষ্মী কৌই। বল্লভ কৌবা আচার্য্য অমনা পোকপনি। চহীদা নিমাইনা খিৎকাদা লৈবা হেক থংম-নাউমা ওইনা তৌবমক্তি। "নং অপাম্বা নিপা ফংনিংবরা, ঐ মহাদেবনি, পীগে, ঐঙোন্দা পূজা তৌজো" হায়রুই নিমাই মঙোন্দা মোমোন মোমোন মুংশিনা য়েং। লক্ষ্মী নমখি তুমিন নিমাইদা চন্দন, হুকখি মঙক্তা মল্লিকা পরেং, কৎখি মখোঙদা লৈ, কাখি নৈবেদ্য, খুরমখি মখোঙ মখুৎনা চেৎনা কোল মকোক্না নীপাল্লক শোক মপুরোইববু দেবতানি চচ্চবী সতী ওইবা মুজাগী মতম। থকখি তন্না মিকুপ'মক্তং মুজা ওইবী মমিৎ থুম্না নিমাইগী মুংশিবা ফজবা মায়থোং—মিৎলুদদি পিরাং। পিনা লঁঙি পি। উরু লক্ষ্মীগী মিৎলুদা প্রেমগী পিরাং পিরাংনখি নিমাইগী মিৎম্না থম্বাল। নীংসিংলকই মতাংসিদা চণ্ডীদাসকী—

> দুহুঁ কোরে দুহুঁ কাঁদে
> বিচ্ছেদ ভবিয়া
>
> কপ্পরি তম্বাক তম্বাক কোল
> লাংলু কায়ন-মৈশা।

মিলন্দা বিচ্ছেদগী চৈনা ফংবা, বিচ্ছেদদা মিলনগী রস চুপ্পা খোঙফম্মি প্রেমগী অতাবি। পিরাংনখি অতুনোং হৌনতুনা মিৎম্না থম্বাল মরি।

খোঙহুংদা লৈশাবী লক্লবা, লাক্লবদনা লোইদ্রি নিমাইগী লীলা। ঊশিং মহুংগী লীলাসু লৈরি কয়া। অদুবু লীররোই শাংগ্রনি। মাগী লীলা পরেংসিদি মতমদুগী সমাজদদি পুম্নমকা থীনা কায়গ্রবা ঙাক্লি। মখোয়গী ব্রাখল ফিদম মিৎয়েং পান্দমচিংবা পুম্নমক্তা থীনা শোকগ্রবা ঙাক্লি। অদুবু, নিপা থঙদে হুপী কনামতনা করিমত হায়দে। লীলাদা অফবা ফত্তবা তৌহৈবা তৌহৈদবা পুম্নমক লীলানি হায়দুনা হুঙাইনা পঙযেংদ য়েংনবগুম য়েংবনি মানা হেক তৌরিমথে পঙঙুংদ হুঙাইনা পঙনোক্ত নোক্ননা অদুম। অঙকপনি নিমাইগী গুণ, নিমাইগী লীলা।

ঙাওয়ে ঙাওনা বুদ্ধিদদি বৃহস্পতিনি। লাইরিক গঙ্গাদাস চক্রবর্ত্তী, বিষ্ণু পণ্ডিত, সুদর্শন পণ্ডিত অহুমদা তম্মি। তাকপগা থঙবগ, থঙবগা হৈবগা হৈবনা হাল্লি। অঙকপা মওংনি নিমাইগী। নীংসিংলকই মতাংসিদা হৈমবতীগী শিক্ষাগী মতাংদা মহাকবিনা মহাক্কী 'কুমারসম্ভব'তা হায়খিবা ব্রাফম—

তাং হংসমালা শরদীব গঙ্গাং
মহৌষধিং নক্তমিবাত্মভাষঃ
স্থিরোপদেশমুপদেশকালে
প্রপেদিরে প্রাক্তনজন্মবিদ্যাঃ।

তারৈ গঙ্গা কাংঙ মপৈ শরত্তা
ফাওই মঙাল অহিং মহৌষধিদা
ফদোরকথি অদুম হৈরকপা মহৈ
মহৈ মশিন তানবা মতম্না লাকঙৈ।

নিমাই শ্রুতিবোধনি, চহী থরদংদগী মহুংদা লোইখি তক্লা ব্যাকরণ, কোষ, কাব্য, অলঙ্কার। লোইবা নত্তে অসিনা অদুম, সর্ব্ব শাস্ত্রপারঙ্গতনি—হৈতবা লৈখিদে লাইরিক্তা ক্ষিগুর'মত্তা ফাওখি হৈবা থঙবদা নিমাই। ঙক্লখি, কিনখি নবদ্বীপ পুম্বা লোইনবা।

মুকুন্দ, মুরারি, গদাধর—মতমদুগী নবদ্বীপকী অফাওবা, মশা মশাগী বিদ্যাদা খোইখোইবা পণ্ডিত ঙাক্লি। মখোয় কনামতনা নিমাই শোকপা ঙম্নখিদে।

মুরাবি আলঙ্কারিক্কি, হৈবা থঙবদা ঋষিনি। মহাত্মা গৌরাঙ্গবু অলঙ্কারগী ক্ষেত্রদা অমুক্তংদ ওন্নবদি হৌজ হৌজ থেংথাং কয়া য়েংথি, লিৎশিনবা যাথিদে।

ছাযথি, মচীন থোকথি—

মনুষ্যের এমত পাণ্ডিত্য আছে কোথা।
হেন শাস্ত্র নাহি যে অভ্যাস নাহি যথা॥

লৈবিগদ্রা মফম কৈদ' মীনবু 'স্তক হৈবা।
লৈত্তেদা শাস্ত্র অমত্ত মানা থঙদে কৌবা॥

তাবি লাদা অত্নোং ভক্তি রত্নাকবগী—

যত বিদ্যাবন্ত বৈসে নদীযা নগবে।
সকলে সমীহা কবেন বিশ্বম্ভবে॥

নদীযা নগবগী অখণ্ড অহৈ অপূর্ব্বা।
চৎনৈ লুনা কিনা বিশ্বম্ভববু লোইনবা॥

নবদ্বীপকীদনবু নত্তে, ভূভাবত অপূর্ব্বগীননি। অযাম্বনা লাইমক্লি হাযবা অদুম মথঙনখিবনি। মীকোক অনী অহুমদগী ব্রাফমদা হেক্ত থঙগনি। কাশ্মীরগী পণ্ডিত অমা সরস্বতীনি। উপাধিদদা সরস্বতী ওইবা নত্তে, মশা সরস্বতীসিদ্ধনি। ভারত দিগ্বিজয তৌরকই। লৈবাক মথং মথং লোক্লকপনা শগোলগা শামুগা মনাইগা মশলগা থজিক থরাক্তগী নত্তে, চাউনা লাকই। নবদ্বীপ-গঙ্গা-খোঙবাল য়েৌমক্তা নিমাইনা বিদ্যার্থীশিংগা ছমিদাংব্রাই তোর্ব্বাল ঈচিক লাংতুনা লৈরম্বা থেংনরবে। থেংনবা ওহাক্তী মহুংদ মমায অদুম থূবে।

নিমাই অঙাংনি চহী কুম্মুত্তগী তনৌ তনৌরিবা। পণ্ডিতনি থোইনা লেমথোকচবা তৌদনা, বিদ্যার্থীশিংগা কোযফম ফম্মতুনা ব্রাণীব্রাত্তাই অদুম পঙসা মসাবা। চহী মতাংগা মতৌগা মশানা শূরিবা বিদ্যাগনা ব্যাকরণ ওইবগা দিগ্বিজয়ী মহাকপুমী ওইনা উদে, মমিত্তা থাকপা থুপ্তে, হায়—

ব্যাকরণ পড়াও নিমাই পণ্ডিত তোমার নাম।
বাল্য শাস্ত্রে লোক কহে তোমার গুণগ্রাম ॥
ব্যাকরণ মধ্যে জানি পড়াহ কলাপ।
শুনিল ফাঁকিতে তোমার শিষ্যের সংলাপ ॥

ব্যাকরণ তম্বি নমিংনা নিমাই পণ্ডিত নত্রা।
অঙাংগী লাইবিক্সিদনিনে নংনা ফাঙবিবা ॥
ব্যাকরণমক্তস্থ কলাপনিনে তম্বিবিবা।
নঙ্গী শিষ্যনা ফাওব্রবং পঙ্গীদা নত্রা ?

নিমাই হৈবাং চুম্না পানবা মদ লকা। হৈংান্নি বারোংদে দিগ্বিজয়ীগী উশিখোগুহদবা ব্রাভাংদা, চৈনগোইরকই তপ্না ঙংনা, "তানীংডি, তাসি গঙ্গাগা স্তোত্র'মকং"।

দিগ্বিজয়ী দিগ্বিজয় থোবকপা মতিস্মক চাবনি, অঙকপা কবিত্বশক্তি চেনবা মপোন্নি, দণ্ড অমগী মন্থংদা গঙ্গাদর্শন তৌন তৌনা স্তোত্র শ্লোক চাম্মনি থীবকপা। গঙ্গানা গঙ্গোত্রীদগী হেক্ত হাথরকপনি। লৈয়েংন নোংলৈ স্থংশিংকী মাঙ থানা হেক্ত চেনবনি। থাগত্তবা ঙমখিদে—থাগৎখি মহাকপু প্রভূ মহাক্কী অঙকপা কবিত্বশক্তিগী—

তোমা সম পৃথিবীতে কবি নাহি আর
লৈতে মালেম লৈকোয়সিদা নত্তুম্বা কবি'মা।

তাথি মতোল তন্না নিমাই 'তৌ ব্যাখ্যা শ্লোক 'মত্তংগী, তাসি নশানা তৌবা।' কবস্বগীনো হংলকপগা লোয়ননা তৌখি আবৃত্তি শ্লোক'মগী—

মহত্ত্বং গঙ্গায়াঃ সততমিদ মাভাতি নিতরাং
যদেষা শ্রীবিষ্ণোশ্চরণকমলোৎপত্তি সুভগা।
দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীরিব সুরনরৈরর্চ্চ্যচরণা
ভবানীভর্ত্তুর্যা শিরসি বিভবত্যদ্ভুতগুণা ॥

গঙ্গাগী অঙকপা গুণদি লোইনা অতুম মথঙনবনি
শ্রীবিষ্ণুগী মখোঙ থম্বান্দগী পোকচবী য়াইফবীনি;

অনীস্থবা শ্রীলক্ষ্মীগুম মী-লাইনা খুরমন্‌বী মানি,
ভবানীপতিনা কোক্কী লৈত্তেংস্থ ওইনবী মহাক্রি।

অযাঙবা নোংলৈ-ন্থংশিৎকম থীখিবা শ্লোকপু মচীন্দা পক্লম্বা, ঈশিং হৈথব-গুম থীবকপা তাবদা থৌনা ওকখি দিগ্বিজয়ী। মহাক্রা ওকপা উবদা নিমাইনা হায়রকপা—

দেব বরে তুমি কবিবর
ঐছে দেবের বরে কেহো হয় শ্রুতিধর

মানি নহাক লাইনা কবিবর
ওইনৈ অত্তুম কনামস্থ লাইনা শ্রুতিধর।

হাযবা মচেক্লা যান্নগা মযানা পানবা বাফর্মসমর দিগ্বিজয়ীগী মশাদা মাযথী মমি অত্তুম তাববনি। উখিদে অতুবু নাপন্না মন্নবা মমিৎ।

শ্লোকী ব্যাখ্যা লোইববা মতুং হোদোক্লখি শ্লোকী দোষ-গুণগী ব্রা। কবিনা নাপন্না মাঁডোইননা হাযববহ, "দোষ কৌবা অমত্ত লৈতে ঐগী শ্লোক্লিদা, মনম-ফাও চঙদে। উপমালঙ্কার, গুণ, অনুপ্রাস থরনা লৈত্তংবা কবিতা ন। তাবকখি মতোল কবি থোওই উশিৎপা তৌদ—

ব্যাকবণিয়া তুমি নাহি পড অলঙ্কার।
তুমি কি জানিবে এই কবিত্বের সার।

ব্যাকরণ শূবনি শূদে নংদি অলঙ্কার।
খঙনি কবম নংনা কবিত্ব অসিগী সার।

অতুবু, নিমাই "ব্রারৌবক্ত অতুদি" হায়না হৌরগা শ্লোক্ত দোষ মপূং মঙা মথং মগং ঈংনা তপ্না থিন-থিম্মনা তাক্লকই। পুথোকখি অস্থম অবিস্মৃষ্টবিধে-যাংশ (অনী) বিরুদ্ধমতি, ভগ্নক্রম, পুনরাত্ত দোষ মফম মঙা। লোযননা উংখি অলঙ্কাবগী মরমদস্থ পুনবক্তবদাভাস, বিরোধাভাস, অনুমান—পূন্না মঙানি উৎখিবা—শব্দালঙ্কার অনী অর্থালঙ্কাব অত্তুম। তাখি মতোল, "লৈরম্বা যারি অতৈস্থ যেৎথরবদি অদিস্থ অসিনি, অরুবদি, নংনা খঙলিবদু মঙায ভরত মুনিগী বাক্য—

বসালঙ্কারবৎ কাব্যং
দোষযুক্ত চেদ্বিভূষিতম্।
স্যাদ্বপুঃ সুন্দরমপি
শ্বিত্রেণৈকেন দুর্ভগম্॥

অঙৌব খিক্তং পকপদা
ফজবা শাওং মাঙবগুম।
মাঙজে দোষনা কাব্যস্ত
ফজবে ফজনা অত্তুম॥

উংখিবনি দিগ্বিজযী কবি হেক্ত; লৈক্রক লৈববদি, শোযবোই চঙলমগনি।

উরে নিমাই থেংলে কবিগী ইকাইবা, হাযবকই ঈংনা তপ্পা, "হাযনবগী অত্তক মহাযরুবনি, কালিদাস, ভবভূতি হোযগীস্ত অসিগী অসিঙাক্লি, ব্রারনি ঙসিগাদি, পোত্থাকবসি, হযেং অমুক উন্ন সি—শাস্ত্রার্থ তাসি। পীনখি অস্তম বিদায।

তুস্বা যাদে দিগ্বিজযী, ব্রাবৌখি বেদমাতাবু "সিরা ঐনা নঙোন্দা কংখিবা অকনবা তপস্যাগী ফল।" "মানি মাদি নাবাযণ, ঐগী কি [illegible] লৈ!" তাকপি মমঙদা বেদমাতা। চেল্লকখি ইস্তংনা শোযফাদ্রিঙৈ, [illegible] নিমাইগী চরণদা থৌজালগী—

সরস্বতী স্বপ্নে তাঁরে উপদেশ কৈল।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর করি প্রভূরে জানিল॥
প্রাতে আসি প্রভূপদে লইল শরণ।
প্রভূকৃপা কৈল, তার খণ্ডিল বন্ধন॥

তাক্লে মঙদা সবস্বতী মঙোন্দা লোইনবা।
খঙলে মশক তন নিমাইগী লাইমক্লি তশেংবা॥
ইস্তংনা শোযবদা লাক্লে তৌজরে শরণ।
প্রভুগী কৃপানা কোক্লে সংসারগী বন্ধন॥

ঈশ্বর জ্ঞান, কর্ম্ম, যোগ, ভক্তি—অমনা অত্তুম ফংডি। ফংলে অত্তুনোং মশাগী মহৈনা মরম্মত্তুনা দিগ্বিজযী মহাপ্রভুবু—

ভাগ্যবন্ত দিগ্বিজয়ী সফল জীবন।
বিদ্যাবলে পাইলা মহাপ্রভুর চরণ॥
লাইবক ফবা দিগ্বিজয়ী য়াইফরে পোন্নমল।
মহাপ্রভুগী খোজান্না চাজরে পোকচমল॥

বাসুদেব সার্ব্বভৌম নৈয়ায়িক্নি। উত্তর ভারতকী বিদ্বৎসমাজদা আসন ওয়ুংবা ফম্বা পণ্ডিতনি। মহাক্কী মশুণ তাবদগী উরিষ্যাগী মপু গজপতি প্রতাপ-রুদ্রনা মহাকপু বৃত্তি চাউনা পীদুনা বাজপণ্ডিত হাপ্পনি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা মমাগী য়াথং মতুং ইন নীলাচল খোঙদারকপদা য়াম্না খেংলবা পণ্ডিতনি। মহাক্না চৈতন্যবু উবদা হুংশিখি, তাকপা ওইনা হায়খি, "সন্ন্যাসধর্ম চৎপদি হৈত্রবদি লুই, পাপ লঁভি। মহাভাগ পুন্নমক্লা খুরম্নে, যোগ্যতা লৈতনা খুরুম্বা ওকপা মহাপাপ্নি। অমরোমদনা, কৃষ্ণদা প্রেম লৈবশিংগী ধর্মদি খ্বায় মীপুম খুদিংদা খুরুম্বনি।"

বাসুদেবগী মপাউ তাবদা চীনগোইখি চৈতন্যদেব—

সন্ন্যাসী করিয়া জ্ঞান ছাড মোর প্রতি।
কৃপা কর যেন মোব কৃষ্ণে হয মতি॥

চৈতন্য ভাগবত

ঐবু সন্ন্যাসীনি হায়না লৌবিবা তৌবিয়ু।
চানবির্সি কৃষ্ণ প্রেম ফংজনবত্নম তাকপিসি॥

সার্ব্বভৌমনা হুমিৎ তবেৎনি বেদান্ত ব্যাখ্যা তৌরবা তুং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-দেবনা মাযাবাদতি অসচ্ছাস্ত্রনি, বাদসিগী মত অয়ানবনি হায়না ফজনা তাকখি। লোয়ন-লোয়ননা মশাগী মতম স্থাপন তৌখি।

মথংদা শ্রীমদ্ভাগবত্তা ওস্থখি। চৈতন্যদেবনা বাসুদেব সার্ব্বভৌমদা ভাগবতকী—

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নিগ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ।

অত্মারাম নিগ্রন্থ ওইরফাও মুনিশিংনা কৎনৈ
হরিদা অহৈতুকী ভাক্ত—অমুক ওকপা মাই গুণনি।

হায়বা অফাওব শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যা তাসি হায়খি; অঙকপনি সার্ব্বভৌমগী পাণ্ডিত্য, তৌথি ব্যাখ্যা মাপল। চৈতন্যদেবনা "ফজৈ নড়ী ব্যাখ্যা" হায়না থাগৎলম তৌথি "তাও অমুক্তং ঐগীসু" হায়না অতোপ্পা মওংগী ব্যাখ্যা তরাগা নীপাল অমুক। ঙকখি বাসুদেব ঙহাক। ফাওখি তন্না মথম্মোইদা "পাল্লেদনা ঐনা তমজয়কপা ইহৈ, ইহৈনা পীনরে ঙসিদি খুৎফংননা ভগবান।"

ইহৌত সাক্ষাৎ কৃষ্ণ ... ... ... ... ... ।
কৃষ্ণমক্লিদনসিদে ... ... ... ... ... ... ।

তুজখি সার্ব্বভৌম শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী চরণদা; তৌজখি আত্মসমর্পণ। ফংজখি দর্শন।

দেখাইল তাঁরে আগে চতুর্ভুজরূপ।
পাছে শ্যাম বংশীমুখ স্বকীয় স্বরূপ॥
উৎপিরে মঙোন্দা মাঙদনা চতুর্ভুজ রূপ।
নাক্তনা বংশীমুখ শ্যাম মশামকী স্বরূপ॥

শিন্নখি ভক্তগী গৌরকৃপামৃত ফংলবা থোর্জেদগী বৈষ্ণব সংসদতা ফাওরবা শচীসুতাষ্টক—

উজ্জ্বল বরণ গৌরবর দেহং।
বিলসতি নিরবধি ভাব বিদেহং॥
ত্রিভুবন পাবন কৃপয়া লেশং।
তং প্রণমামি শ্রীশচীতনয়ং॥

কুচুনা তরু তরং পান্না নীংখিবা।
তৎপা নৈত সাত্ত্বিক বিকার উৎলিবা॥
থোজাল মরীক্কনা ত্রিভুবন লান্নবা।
থুরমজৈ মাবু শ্রীশচীগী মপারি॥

অরুণাম্বরধর সুচারু কপোলং।
ইন্দুবিনিন্দিত নখচয়-রুচিরং॥
জল্পিত নিজগণ নাম-বিনোদং।
তং প্রণমামি শ্রীশচীতনয়ং॥

ফিঙাংনা লৈতেংবা খজাই তাবু নীংথিবা।
থাজই মায়খুভম খুজীল পয়েংনা লৈতেংবা॥
সোল্লকপা নাম্না থোঙলোয় খিবিক ঈংনবা।
খুরুমজৈ মাবু শ্রীশচীগী মপারি।
... ... ... ...
... ... ... ...

প্রবোধানন্দ সরস্বতী মহারাষ্ট্ররোমদগী হৌরকপনি—বিপ্রর্ষিনি, দিগ্‌-জয়নি। কাশীধামগী মঠ অমগী মণ্ডলেশ্বরনি। সন্ন্যাসী লিশীং তরাগী ধর্ম্মগী উপদেশক্নি—কুলপতিনি। চৈতন্যদেব উবদা সার্ব্বভৌমনা পেনখিদবগুম মহাক্‌ পেনখিদে। মশক য়েংলে হুংশিবা, মতৌ যেংলে নীংথিবা, চহী মত্তাং হাযবে নৌনা থোকপ, চৎলুরিবা ধর্ম্মনা মখোয বৈদান্তিকী মফমদ'দ নৌনা থোকপা—অসি পুম্নমক্কা পোকখিবগুম তৌখি কুলপতি থম্মোইদা চৈতন্যগী মহাকথং হুডাহতব'মা। ঙাংনখি ব্রাকম থর, খঙ্খি মশাগী জ্ঞানগী মঙান্দা চৈতন্যদেব নত্তে মীপোক—লাইনি। সনাতন্দা তাকখিবা

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নিগ্র'ন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরি॥

হায়বা শ্লোকী ব্যাখ্যা হুন্দ্‌গা মাথোই তারকপদদি সাক্ষাৎ ভগবান্নি হায়বা খঙ্খি, ভক্তগী মশক্তা প্রেম থীনা নংলবা জগত্তা প্রেমভক্তি যেনগে লাকপনি উখি—চঙজখি তন্না শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী চবন্দা, তৌখি আত্মসমর্পণ।

পোকখি গৌরকৃপামৃত ফংলবা ভক্তগী থোর্জ্জৈদগী "চৈতন্যচন্দ্রামৃত", শকখি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী গুণ—

অহো ন দুর্ল'ভা মুক্তিঃ ন চ ভক্তিঃ সুদুর্ল'ভা।
গৌরচন্দ্র প্রসাদস্ত বৈকুণ্ঠেহপি সুদুর্ল'ভঃ॥

লুদে থোইনা মুক্তি তানবা, লুদে হেন্না ভক্তি তানবা।
গৌরচন্দ্রগী থৌজান্দি বৈকুণ্ঠমক্তা লুই ফংবা॥

হে সাধবঃ সকলমেব বিহায় দূরা ।
দেগৌরাঙ্গ চরণে কুরুতানুরাগম্ ॥

হে সাধুশিং হন্দোক্লম্লো লোইনবা লাপ্পমক।
কথলো প্রেম গৌরচন্দ্রগী চরণদা লেপ্পমক ॥

মঙা

# সংসারদা খোঙদাবা

কলি-ঘোর তমশ্ছন্নান-সর্বানাচার-বর্জিতান্।
শচীগর্ভে চ সংভূয় তারয়িষ্যামি নাবদ॥

বামন পুরাণ

কলিগী অমম-চুরবা মীচৎ নাইদ্রবা অপুন্বা।
কল্লনি নারদ শচীই পীবুক ওংনা পোক লোইনবা॥

বিশ্বরূপ নিমাইগী অমত্ত ঙায়বা ময়াম্বনি। মচৌম্মনাও চহী তরেৎ নীপালমূক থম্নৈ। মনাওগী চহীনা তরেৎ নীপামুক হায়রকপা মশাগীনা তরামঙা-তরুকমূক হাযরকপা, পাথং পুংগক ফাবকপা অদুবাইদা য়ুম লোম্না থাদোকখি, চখি সন্ন্যাস আশ্রম। মপুনশি তেঙ্কপননি থঙদে, মচা বিশ্বরূপকী খোঙুল মুৎপগুম তৌখিবগী মৈশা লাংবননি থঙদে, লৈখিদবে ওস্মানা, নিমাইনা চহী তরামুক স্বরকপা অদুবাইদা মপা জগন্নাথ পুরন্দর। ইমুং মপু পান্দবগুম তৌরে। শচীগী বাবা থেংলে মকোক্তা মথূৎ হাপ্লে। বারে হেক শিবর্দি যাদে মী লেপ্লে বানা বানা নোংমনোং চহী মঙা তবক নিমাইনা পাথং পুংগক ফাবফাও।

নিমাই মশাগী চহীনা তবামরি মঙাদং হেক হাযরকপদা য়ুম লেপ্লগে, মমাগী মতেং ওম্বমথৈ পাংলগে লেপ্লে। লিংলে তন্না টোল অমা মুকুন্দ সঞ্জয় কোবা লৈকাইগী মী অমগী চণ্ডীমণ্ডপতা। তম্বিখি কলাপ ব্যাকরণ। চন্নখিদে ছাত্রনা চিৎলু চাযৱা, ফাওখি হুমিৎ থা থরদগী মচুংদা নিমাই মপা লৈতবা, তাঙদ-তাঙবা ওজানি হায়না হুমিৎ-থাগুম মশেক-মঙাল চাউৱবা পণ্ডিত চাম্ম চাম্মনা খুজিং ওই পৈরবা নবদ্বীপ্তা। অদুবু অহাঙবদা চৎলি অদুম মাগী গুরশিংগীদা মশাগী অধ্যয়ন মপূং ফানবা।

টোলনা নীংথিনা চথবনা পাংলে নিমাই মমাগী মতেং শেন থুম্নচিংবগী মরম অয়াম্বা মপূং ওইবা অপুন্বা। বাৎলি অমা উরে, মমাগী অৱাবনি—পোথাবা কৌবা যংজদবা ইমুংগী থবক্তা। মমাগী মশা থরদং কোমজনবা লেপথি খোঙদারগে গার্হস্থ্য আশ্রমদা।

লক্ষ্মী নিমাইনা অঙাং অঙাওবা অমা ওইনা ইঙাও ঙাওনা থোয়দাখি উবদা গঙ্গা-পূজা লাকপদা উৎথি মঙোন্দা হুংশিবা মতৌ। কৎথি লক্ষ্মীসু হুমিত্তু নিমাইদা ইঙাও ঙাওনা মথল্লায়, ছকখি হুংশিনা মহিকা-পংেং লাইগীনি তম্লকপা পুষ্পচন্দন থোয়দানা হুংশিনা কৎলবা তুং, কৎথি মথম্মোই পেন্না নৈবেদ্য, কাখি লৈ, ভুখি মথোঙ শোক্লা মকোক; উৎথিবগুম তৌখি— উৎথি, "ঐনা খনগদবা বরদি নংনি, নংমক্তি, নংদনি" নিমাইদা। "হুক্রবনিকো নং ঐঙোন্দা বরমাল্য" হায়খি নিমাই মোমোন নোক। নোকখি লক্ষ্মী ইকাইনা মোমোন, তাখি নিমাইগী শক্তম মথম্মোই লায়ুমদা শরৎকী গঙ্গাদা পূর্ণিমা থাজ মতম। কৎথি হুংদা তত্তনা প্রেমগী পূজা।

লক্ষ্মীগী হুপীজা ওইবী থম্মোইগী অশেংবা নিমাইগী প্রেম উবদা হুংশিবিরুরবরা থঙদে প্রজাপতি, লাকখি শচীদেবীদা বনমালী ঘটক। নীংসিংখি নিমাই অঙাং ওইরিঙৈগী হুংশিথিবা নোংমগী থোদোক্কা ঈরোয়ননা নোংমা ইকুই কুইদ্রিঙৈ লক্ষ্মীনা গঙ্গাগী খোঙবান্দা থৌরাংনা য়েংদুনা লৈহৌবা মশা পূমকাউ কাউ, মহাক্লা অহাঙবদা লাইরিক তম্নবা হল্লকপদা। লুহোংখি অনী। চহী তবাগা তরুক্তা থোঙদাখি অসুম গার্হস্থ্য আশ্রমদা নিমাই। ঈংথি শচীগী মথম্মোই, মথি মঙদা মংলোন কয়া হুঙাইবগী হুঙাইবা ঙাক।

ওজা ওইরে, গৃহস্থ ওইবে, পণ্ডিতশিংদসু চল্লে অচৌবা, অদুবু ঙাওবদি হন্দে নিমাই। অয়ুক স্নান মতমদনা শাস্ত্রে ঈশিংদা ছাত্রশিংগা, হুমিদাংল্লাই মতমদনা লাঙমিন্নে অমুক মথোয় ছাত্রশিংগা। লাঙবমথৈ লাঙমিন্নরগা পোথাই, ফম্বি, ঈচিক লাংঙি—থাবলগা ফবা থোক্লবা ফমথৈ আ সন্ধ্যা মতুং চাক ঈশিং লোইনবা মতম ফাও। সদাইনি মাসি মহাক্কীদি। জাতি বর্ণ, ধর্ম্ম খীনা থায়মন্নুনা মচেৎ মচেৎ তারবা ভারত জগৎপু আর্য্য-নীতিনা থোমজিল অপুনবা মীওইবা জাতিগী শান্তিগী প্রেম পীগে লাকপনি মতা মান্নে থায়দে মঙোন্দা ঐনা সিনি মানা দুনি হায়বা মীশক—ফম্বিন্নৈ, থোমিন্নৈ, হুঙাইমিন্নৈ। মতম তাঙ্গা অসিল্লাইসিদনি কাশ্মীরগী দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা নিমাইগা থেংনরবা, মপুনশিচুপ্পা তাল্লকপা বিদ্যাগী মরায় থঙহৌদনা চায় মিংচৎকী উরোং ফুকথিবা, নবদ্বীপনা জ্ঞানগী বিদ্যাগী জগত্তা থোম্মদগী থোম্ম কা চৈগোক ফমখিবা।

নিমাই উনিংখি শ্রীহট্ট ঢাকাদক্ষিণ, মপা মপুশিংগী খুনাম্না মডোন্দা শেংলবা লম। শন্দোম্নিংঙি বিত্তাস্থ। চৎলি বঙ্গ, শন্দোকই বিত্তা লোয়ননা ধর্ম। খোঙফমসিদা তুংগী লম্বী সেম্বগুম থোকখিবা কয়া লৈ। থেংনৈ ঈশ্বর থাজবা পণ্ডিত কযা ইমুং কযা। অমদি তপন মিশ্র কৌই। নিমাইনা চহী মঙাগা হায়বকপা অতুবাইদনি, শচীদেবীনা মাবু অদ্বৈত আচায্যগী টোলদা মযাম্বা বিশ্বরূপ কৌবা থায। মহাম্না কবিমত হংগোইবা লৈতনা আচায্যগী টোলদা তবিৎ তবিৎ চুংশিনা চঙলকপা উবদা আচায্যনা মুম্না যেংলগা "লাক্লেন্দনা ঐনা কৌথবা" চুঙাইজখিবদো মিশ্রদদি তশেং অতুম ষাওখি মশাগী মঙভম অমনা, কৎখি লোইনা মথবায, হৌগৎখি মযুম যুম্না ইলগে নিমাইগী মতুং। অতুবু খঙদে, মশাগী তুংণা লম্বী সেম্বরা, থাখি বারাণসী।

স্বপ্নে এক বিপ্র কহে শুনহ তপন।
নিমাই পণ্ডিত স্থানে করহ গমন॥
তেঁহো তোমার সাধ্যসাধন কহিবে নিয়ম।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর তেঁহো নাহিক সংশয॥
স্বপ্ন দেখি মিশ্র আসি প্রভুর চরণে।
স্বপ্নের বৃত্তান্ত সব কৈল নিবেদনে॥
প্রভু তুষ্ট হঞা সাধ্যসাধন কহিল।
নামসঙ্কীর্ত্তন কর উপদেশ কৈল॥
তাঁর ইচ্ছা প্রভু সঙ্গে নবদ্বীপে বসি।
প্রভু আজ্ঞা দিল তুমি যাও বারাণসী॥
তাঁহা আমার সঙ্গে তোমার হইবে মিলন।
আজ্ঞা পেযে মিশ্র কৈল কাশীতে গমন॥

ব্রাহ্মণ'মনা, মমঙদনি, হাযরৈ তন তপন্দা।
চঙজরু নিমাই পণ্ডিত্তা, হংজরু মডোন্দা॥
মানি মাদি খঙজহৌরো ঈশ্বর তশেংবা।
তাক্কপিগনি সাধ্যসাধন করম্বনা ফবা॥

মঙ্গী ব্রা মতুং ইন লাক্লে মিশ্র প্রভুই নাক্তা।
হঙ্গৎলরে মঙ্গী ব্রাফম প্রভুগী চরণদা॥
তাকপিথি হুংশিনা প্রভু মুন্না সাধ্যসাধন।
তাথি মতোল তন্না অমুক তৌ নামসঙ্কীর্ত্তন॥
লৈজনিংবনি প্রভুগা নবদ্বীপ্তা মাদি।
পীথি'ত্রবু য়াথং প্রভু চৎলু বারাণসী॥
নঙ্গা ঐগা উনবনি থঙু মফমত্তুদা।
চৎথিবনি চৎখি মিশ্র য়াথংনা কাশীদা।

লম্বী সেম্বমকস্থ অত্তুম চপচানা তাথি। তুংগী খোঙফম অমনা ফজনা অত্তুম তাকথি। পল্লে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব তুংদা মধ্যলীলাগী মতাংদা বৃন্দাবনগী হঙ্গৎ হন্দা খোঙফমদা বারাণসীদা ভক্তসিগী গৃহমক্তা। গৃহসিমক্তা পোকস্থ পোকথিবনি ভট্ট রঘুনাথ। তপনমিশ্রগুম্বা ভগবদ্প্রেমী কয়া থেংনবনা পদ্মানা কোনবা বঙ্গগী লম পরেংশিংদা গৌরাঙ্গগী হুণ্ডাইবা থেংথি। অত্তুবু, শ্রীহট্ট-দর্শন ঈথৌ লাংবনা হান্না য়োথোক্লবা য়েংথি। লম্বীদা ব্রহ্মপুত্রগী লমথৈ ভাটাদিয়াদা মশাগী হুংশিবা চান্নবা মরুপ পুরুষোত্তম, কাইনথংগীনা নীংসিংবদা যাইফনরবা স্বরূপ দামোদরগী মনাও লক্ষ্মীকান্ত থেংনথি।

লক্ষ্মীকান্ত ময়াম্বা পুরুষোত্তমগী মতম মাধবেন্দ্র পুরীগী গুরুভাই পদ্মগর্ভাচার্য্যগী মতিক্মক চাবা মচানি। মশা ভক্তনি, পণ্ডিতনি। মশাগী ভক্তি অমস্থং জ্ঞানগী মঙান্না থম্মি গৌরাঙ্গবু নারায়ণমক্তি। ভক্তগী ভক্তিনা মরয়ত্তুনা শনথি পান্না চাউনা অকোয়বদা গৌরগী মঙাল। শ্রীহট্টদস্ত অসিনি অত্তুম। মঙানি তবানিদা য়োরে গৌরাঙ্গ বড়গঙ্গা। উনরে মপা পোকপা মপু উপেন্দ্র মিশ্র, মবেল কলাবতী। গৌরাঙ্গগী মশক মতৌ, মতিক মগুন, মশাগী লক্ষণ অমস্থং চিহ্নশিং উবদা থল্লি মিশ্র "নত্তে ঐগী ইশুসি তরাইবা অচম্বা।" থঙবস্থ থঙলে অত্তুম নোংমা নীনিদা।

নোংমা মশু মপু অনী ফম্না ফম্না মপুনা কোনা মনাদা চণ্ডী ইবা হোই। তাঙ্গাত্তুমক্তা গৃহিণীনা মপুয়োইবা ইমুংদা কৌশিল্পুনা তম্মি মমঙ।

… … নাথ দেখি স্বপন অদ্ভুত।
সাক্ষাত নারায়ণ এই জগন্নাথ সুত ॥

প্রেমবিলাস

… … মঁঙি নাথ মঙলান অমা অঙকপা।
জগন্নাথই মচাসে নরায়ণনি ঙশেংবা ॥

ঐদি হান্না চিংনরবনি, নচীন থোক্তনু, নযুক মযুক পেন্নবা ঙমজবা পীজ-পীথক তৌবা শোয়নু, কাউনু, নথোয় ঐথোয়গীদি ভক্তিদনি—পীরম তন্না পাউথুম থোকখি মিশ্র তন্না অমুক ইথনবা চণ্ডী। লোইরম্লে অত্তুবু হৌবদা ঙায়রিবা চণ্ডী, পুন্নোইনি মহাক্না গৃহিণীগা ইমুংদা বা অমনীদং ঙাঙনরিঙৈ তাল্লক্তুদা। ঙক্লদ্রে থোইনা, কৃপানি লৌরে, পুশিল্লে গৌরাঙ্গবু মবেলগী মনাক্তা।

… … ভাই তুমি নারায়ণ।
স্বপনযোগেতে মোরে দিলা দরশন ॥
সেই মধুর রূপ মনে আছে সর্ব্বদা।
দেখাও দেখাও রূপ আবার মুঞি দেখি ॥

প্রেমবিলাস

… … মানি নংদি ভাই নারায়ণ।
পীবনিদো মঙদা নংনা ঐঙোন্দা দরশন ॥
নুংশিবা নশক্তো লৈরেদো অত্তুম থম্মোইদা।
য়েংখিগেবা মিৎসনা উৎথোগবা অমুক্তা ॥

পীনখি গৌররায় গুরুজন অনীদা মথোয়না তাঙরিবা দর্শন।

ভক্তজনে কৃপা করি প্রভু গৌররায়।
মধুর মুরতি দুই জনারে দেখায় ॥
মূর্ত্তি দেখিয়া দুই মন স্থির কৈল।
পার্ষদ দেহ ধরি দোঁহে নিত্যধামে গেল।

প্রেমবিলাস

চুংশিবিরু গৌরগায ভক্ত মীকোক 'নীহবু।
পীনৈ মধুর মুরতি দরশন তন্নবু॥
ফংজবদা দরশন লেপখি মবুক প্রভুদা।
কাখি 'নীদো নিত্যধাম পার্ষদগী মশক্তা॥

হল্লে তন্না গৌর বঙ্গদা, পন্থানা কোনবা লমথৈদা, তৌহ কন্না বিদ্যাগী প্রচার। কোন্নবনি নামগীগা অতুম। বিদ্যা কন্না শন্দোক্লিডৈ ফংখি মুমগী অৱাব, কয়াগী খুদম। লাকখি তন্না মুম। লৈরমন্রে লক্ষ্মী লিন্না চিক্না। ফাম্ন মবুক ভুনা মমাগী।

জাতস্য হি ধ্রুবো মৃত্যুর্ধ্রুবং জন্ম মৃতস্য চ।
তস্মাদপরিহার্য্যেঽর্থে ন ত্বং শোচিতুমর্হসি॥

ভগবদ্গীতা

পোক্লবদা শোযদে শিবা শিববদা শোয়বোই পোকপা।
শোয়দনা থোরবসিদা হানিঙাই করি লৈনিবা॥

লাকপা নত্তে মাদি মঙাল লোকপা, লাকপনি য়েনগে মঙাল। চথখি ঈংনা অধ্যয়ন অধ্যাপনা অনীমক্তা হান্নগী মতম।

নোংমা চৎখি নোংমা লাক চযোল অমা হৌথাবুম অমা লান চহী অমা ফা কুমওন অমা লাক, হৌগ্রে কুমিৎ থা চহী খর মথং মথং। শচীদেবী, য়ুম লেপ্পবনি, হৌই য়েংবা মচাগী মো। হাৎলুনি করম নিমাই পণ্ডিতকী কুপী! নদীয়াগী থানি। কৎকেগী কৎকে ঙাক্লি। নদীয়াগী মীপুম খুদিং, নিপা খঙদে কুপী, লুপ্পা ঙাক্লি মঙোন্দা, ঙাওবা ঙাক্লি মাগী চুংশিবা মনমদা। লুহোংলে নিমাই মমাগী য়াথং মতুং ইন, রাজপণ্ডিত সনাতনগী মচানুপী নীংথিবী বিষ্ণু-প্রিয়াগা অমুক।

মতাং অসিনাইমক্তানি কাশ্মীরগী দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা লাকখিবা, গৌরাঙ্গদা মায়থীরবগী হা মথক্তা মতাং অমদা পনখিবা। ফুদোকখিবনি গৌরগী অঙকপা বিদ্যাগী অঙকপা মঙাল। ওক্লখিবনি নবদ্বীপ অপুম্বা, শক্লখিবনি মগুন "য়াইফজে নবদ্বীপ, য়াইফজবীমক্লি পোকচকবা নিমাই পণ্ডিত।" অদুবু মশানদি তেকথনা পানবা হৈপান্না, অচৌবা খঙদে অপিকপা, মশামত্ত কাঙলুবা হাইগৎলুবা

তৌদনা, নোইনা লুক্না য়ুংবগুম তৌথিবনরা নত্রে ঙংগাররদা থোইনা হৈনিংবা পোকথিদবগুদা তৌব'মা ·লৈবনরা নহিল্লক্তে অনীমক্কা মপা মপা চারুদুনা তৌবনরা করি থোইনা থো রা সারুদবগুম তৌথি।

লক্ষ্মীনা লৈথিদবগা নিমাইগী পুনশিগী ত্যাগলীলাগা করি মরী লৈনবা থগদে, শকই লোচনদাস মাগী "চৈতন্যমঙ্গল" দা, শক্লে অতৈ বৈষ্ণব কবিশিংস্থ অদুম, গৌরপ্রেমগী মশক্নি লক্ষ্মী, গৌরগী কায়ন-মৈনা লিলগী মশক ওইনা চোংথোক্তুনা চিকথি গৌরপ্রেমগী মশক ওইবী নীংথিবী।

প্রভুর বিরহ-সর্প লক্ষ্মীরে দংশিল।
বিরহ-সর্প-বিষে তাঁর পরলোক হৈল॥

চৈতন্যচরিতামৃত

কায়ন-মৈনা তাঙজ ওই প্রভুগী চিক্লে লক্ষ্মী।
তাঙজদুগী হুনা অদুম কেমথরে মপুনশি॥

নিমাইস্থ লক্ষ্মীনা মহাকপু ঙংশিজবগুম, মহাক্সু লক্ষ্মীবু চপচানা ঙং-শিবনি হায়বা তাকই মথোয় অনীগী পুনশি-লীলাগী ঙংশিবা মতাং থরনা অদুম। গৃহদা হৈনিংদবা অমা পোক থম্মোইদা ত্যাগগী রাথল মমি অমা তাথিবরা থগদে লক্ষ্মী লৈতবদা! তাবগুম তৌথি পুনশি-লীলা তাংকক'মগী অয়োইবা ফিজও। নো'বাম্বাদা তত্তনা হেক হেক ঈহো ঈঙাওরুবা তুরেল্লা শরত্তা লিরি থোইরি চেল্লবগুম নিমাইগী কঁঙাওনবা পুনশি লক্ষ্মী লৈতবগা লোয়ননা লোই-থিবগুম তৌথি, ফাওথিবগুম তৌথি মথম্মোইদা ধর্মগী রাথলগী মঙাল অমা। লাক্লবরা থগদে মশক ফোঙবা মতম।

তরুক

# ত্যাগগী মমি

অজাযধ্বমজাযধ্বমজায়ধ্বং ন সংশয়।
কলৌ সংকীর্ত্তনারম্ভে ভবিষ্যামি শচীসুতঃ॥

ভবিষ্য পুরাণ

পোক্লুই পোক্লুই পোক্লুমক্কি চুম্মি ঐহাক পোক্লুনি 'মুক।
কলিদনা নামযজ্ঞগী ওংলুনি শচীগী পীবুক॥

কুইদ্রি বিষ্ণুপ্রিয়া লুহোংবা। সংসারদা থোইনা লুপশিল্লদে গৌর। অমবোমদনা, নীংসিংলকখি মহাক্না অঙাং পিশক ওইবিঙৈ লৈখিদবনা তোল্লিবা পিতৃকৃত্য অরোইবা—লোইনিংলক্লে। চৎ'লি গয়া ফুক হৌগত্নুনা ছাত্র খরগা অরোইবা পিতৃকৃত্যগী। থেংনৈ মাগী প্রেম্না পুল গোবিন্দনা সঙ্গোম হুনখিবা, মহাকথংগী ক্ষীর লোৎলু ক্ষীরচোরা মিংথোল পুখিবা মাধবেন্দ্র পুরীগী শিষ্য ভক্ত ঈশ্বর পুরী। লৌই দীক্ষা—গোপাল দশাক্ষর মন্ত্র। লাকই য়ুম মশক পৃক্কোং হোং।

থোকই টোলদা হান্নগী মতম। লাইরিক তম্বিদে। ওঁ'াঙি মদোম গুণদা য়েং হুংশিনা মোমোন, মিৎলুদদি পিরাং—

শান্নরিবা লীলাময়,
যণ সানা কোয়জেল চেল নন্দই মাংগোল থুংনা,
ফজে হুঙাই ভক্ত-চানবা নঙ্গী লীলা!

শিম্থৈ মমিত্তগী পিনা চদুম চদুম—তারি মুক্তা মতুম মতুম। চুংঙি মতু, লাউই হরিবোল। ছাত্রশিং য়েংঙি ওহাক। হায়নরকপা য়াওই। "তন্নরোইদ্রা ঐখোয়বু ওসি লাইরিক"।

হায়রকই অমনা—গুরু মহাশয়, হৌরসি লাইরিক!

নিমাই—তোক্লসি, তন্নলুসি, কাউবু কাউরে লোইনা। সোম্সি নাম 'দুই শরুক, শক্সি কীর্ত্তন!

ময়াম—ঐখোয়দি হৈদি হৈতনা।

নিমাই—হৈনি হেক্তা শস্নি শকউ! (তম্বি তন্না ছাত্রশিংদা নামকীর্ত্তন। শকই মথোয়গা খূবাক খূ খূত্নুনা)

হরি হরয়ে নমঃ
কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন।

নিল্লি পুঁম্নিল মুকুন্দ সঞ্জয়গী চণ্ডীমণ্ডপ।

থাদোক্লে নিমাই অধ্যাপনা। থাদোক্লে বিদ্যার্থীশিংস্থু অধ্যয়ন। পুনশিল্লে পুঁথি, ফাক্কে অমুক, চল্লে টাবু। লুপমিন্নরে হুমিৎ খূদিং কীর্ত্তন্দা অতুম।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥

হরিনাম হরিনাম হরিনামদনি থঙ্ লেঙদবা।
লৈতবনি কলিদা লৈতে লৈতে অমুক লম্বী'মা॥

জীবে দয়া
ঈশ্বরে ভক্তি
ভক্তির সাধন সঙ্কীর্ত্তন।

তৌ জীবদা দয়া
ঈশ্বরদা ভক্তি
ভক্তিগী সাধন থঙ্ মানি সঙ্কীর্ত্তন।

তাকই তত্তে, চোংঙি শকই শাওই—

হরি হরয়ে নমঃ
কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন।

গৌড়দা অা মম'াঙৈদগী হৌনা বৈষ্ণব গোষ্ঠী কয়ামুক লৈরকই। লৈবাক্লা বামাচারগী ক্ষেত্র ওইবা, পঞ্চ মকারগী পূজা চৎপা, বলিগী মমিংদা জীবহিংসা তৌবা, কাপালিকশিংনা মী হাৎপা—পূম্নমক্লিনা ওইথি মথোয়গী অরাবা

অচৌব'মা। 'সিদি লায়বুলায়রি, পুবকথি মতম্না মুশলমান, পাল্লে মথোয়না গৌড, হাৎলৈ ধর্ম্মগী মমিংদা যণ। অমরোমদনা, লৈবাক পুগদবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা ন্যায়গী ফক্কিদা লুপ্পুনা লৈথি, তৌথিদে লৈবাক্কীনি হায়বা ব্রাথম্মচেৎ 'মত্তকাও। লৈবাক খাইনা বিষহরি পূজাগুম্বনা অরোইবা ধর্ম্মনি পুই। চায়থি থীনা ধর্ম্ম মরায, কান্থি তম্না মরায় অধর্ম্ম, অনাচার।

গৌবাঙ্গদেবনা খোঙদাবমদাই মমাঙ চহী পরেং থরদা গোষ্ঠী পরেংসিদা পোকখি ভক্ত কয়া—অঙকপা মীপোক ভাক্ত, তুংলমচত্তা লাইপোক্লি হায়না শীংথানখিবা ঙাক। অমদি অদ্বৈতাচার্য্যনি থোইথোইবা ভক্ত। ব্রাবিথি ঈশ্বর থাজদ্রবা, ভক্তি মশক থঙদ্রবা, প্রেম থীনা নংলবা মহাত্মা পোক্লুরিবা জগতুগী।

ইরি চৈতন্যচরিতামৃত—

কেহ পাপে কেহ পূণ্যে করে বিষয় ভোগ।
ভক্তিগন্ধ নাহি যাতে যাই ভবরোগ॥
লোকগতি দেখি আচার্য্য করুণহৃদয়।
বিচার করেন লোকের কৈছে হিত হয়॥

আপনি শ্রীকৃষ্ণ যদি করেন অবতার।
আপনে আচরি ভক্তি করেন প্রচার॥
নাম বিনে কলি কালে ধর্ম্ম নাহি আর।
কলিকালে কৈছে হবে কৃষ্ণ অবতার॥

গঙ্গাজল তুলসীমঞ্জুরী অনুক্ষণ।
কৃষ্ণ পাদপদ্ম ভাবি করেন সমর্পণ॥
কৃষ্ণের আহ্বানে করে সঘন হুঙ্কার।
এমতে কৃষ্ণেরে করাইল অবতার॥

হিংঙি 'মনা পাপ্পা হিংঙি 'মুক 'মনা পূণ্যনা।
লৈতে ভক্তি কৌবা কোক্লভাই জগৎকী লায়না॥
রাথি উরকপদা নুংশিহৈবা চার্য্য থম্মোই।
থম্বথি শীঙ্গিগে করম্না ফনবা মথোই॥

খনখি ফদ্নি শ্রীকৃষ্ণনা খোঙদাব়বা লৈদা।
মশানা চৎনা য়েল্লব়বা ভক্তি জগত্তা॥
নাম নত্তনা অতৈমনা ওইবরোই কলিদা।
কৃষ্ণন্সিবা করম শ্রীকৃষ্ণবু জগৎসিদা॥

কোক্লৈ চেৎনা কৃষ্ণগী পাদপদ্ম থম্মোইদা।
গঙ্গাজল তুলসীপত্র কচে তৎপা লৈত॥
তোই তোযনা োযনা হুঙ্কার কৌই হেক হেক কৃষ্ণ।
কৌথবনি অম্তম—খোঙদাববনি লৈ কৃষ্ণ॥

গৌরাঙ্গগী গর্ভগী থাশাং,, পোকপগী পুংফমগী তাথা পবেং, গ্রহশিংগী ফম্ফম পবেং, গ্রহণগী নাম্না পৃম্নিল নিনবদা লৈ খোঙদাবা, মশক মতৌ তম্বা খোক্তনা ফজবা, মঙ্গলগী মশক দিব্যচিহ্নশিংনা লৈতেংঘা, তৌবকপা অয়াম্বা মীগী ওইনা খোক্তবা—অসিনচিংবা কযানা অদ্বৈতাচার্য্যগী পুকার পাল্লে, গৌরাঙ্গ ওইনা কৃম্নক্লে থাজনখি বৈষ্ণব গোষ্ঠীশিং। শক্লখি, সোন্নখি—

কলিযুগে যুগধর্ম্ম নামসঙ্কীর্ত্তন।
এতদর্থে অবতীর্ণ শ্রীশচীনন্দন॥

কলিযুগই যুগধর্ম্ম মানি নামসঙ্কীর্ত্তন।
অদুগীনি খোঙদাবরিবা শ্রীশচীনন্দন॥

হৌৎখিদে অদুনোং গৌরাঙ্গদেবগী সঙ্কীর্ত্তনগী পালা। বিদ্যার্থীশিংদনা পুবম্বদগী লাকখি, চোংথোকখি মগুণ-লৈবা মশরাইবা ভাক মথং মথং অদুম। য়াবখি শবক কীর্ত্তন্দা থুনমক শ্রীনিবাসাচার্য্য। ইল্লকখি শ্রীবাম শ্রীপতি শ্রীনিধি —মনাও অহুম্মক। ইশৈ-তৌবা মখোল-ফবা ভাক্লি মখোয় খূদিংমক। মখোয অহুমগা মুকুন্দ পুমিন্নখি কীর্ত্তন। লাকখি অদ্বৈতাচার্য্য। তিল্লখি ব্রহ্ম হবিদাস শুক্লাম্বব ব্রহ্মচারী, গদাধর পণ্ডিত। ফাওরকখি তন্না ব্রহ্মবধিয়া নিত্যানন্দ। শকখি কীর্ত্তন অহিং অহিং ইমুংদা—শ্রীবাসগীদা মপুং, মশাগীদগা মহাক্কী মাতুল চন্দ্রশেখরাচার্য্যগীদনা মরক মরক। চৎলি, চখৈ, লেপ্পে কীর্ত্তন। অমরোমদনা, গৌরাঙ্গদেবগী মশাদা মতাং মপাংদা ফাওখি অঙকপা শক্তম, অঙকপা মতৌ,

অঙকপা মঙাল ঈশ্বরগীদ ওইবা। থগনখি স্বযং ঈশ্বরমক্তি, জগৎ-কল্যাণগী লাকপনি। হয়াউ-তুজুংবগা লোযননা কষ্টিনখি কীর্ত্তন নোংমা নোংমগী, থেংখি ভক্তশিংগী মুঙাইবগী অমুক্তং চিংখি অমুম অমুম নবদ্বীপ তংথাই'মা।

উয়ে লাক্লে মতম, যারনি প্রচার। পীনয়ে ভক্তশিংদা বাণী—

তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ॥

নাপীদগী থোইনা তুনা উপাল মতম থাঙবা হৈনা।
সুনা মীবু নোম্না নশা সোনগনি তক্তনা হরি॥

নেৎলে নাপী তুথৈ অদুম।
নেৎলিমথৈ থাঁডি অদুম॥
য়াল্লে উ পুই চৈনা অদুম।
থনবি লুংশা মীদো অদুম॥
থঁঙু নাপীনি বৈষ্ণবতি।
চৎকনি শাজং নাপীগী॥
কাউন্ড উপান্নি বৈষ্ণবতি।
চৎকনি লীচৎ উপালগী॥
লৈতে ঈশ্বরদা বর্ণবিচার।
চঙদে ঈশ্বরদা জাতিবিচার॥
লৈনৈ লোইনা নামদা অধিকার।
তৌ মীপুম খুদিংদা নাম প্রচার॥

চৎলে নগর কীর্ত্তন। পুরে কীর্ত্তন নিত্যানন্দস্বরূপ ব্রহ্ম হরিদাস। থেংনরুয়ে নোংমা জগাই মাধাই—নগর কাতোয়াল মচীম্নাও। থীনা তৌরে মচীম্নাওনা নিত্যানন্দ, ফুরে, চৈরে, তাহৎলে। "ফুজো, তাজো পেল্লা নবুক, সোল্লু অমুক্তদি নাম" চোংঙি মাতালিয়া। চঙদে, নুংনি অনীদো করিমত। চায় ব্রহ্মবধিযা কোক্তা থীনা চফু, তুই লৈমায়দা জ্ঞান থীনা মাঙ। ফদোরকখি খঙহৌদে গৌরাঙ্গ বিশ্বম্ভরধর মতং। উথি জগাই মাধাই গৌরাঙ্গদা চতুর্ভুজরূপ

তুখি চরণদা। লানথি অসুম তমথিরবা মাতাল মচীনমনাও। শরুখি গৌরাঙ্গ-দেবগী শুণ নৌহৌনা নবদ্বীপ; শরুখি চীনবুং য়ৈনা ব্রহ্মবধিয়া, ব্রহ্ম হরিদাসন-চিংবা কীর্ত্তনেশিংগী বৈষ্ণবগী ধর্ম্ম লোয়ননা সঙ্কীর্ত্তনগী মাহাত্ম্য।

মৈবু ফিনা কুপ্পা য়াদবগুম ফুদোংক্লে গৌরাঙ্গগী মশক মশেক মঙাল নোংমা নোংমগী অসুম অসুম। পোকপদগী হৌনা তৌরকপা মহাক্কী মপোক, মশক মতৌ, মতিক মগুণ, চৎলকপা শাজৎ, ঙাঙলর্কপা রাঙাঙ, তৌথোরকপা মওং, চৎনরিবা মতা লোইনা পাতুনা য়েংনরকখি মীপুম খুদিং, লাইপোক্লি থন্নরকখি থম্মোই খুদিং।

"গৌরাঙ্গ ভগবানমক্লি, নাম অমসুং প্রেম প্রচারগী ভক্তগী মশক লৌদুনা লাকপনি" হায়নরক্লে ঈশ্বর-থাজবা পণ্ডিতশিংনা মহাপুরাণ, উপপুরাণনচিংবা লাইরিক লাইশু কয়াগী মতুং ইন। থ্‌ায় অয়াম্বনদি মবুকথোক্লা হান্নদুম অতুম থাজনরবনি, নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপদা থৎদুনা লৈরবনি মথোয়গীদি। অদুনোং শরুখি সোন্নখি নাম অহিং-কুংথিল। ওইখি অসুম নবদ্বীপকী য়ুমথোং খুদিং নাট মন্দির। কায়রে থীনা যবনশিংদদি। মথোয়গীদি যেন কেন উপায়েন কাফির হিন্দুশিংবু ইসলাম ধর্ম্মদা পুশিনবনা ধর্ম্মগী থৌগাইনি অচোবা।

চাঁদ খাঁ নবাব হুঁসেন শাহগী মশুনি, নিঙোম্না পোকপা। পুই মহাক্লা নবদ্বীপ। হিন্দু মুসলমান কাবক কুংশিনরকপা মতম্নি। কাজীনা হৌরক্লিবা চৎলিবা ঈরাংদু থিংনিংলবস্ম হিন্দুগী মবুক নাথিগদ্রা কিবনা খংখিং থিংলমদে, মতা অচাব'মা য়েংদুনা লৈরম্মি। তাঙ্গাসিদা নাস্তিক কাঙবু অমনা লাউররে, "অয়ুক খঙদে কুংথিল খঙদে কীর্ত্তন—থবক শূবা, চৎপ'মত্ত য়াদ্রে, কায়রে-লেপ্রে। অহিং ফংঙি নো'শোয়-নোংশোয়বা—তুম্বা হিপ্প'মত্ত য়াদ্রে, মাঙবা তারে, শোয়দ্রবনি, লৈবাক। ঙম্লিঙৈ থিংবিহৌ"। ঈরুনীংবগা থোং তেকপগা চপ অদুম চারে। মশামক য়াওনা পাইকশিংনা থীনা থীনা থুগাইরে কীর্ত্তন, লেপ্পদা তাররক্লে।

চোংথোক্লে গৌরাঙ্গ মশা। নোংমা য়াচঙবদনি, চৎলে কীর্ত্তন। বেড়া কীর্ত্তম্নি—সম্প্রদায় অচোবা অহুমগীনি। ব্রহ্ম হরিদাসনা থংঙি মাঙজীন, পুই অহানবা সম্প্রদায়; অদ্বৈতাচার্য্যনা লেপ্পি মথং পুই অনীসুবা; গৌরাঙ্গনা থোম্মি মনীং, পুই অহুমসুবা। তৌই থৌগল বিশ্বম্ভরধর নিত্যানন্দ।

কীর্ত্তন মশাগী মৈবা চাম্ম চাম্মনি, ফিবাল চাম্ম চাম্মনি। অদুদি অরাযবনি, গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু চোংথোক্কে, কীর্ত্তনে পুবনি হাযবা পাউসি হুংশিৎনবু চেল্লম্বরা খঙদে, য়ুমথোঙ খুদিং ওক্লম্মি মৈরা ৱাংনা ৱাংনা, চাউনা চাউনা, য়ুংলম্মি লফু, খিল্লম্মি মঙ্গলঘট হেক হেক—কোম্নৈ বৈজযন্তী লোইনবা।

শীংনরি মৈরা পরেং অতিযাগী থৱান পবেং, হাইরি হুম্লি পাইবি মালংদা ফিবাল-পবেং। খোংলি মোহবুং, খোংলি শিঙ্গা, যৈথি পুং শেল, শক্লি মাযগৈ তরা পুম্লিল—

হরি হরযে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায নমঃ
যাদবায মাধবায কেশবায নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন ॥

তৌই তায হেক হেক হুঁকার—হরিবোল হরি হরিবোল। ঈওল্লি নবদ্বীপ হরিনাম ঈবাউখোল্লোয, শান্নবি মৈবাপরেং ঈওল ঈরোযননা ঈম্নংদা—তাবি মমি থৱালগী পবেং তগুপ তরুং তগুপ তবং ঈবোন্নুং। পাইবি বৈজযন্তী পবেং হাইনা হুম মালংদা—কাবি ঈথক ঈপোম পবেং পরেং ঈমাযথক।

চৎলে কীর্ত্তন কাজীগী মবান তম। চাঁদ খাঁ লৈতাদে—মিহুল চেনগুম-চেনগানবে। মহাক্কি অকিব'মা থীনা নংবদগী মবুক্কীং ইথুক্ত-থুক্তুনা লৈববনি। কীর্ত্তন থুগাইরুবা হুমিত্তুগী অহিং হেক হিপথবমক্তা মীনোংশা'মা চোংশিল্লকথি। "নংনা পুং শেগাযরুবগী নপুক শেগাযবা তাবেদো" খোৎলৈ থীনা মপুক। মহাক কিবগা চৈনাখোলগা মশা ইপা পাখৎথি। মহাক্লা থীনা পাখৎপা উবদা, "ফবে, নং যাম কিবে, হন্দক্লুক্তি যেংবিরগে, অমুক তৌরবা লোইবে থঙু নং, লোইববনি অদুম নঙ্গী ফুংগাসু" হাযবল্লগা মাঙ্খি। নোংঙাল্লগসু পেযাদা অমনা কীর্ত্তন থুগাযবা চৎনবা হুক্ম লোবা লাকডৈ মৈবী'মা খংবাই পাইবক্তুনা মকোয চাকথিবগী ঈশিং হানবমক ফত্রি। অসিদা অমুক্তা নবদ্বীপকী ঙসিগী ঈরাংসি উবদদি "করিনো, করি ওইবগদৌবিবনো" থনবদা কিথিবনা লৱাই লুতোন অদুম শাৎলে। কীর্ত্তন্না অসুম অক্সম লাক মহাক্কী দরৱাজহ নকশিল্লকপা উবদা মিপাইবগুম তৌরুবরা, খোঙ অদুম পৌরোল থারে, মশা থুগ্লোই লোৎপোই অদুম লৈখ্রে।

লোৎনিংঙি লোৎপা যাবা নত্তে, মশাগী সম্মান্স, খুভমগীস্থ ঙারা চৎপা তাবনা থোক্কখি। লাপ্লপ তৌরিদৈদেগী হৌনা মশাগী দোষ মঁাঙোইননা পন ৱাহৌরকখি।

কাজী—ঐনা থর লজ্ঝিবগুম তৌবতুদা নবুক্তা ৱারৌলম্লনি কিকতুনা, শারবদি উনরবোই· লোৎলুবনি। অসিমক্তং হান্না নীংসংহৌখিগে, নীলাম্বরচক্রবর্ত্তী ঐগীদি গ্রাম-সম্বন্ধী চাচানি। নহাক ইচন্না পোকপনি। মমাক ওইবনা মাতুলগী দোষ কন্না থিনদে, থিক্কদে—নল্লা গৌরহবি।

গৌৱাঙ্গ—কচ্চবি ভক্তি, মামা! কীর্ত্তন যাবগী ৱা ওইনা তৌবৱু মামা—

কাজী—অঃ যাবে, থিংদ্রে। খঙলে থিংবা ঙম্লবোই (হাযনা হাযনা লী অঙকপা ৱারী. উৎলি মবুক্তা তাবিবা খুজীন মকম)

গৌৱাঙ্গ—ফবে মামা, যাম্না মুঙাইজবে। ৱাকম অমক্ত'গদি খঙলগা চচ্চনিংঙি।

কাজী—কবিনো তাসি।

গৌৱাঙ্গ—মামদি ধর্ম্মগী খুভমদনি লৈবিবিবা। ষণ লাবনা মপাংগলনা ঐখোয মীগী পুক থাকই—ইপা শকই, ষণ অমোম্না মখোম্না ঐখোয মী যোকই, ঐখোয মীদা পাংগল পী—ইমা শকই। মখোয হাৎপসিবু চুম্না?

কাজী—নখোয হিন্দুগী বেদ পুৱাণ লৈবগুম ঐখোয মোসলেমগীস্থ কেতাব কোৱাণ লৈ। নখোযগীদোনা ঐখোযগীস্থ প্রবৃত্তি, নিবৃত্তি—মার্গ অনীগী ৱা অতুম মরৈ। প্রবৃত্তি মার্গনা ষণ হাৎপা যাই। লাইবিক্লা যাবনিনা দোষ লৈতে। নখোযগীস্থ অতুমঙায, থাযনা ব্রাহ্মণনা ষণ অতুম মহাৎলম্লিবতুনি।

গৌৱাঙ্গ—মামগীদা থিক্তং হোবে। বেদগী ৱাদি হিংহনবা ঙম্লবদি হাৎপা যাই. ঙমদ্রবদি যাদে, অসিনি। থাযনঙৈ ব্রাহ্মণশিংগী মতিক্মি লৈবম্মি। জবদগবগীনা খুদম্নি, হাৎলগা হেন্না ফৈ—পাখংওইনা

হিংগৎলি। ঙমদবদগীদি তোক্লে, যাদ্রে। মাঙ্মহোযস্থ ঙম্মি-
য়োইনে। ঐখোয মীদা, ইশানা অমুক হন্দোকপা ঙম্নব্রবা
জীবগী মথরায লোবগী করি হক লৈবা, তাকপিসি যামা!

কাজী য়েংখি গোবাঙ্গদা, হোংদে মিৎফম, কুপ্তে ম'মৎ, হায়, "নংবু মীনা লাইনি, প্রেম নংলবা জগত্তা প্রেম য়েনবা লাকপনি হায়নবা য়ারে মামা ঙসিদি গোবহরি, খঙলে নশক, নং লাইপোক্নি"। সাখি জগোই, শকখি গোরাঙ্গগী জয়—

জয় গোবহরি কী জয়!

ওকখি কীর্ত্তনে সম্প্রদায অহুম—

জয় মহাপ্রভু কী জয়!

খোংখি মোইবুং, খোংখি শিঙ্গা, য়ৈখি পুং, থীংখি শেল, তৌখি হুঙ্কার, সাখি জগোই প্রভু, ইনখি অদ্বৈতাচার্য্য ব্রহ্ম হরিদাস, শেনখি প্রভুবু বিশ্বম্ভরধর নিত্যানন্দ। শকখি সোনখি কীর্ত্তনেশিং।

হরি হরযে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
যাদবায মাধবায কেশবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন॥

খুমখি লোইনা ভাবুক—হিন্দু খঙদে মুস্লীম। অঙকপনি অহিংদুগী কুমৈ—কনানা তম্ন গনি মপাউ!

অরেৎ

# সংসার ত্যাগ তৌবা

সুবর্ণবর্ণো হেমাঙ্গ-বরাঙ্গশ্চন্দনাঙ্গদী।

সন্ন্যাসকৃৎ শমঃ শান্তোনিষ্ঠা শান্তি পরায়ণঃ ॥

মহাভারত

সনাগুম হেনবা ফজ-শক চন্দন্না য়োম্বা ফজ-হক।

ঈংনমক চৎপা সন্ন্যাসী শান্তিদ য়েংবা লেপ্পমক ॥

জগৎ-কল্যাণগী লাকপনি গৌরাঙ্গ। শচীগী বাৎসল্য প্রেম বিষ্ণুপ্রিয়াগী মধুরপ্রেম—কত্রং লংলম অনীনা নামিবা ঙমলুগনি পুনবা মাবু কয়া কুই! মহৈগী নাপল্লবা মতক-কল্লবা পণ্ডিতশিংবুস মীবু তাথী-যেংথীবদনা মহৌশা ওইনা পোক্লবা মীওইশিংবুস মকোক নোনবা তস্থিরগে, তারসস্থ তুংইন মথখোইদা দৈন্যগী মমি, থল্লবগুম তৌত্রা, লেপখি গৌর চঙলগে সন্ন্যাসাশ্রম।

উনরে কেশব ভারতী। ঙাঙনরে কৃপা মরোল। লেপ্পরে মুমিৎ, থঙনরে মফম। হায়নবা মতুংইন চৎলে গৌরাঙ্গ মতাং চানা অহিংগী তাংলৌ'মদা লোন্না কাঞ্চনপুর, ঙসিগীনা কাটোয়া। অহিংদো জগৎকীদি থঙদে, নোংদম থীবী অনীগীদি অমুক ঙাল্লু তমদ্রবা অহিংনি। নীরি তন্নি গঙ্গাগী নিরুদয় ঘাটনা অরাবা মপাউ।

নোং ফুংদ মঙাল্লি। কাঞ্চনপুর অয়াম্বা তুন্নি। মধু শীল গৌরাঙ্গগী শম শেংবা লাকই। মথোক্লা মপূং ফাবদ মঙাযবা, শক্লা মকপা লৈতনা ফজবা রাৎপা লৈতনা নীংথিবা, বৃচুনা সনা ফুদোংবা, মায়থোং থাগী লৈতেং খোই-খোইবা শল্লাং—থাবা ঙমখিদে কাতি মধু শীল, নীকখি মথুৎ। "চৎপ্রনি অফবা ক্ষেণ, থারো ক্ষুর, শেংদোক্লো শম" পীরকখি য়াথং গৌর। "তোল্লিদা শীল ফংগাদা পোক্লবা" থাখি ক্ষুর—মিৎলুদদি পিয়াং। শিক্ষখি মপি শম শেংনা শেংনা চত্নম চত্নম তপ তপ। অদুবু, কাথোকখি শীলগী প্রেম, প্রেমগী দমক্লি। প্রেমাবতার গৌর।

তান্ঝাসিমক্তা ফাওরকখি নিত্যানন্দ, বক্রেশ্বর, মুকুন্দ, চন্দ্রশেখর, দামোদর —ভক্ত মীকোক মঙা। থামগে লাকপনি, থান্নি কনানা মনীং-চৎপা ঈশ্বর

মাবো ! য়েংভি ভহাক তুমিন তুমিন গৌরাঙ্গদা, শিষ্টে জোবো জোয়ো পি, ভাংদে ৱাগী মচেৎ অমত্ত। মন্ত্রনা ভঙ্গৎপা মতম য়াই শরুক মথোয় খূদিংমক সন্ন্যাসগী চৎলিবা থৌবাংদুদা মাগী মাগী থোকপা।

সন্ন্যাসঃ কর্ম্মযোগশ্চ নিঃশ্রেয়সকবাবুভৌ।

গীতা

কর্ম্ম-থাবা কর্ম্ম-ভৌবা পীনৈ 'নীমক লান্ন-খভম।

সন্ন্যাসধর্ম্ম লৌবা তাববদি কর্ম্ম পুন্নমক থাদোক্লগা নৌহৌনা কর্ম্ম-পংং অমা চৎপা তাই। অদুনোং সন্ন্যাসধর্ম্ম লৌরমদাই তৌভম থোকপা দেব, ঋষি, পিতৃগী অর্চ্চন, আত্মশ্রদ্ধা, বীজহোমচিংবা তৌরে মথং মথং লোইনা গৌরাঙ্গ। থাদোক্লে তুংইন অরোইবদা শিখা অমসুং যজ্ঞসূত্র।

কর্ম্মসন্ন্যাস লোইরবা তুং গঙ্গাস্নান অমুক তৌরুরে। পুল্লে ভারতীনা ডোর, হোংলে যোগপট্ট স্নবা। মশানা পাম্বা মন্ত্র তাক্লে নাপ্পচিক্লা ভারতীদা গৌর। ভাবতীনা অমুক কাল্লে গৌরদা মন্ত্র অতমক। ভগত্তা শ্রীকৃষ্ণগী চৈতন্য পীনগে লাকপনি থোল্লে ভারতী মহাকী জন্ম কয়াগী তপস্যাগী ফলনা ফংলরবা শিষ্যবু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য। পীনরে লোয়ননা দণ্ড।

হৌজিক্তি খুাঙদা ডোর-কোপীন-বহির্ব্বাস, নমদা নামাবলি, ভক্তা তুলসীমালা, ওয়থংবা লেংবান্দা ঝুলি, য়েত্তা দণ্ড, ওয়দা কমণ্ডলু, মায়দা চন্দন্না পূন্নং, চৌন্দনা—

এতাং সমাস্থায় পরমাত্মনিষ্ঠাম্
উপাসিতাং পূর্বতমৈ মহর্ষিভিঃ।
অহং করিষ্যামি দুরন্তপারং
তমো মুকুন্দাঙ্ঘ্রি নিষেবয়ৈব॥

আ মাঁঙোইনথরবা ঋষিশিংনা
পরমাত্মাগীনি হোংবা ফিজোল্লিনা।
চৎলুরনি মুকুন্দগী পাদসেবা
লাল্লনি ঐ লানভমদ্রবা অমম্বা॥

চৎলি ইঙাও ভাওনা বৃন্দাবন্দনি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব, নাইদে মায়গৈ শলাই —প্রেমগী ঈথক্তনি। লোল্লি হেক হেক—

বৃন্দাবন-বিলাসিনী

শ্যামকণ্ঠের হেমমণি

জয় রাধে !

ইল্লি মতুং ভক্ত মঙা—মিৎলুদদি পিরাং, নক্তে, শিষ্টে তৎপা লৈত চতুম চতুম। রাধা-প্রেমগী ঙাওরি গৌর, গৌর প্রেমগী ঙাওরি ভক্ত মঙা। অঙকপা নুশিমনি অনীকাংনা চৎপা—পিরোয়নবগী পিবোযনব-ঙাক।

ঙমিক্তো পৌবমাঘগী সংক্রান্তিনি—ইংাইনি। মতম্না অয়ুক অঙনবনি। থায় লৈচিল, তাং লীক্লা, কপ্লিবরা খঙদে কাঞ্চননগর "শেংলে ঐগী ভূমি শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যদেব, নঙ্গী চবণ থাদা কোল"। থোরকখি, চেম্বোরকখি থোঙ্গাল খুঁদংদা নিপা ংঙী—অঙাংদগী অহল। সোনখি লোইং। মীপুম খুদিং চৈতন্য উবদা, খঙদে করিগীনো, হবি হরি, তাখি পি লোইনা মিংল্লু খুদিংদা, থোকখি বোঙ্গায়গীনা হিক হিক মথোল। ঙমিং হুমিনি কোংবা অসুম রাঢ দেশ।

নিত্যানন্দ লৌশিং তৌই, পুথৈ চৈতন্যবু গঙ্গারোমদা, থায অদ্বৈতাচার্য্যদা পাউ। ওক্লে হিদা আচার্য্য, পুশিল্লি ময়ুমদা কৎলি ভিক্ষা।

রাচঙবদং, হৌই কীর্ত্তন আচার্য্য। গৃহদা চৈতন্যদেবনা ঙানবা উবদা পুঙমখিদে ঙঙাইবা ভক্ত-থম্মোই, লৌখি সখীভাব—শকখি,

কি কহব রে সখি আজুক আনন্দ ওব।
চিরদিনে মাধব মন্দিরে মোর ॥

কবিবু হাযসিগে সখি ঙসিগী মঙঙাইসিবো।
(কুই নীংজমল) ঙাল্লরে মাধব ঐগী মন্দিরদা ॥

তাথৈ মতোল মুকুন্দ—

হা হা প্রাণ-প্রিয়সখি কি না হৈল মোর।
কানু-প্রেমবিষে মোর তনু মন জরে॥
রাত্রি-দিনে পোড়ে মন সোয়াথ না পাঙ।
যাঁহা গেলে কানু পাঙ তাঁহা উড়ি যাঙ॥

হা হা প্রাণ-প্রিয়সখি লোইরবনি ঐসে।
চাক্লবনি কান্থই প্রেম হুনা থল্লায হকচাংসে॥
পোথাবা লৈত্রে অহিং হুংথিল কৌবমক্ত।
পাইবগে নীংলে কান্থ ফংগদবা মফমদা॥

সারি জগোই চৈতন্যদেব—ফাওবি ভাব-বিকাব, শিন্থবি পি মিৎলুদা, চুংঙি তু হকচাংদা, চেন্থরি হুমাং শমথোঙ ভুথোং থৈনা। সোল্লি অমুক ঈংনা—

বৃন্দাবন-বিলাসিনী,
শ্যাম-কণ্ঠের হেমমণি
জয় রাধে!

তৌই অমুক হুঙ্কার—
হরিবোল হরি হরিবোল।

কপ্লি শচী, বিষ্ণুপ্রিয়া—বাৎসল্য, মধুরপ্রেমগী শক্তম অনী। কপ্লি গৌড় বৈষ্ণবশিং—দাস্য, সখ্য প্রেমগী শীংনাইদ্রবা শক্তম মযাম। কপখি অবধূত—শাস্তগী মশক। শিন্থখি প্রেমগী ঈবা, তৎপা লৈত অহিং-হুংথিল—পোকখি ঈচাউ, থুমখি গৌড়, ঈল্লায়খি বঙ্গ, ঈথৌখি নোংচুপ্পা বৃন্দাবন, থাদা সেতুবন্ধ। গৌড়, নীলাচল, বঙ্গ, বৃন্দাবন—পূণ্যভূমি মরি ওইখি প্রেমগী উর্ব্বরা ভূমি। য়েনখি জগত্তা প্রেম, থজ্জি জগৎ প্রেমগী মহাউ।

শচী মচা তরাগী মমানি, থঙদে বিধাতাগী করি নোংদম্রো, অমথক্তং য়ুংহৌই। পুনশি লোইরমদাই, চৈতু-পাম্বা মতম, অমক্তুংড্রদদি মবৈগদৌঙ্গিববা থঙরুই নোংদম থীবব্রী মমা-ওইবীগী লক্লিদা হিংলবা মবুক। পুনশি য়াচঙলবা মতম্নি, মশাগী চহী হুন্‌গা তরেৎ হাযরে। লাকখি শকী কুমজা ১৪৩১। সৌরমাঘগী অরোইবা চযোলগী তমখিবা কোরৌ, শগোলশেন্নি, হুখি অহিং অথেংবদা গৌরবু—শচীমাতাগী য়াচঙসু য়াচঙলবা, তরক্সু তরক্লবা পুনশিগী অমথক্ত তরক তরক য়ুংলবা য়াচঙ-চৈতু।

অয়ুক্তনি। চৎখিব্বা মঙানি সুবা হুমিৎনি। অদ্বৈতাচার্য্যগী য়ুমদনি। উনৈ মমামচা। লৈরম্নে ত্যাগগী ফিজোল্দা, থঙলে তৎলে পুনশিগী, উরে লোইরে—হঙ্গিনবা যাররোই। কদৌনি অহুবু, কোল্লিয়ে মচাবু শচী—মমানি, মচা

কাথোকপা ঙমদবা মমা·কোবা থম্মোইনি মাগীদি, হায়রি মচাদা চেৎনা মথাদা কোল, মিংলুদদি পিরাং, নত্তে, শিন্থবনি—মিংথুম্মনি; শিন্থরি তৎপা লৈত পি, "নিমাই, নয়াম্বদোনা পূর্ব্বোক্ত লোৎখিগন্তবো ইমাদা", হংথি রা থংতৎ, তাথিদে—তাবা ঙমথিদে, মতোন।

উক্ত শচীমতাগী মিক্তা পি।
শিন্থরি ভাবুকী মিকুন্থ পি॥
ফাজে ভাবুক মথম্মোই—রানিনি।
লেপ্পে তরাই পি, শিন্থে 'তুমা পি॥

মানি মাদি গে'ব।
স্বতন্ত্র ঈশ্বর॥
খঙলুনি কনানা মাগী লীলা॥
থোৎলগে নীংলে লৈশুম মথোৎপা।
কল্লগে বজ্রগুম্না মকনবা॥
ফায় ভাবুক মথম্মোই—লৈতে যাবা॥
তাই লেপ্পে তবাই, শিন্থে 'তুম্মা পি।
শিন্থে 'তুম্মা পি, শিন্থে 'তুম্মা পি॥

ফং'লি উবা শচীদি মচাগী মশক, কো'ল্লি মথাদা মচাবু মঙানি মম্ল্ববা' ভুং উস্থ উথিনি, চাক্স্ পীজখিনি ভিক্ষাগী থোঙদা মথূংনা থোংতুনা, ময়ুম্মক্তা নত্রবস্থ কোরো শীংথুম শরদি। তল্লি মচাদা মথাদা কোম্না কোম্না মচীন্মক্লা নত্রবস্থ মপিনদি মথম্মোইগী অৱাবা মপাউ। খিক্তুং তুংদোকই, পাথোকই অৱাব-নোং—খিক্তং পোথারি। কপ্পা কপ্পা খিৎ-খিক্তি পোথাবস্থ পোথাখিনি কোরো শীংবুম থরদি। কদায় বিষ্ণুপ্রিয়াদি। চহী তরাগা মম্বিদগী পোমশাৎনবদ ঙাযবিবী লৈ, খঙহৌদনা উনথা লাং মৱাক কল্লবা লৈ, মেয়াগী লীক্লা ইফূবা থম্বালগী মতম পিনা চহুম চহুম শিন্থরিবী, অমুক অমুক্স্ থংহো থংহো হোযা পিগী ঈহোনা মশা ফাওনা চোৎলবী মমায়বক থীরবী মুঙ্গাদি! তারি ইমুংদা তুমিন। লাক্লে হায়বা পাউনা হেল্লি চাক্কপা মথৱায়, হেল্লি কাবা মথম্মোই। নিরুদয় ঘাট্টা

মুৎথিবা কোবৌনা পুঙ্গবনি লোইনা অঙানবা কৌবদো মাগীদি। তোঙ্গসি, ভাবঙ্কী বলম্না সেকপদা মমি শেংনা তাবা ঱াং-বা শাবা বৌবা ঙম্নরোই-দোব শবাবনি বিষ্ণুপ্রিয়াগী।

অদুবু, হ গৌর, থম্মোইগী ৱাকৎ অমদি কাউব ঙাম্লোইদৌরি—কৎপা তারি। রাধিকাগী কৃষ্ণপ্রেম কৃষ্ণসঙ্গসুখ, কৃষ্ণপ্রেমগী মধুরিমাদা ঙাওরি নং! গৌর নঙগী প্রেম, নঙগী সঙ্গসুখ, নঙগী প্রেমগী মধুরিমাদা ঙাওবরা বিষ্ণুপ্রিয়াগী প্রেমবুদি কাথোক্লি—ককথৎলি, প্রেমগীনি হে প্রেমাবতার, অচৎপনি নঙগী লীলা! মহৎতর উদ্দেশ্যগী যজ্ঞদা ক্ষুদ্রতর পূর্ণমক হোম বৎব'ন হাযবিরা!

সর্বধর্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্বপাপেভ্যো মোক্ষযিষ্যামি মা শুচঃ॥

গীতা

তু ওইনরম থম্ পূম্বা চঙজরকউ ঐঙোন্দা।
কোরপিনি ঐনা পাপ পূম্বা ৱাবা তৌগনক নবুত্তা॥

তাক্লিব্রা শ্রীমুখবাণাসি নৌহৌনা অমুক!
তোল্লবা ঐগাদি প্রভূ নঙগী জৈ শরণপা লোইবে।

তুহু স্বতন্ত্র ঈশ্বর।
জৈ তুহারি জৈ॥

বিগলিত-নয়ন-কমল-জলধারং।
ভূষণ-নবরস-ভাব-বিকারং॥
গতি অতি মন্থর নৃত্য বিলাসং।
তং প্রণমামি চ শ্রীশচীতনয়ং॥

শচীসুতাষ্টক

মিৎম্না-থম্নান্দা পিনা তংপা লৈত শিন্থবা।
নবরস ভাব-বিকারনা নৈতেং ওইবা॥
তপ্না হনবা খোঙদোইনা জগোই খোঙথাং জমজবা।
খুরমজৈ মাবু শ্রীশচীগী মপারি।

নীপাল

# নীলাচল যাত্রা তৌবা

ভবিষ্যামি চৈতন্যঃ কলৌ সংকীর্তনাগমে
হরিনাম প্রসাদেন লোকান্নিস্তারয়ামাহং ॥

ব্রহ্মযামল

পোক্নি ঐ কলিদা নাম-যজ্ঞগী চৈতন্য ওইনা।
লানথিরনি জগৎ পুম্বা হরিনামগী থৌজান্দনা ॥

পল্লে তরানি চৈতন্যদেব অদ্বৈতগী গৃহদা ভক্তগী মথুক থুংনবা, লৌবে ভক্তগী প্রেমসেবা। উনরে অন্তরঙ্গ ভক্তশিং, নুপমিন্নরে কীর্তন্দা অহিং অহিং। পীনরে দর্শন বহিরঙ্গ ভক্তশিংদস্ম।

শচীমাতা চৈতন্যদেবনা অদ্বৈতাচার্য্যগী থুংলবা নোংঙানবদা লাকপনি। মচা তরাগী মমা ওইনা বিধাতানা মচা শরুক তম্বিদ্রবী মমানি। মমা ওইবগী প্রেম্না মচা উরিমথৈ লেংহৌদ্রগে, পল্লিমথৈ কোহল্লৌবগে মতানি, পল্লি মাস্ব অদুম অদ্বৈতাচার্য্যগীদা, পী হুমিৎ খুদিং লৈরিমথৈ মচাগী ভিক্ষা মথূৎনা হেক হেক থোং। লৌই চৈতন্যদেবস্ম মমাগীদ, খল্লুবরা খঙদে, চাহৌরগে য়াম্রিমথৈ মমানা থেংবা, লৌইরবনি বহিরঙ্গ জগৎকীদি হন্দক্লিমগী।

নোংমা হৌথি নোংমা লাক স্বরে হুমিৎ তরানি অদ্বৈতাচার্য্যনা হায়জবা য়েং পনবা। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব সন্ন্যাসধর্ম্মগী নীতি মতুং ইন, থাদোক্লগে নবদ্বীপ লৌরে থিদায় অদ্বৈতাচার্য্যনচিংবা অন্তরঙ্গ ভক্তশিংগী। কল্প নোং খোংনা ভক্তশং—চেল্লি লৌথোং পিগী অদ্বৈতগী গৃহদা।

নিরি চৈতন্যদেব মমাগী বিদায়। কপ্তে শচীমাতা, কংথিববা খঙদে মথম্মোই শ্রক। কৌই থংকো ৱানা নিমাই—কংথিমাল্লে চরমস্ম লোইনা শ্রক। তাথিদে, তাবা ঙমথিদে মতোল। নীংসিংথি চৈতন্যদেব মমাগী চীনগোই—নিমাই নম্নাম্বদোনা পুম্লোত্তি লোৎথিম্নকো ইমাদা, কপথি "ইমা ঐ লাকথিনি অমুক ইমাগী চরণ থুরুম্বা"।

হুল্লে খোঙদোই চৈতন্যদেব নীলাচলগী— মমাগী য়াথং মতুং ইল্লনি। ইল্লি থোৗগল নিত্যানন্দ, দামোদর, জগদানন্দ, মুকুন্দ—অন্তরঙ্গ ভক্ত মরি, চঁঙি লম্বীদা অফাও-অফাওবা মন্দির থিবিক, তৌই দর্শন। দর্শন চঙলিবা মন্দিরশিংদা বৈষ্ণব-জগত্তা মশক য়াম্না নাইগ্রবা, ফাওগ্রবা অনীথক য়াওবি। অমনা, রেমুনাগী ক্ষীরচোরা গোপীনাথনি ; অমনা, কটক্কী সাক্ষীগোপালনি।

ক্ষীরচোরা

লাইগুরশিংগী পাউরৌ অমা—লাইনা মী সেম্মি, মীনা লাই সেম্মি, হাযনৈ—থঙনৈ। পাউরৌসি চুমদবগা নত্তে, চুম্মি—অচুম্বমক্কি হায়বা ভাবতকী অমদি বিশ্বজগৎকী ধর্মগী ইতিহাসনা অতুম মতাকই। অরাপ্পগী লাম্মুদ্রবস্থ ঐখোয় তারত মন্থংগী মীকোক মঙা অমা তরা অমগী মপাউ নীংসংনবদা অতুম হেক্তা মউনগনি। ভারতকী প্রসিদ্ধ ওইবা মন্দির, জাগ্রতনি হায়না খঙনরিবা দেবতাশিং ভক্তশিংগী ভক্তিদগীনি হায়বা অতুম মথঙনৈ। রঙ্গনাথ অণ্ডালদেবীগী কান্তাপ্রেম্না জাগ্রত ওইখিবনি, গিরিধারী লালনা মীরাবাইগীনা ওইখিবনি। অতুগুম, ঐখোয়গী গোবিন্দস্থ ভক্ত রাজর্ষিগী মচাইবেম্মা বিম্ববতীগী মধুর প্রেম-সেবাদগী জাগ্রত ওইখিবনি। অসিদবু নত্রি মচাইবেম্মসিগীদি। পুনসিগী অনীশুবা খোঙফম লোইরমদাই. শ্রীগোবিন্দগী য়াথং লৌ নবদ্বীপধামদা অন্ত-মহাপ্রভু পুতুনা বাস তৌঙৈ মহাক্কী বাৎসল্য প্রেম্না প্রভুনা জাগ্রত ওইখিবগী রা ঙসি অতুম মথঙনরিসিনি। অমুক্ক নরসি মেহতাগী ভক্তিনা দ্বারকানাথ, সমর্থ-রামদাসগীনা বিটঠলনাথ, জয়দেবগীনা জগন্নাথ জাগ্রত ওইখিবনি হাযবা খ্বাইনা অতুম মথঙনৈ। গদাধরগী ভক্তিনা কালীঘাটকী কালীনা য়াচঙবদা মখোঙ থোংনা মন্দির-প্রাঙ্গন্দা দর্শন পীনবগী রা, কুমারিকাগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতা কুমারী-মাতানা স্বামী বিবেকানন্দদা পীনবগী রাস্থ ঙসি ভারত জগৎনা যোঙ ফোঙ শানা অতুম মঙাঙনরিবসিনি। ধর্মগী ইতিহাসগী লামায় খুদিংদা অসিগুম্বা ঙাক্ত উগনি। রেমুণাগী গোপীনাথস্থ ভক্ত মাধবেন্দ্রপুরীগী ভক্তিনা, নত্তে, মাগী মস্তং জাগৎ ওইখিবনি। শঙ্করিবসিনি অতুনোং জগৎনা "ভক্তগীনি ভগবান"।

মাধবেন্দ্রপুরী

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী দীক্ষাগুরু ঈশ্বরপুরীগী গুরুনি, ভক্ত থোইথোইবনি। মহাক্তি ভাবরাজ্যগী মীনি। অতিযাগী অমুবা নোংদা গোপালকৃষ্ণগী দর্শন

ফংবগুম তৌই! বনগী উচেক রায়াগী হুংশিবা মথোন্দা বেণুগী মথোল তাবগুম তৌই। রাহোংগী জগোইদা ব্রজনিংথৌ মপারি শ্যামগী জগোই উবগুম তৌই। ভাব জগৎকী হুডাইবা ঈরাংসিদা নত্তে, তয়ামসিদা লুপ্ত্না লৈবনা অরাম-থৌরাং থোইনা নীংসিংবা তৌরদে। ইনীংমক নীংসিংদবদি য়াদবনিনা হেক হেক নীংসিংলকপদদি মাধুকরী চেনবা তাবনা চেল্লি। নোংমদি তৌরিবা মতৌসি য়াম্না পেন্দনা থোক্লগুম তৌরবরা থগুদে, থনথি মবুক্তা "অরাম থৌরাংবগীদমক নো'মগী মতম অমুক য়াম-য়াম্না মাঙহনবা চুমদ্রে, ইশানদি ভিক্ষা তৌবরোই, মীনা পীররগা পীববে, পীরদ্রগা পী'দ্রে, ভগবানগী নোংদম য়েংলগে" তোক্লে অদুদগী মাধুকরী চৎপা অদুম। চানবা রাংলকপা, চারক্তবগী হৌনবা নোংমা নোংমগী ময়েং অমুম অমুম তাশিল্লক, অমুম অমুম কংশিল্লক য়ানযক তাশিল্লক্লে, মপাংগলস্ত হন্থত্লে, অদুবু, হন্দে, "লাক্লবদি হনবা তাই, হনবা শোয়দবনি, নোংমা চৎথ্রগ' লোইরে, ঐগী হুডাইবসিদ কায়বিদবা লোইফাও"— থৌশাদে অরাম-থৌরাংবা, থৌশাদে করিমত মশাগী, চথৈ মহাক্কী নিদবা ধর্ম্ম, লৈথি অদুম মশানা মহাক্কী ভাব-জগৎকী তয়ামদা। কল্পনা তরাইবা নত্তে, সৃষ্টিগী মশক্লি—সৃষ্টিমক্লি হায়বদু চপচানা থোকথি। মহাক্না ভাব-জগগুা উরিবা গোপালকৃষ্ণ চোংথোক্লক্লে অদুম প্রাকৃত জগত্তা।

নোংমা অয়ুক অঙনবদনি গিরিরাজ গোবর্দ্ধনগী লমথৈদনি। পুরী গোবিন্দ-কুণ্ডদা স্নান তৌরগা নাম সোল্লি। মশাদি চারক থক্লক্তবা হুমিৎ মশীং য়াম্লকপনা মীওইদ্রে। মীওইদবদি লায়রি, মশানা মশা পুবা ঙমশিল্লক্লিবসিনি লুরিবা। উথোং অমদা ঙাদুনা ফম্লি। অদুবু অঙকপ'দি মবুক্তি তুকথদে—ভাব-জগৎকী আনন্দ-উপভোগ তৌবগী মঙাল ফাওরি মায়থোংদা। লাকথি তাঙ্গাসিদা গালবাল অমা।

গালবাল—বাবা, সে যঙ্গোমসি লৌদে! ঐথোইসিদা চাবা-থকপা ফংদবা লৈত্তে, তৌদে কনা!

মাধবেন্দ্র পুরী—ঐবু চাদ্রে থক্লে হায়বদি কনানা থগুলিবা?

গালবাল—কুণ্ডদা স্নান তৌবা গালিনশিংনা থঙিদনা। সে নং থকহৌরো, ঐ অমুক পাত্র লৌরগে, যঙ্গোম গুন্থিগে।

চৎখ্রে থালবাল। কৎলে পুরী ভগবান্দা যঙ্গোম, থক্লে—ঙকই, "অমৃত হায়বদো অমুক হাউরিগদ্রা, ঐনা চামন-থকমন্ত্রহুনা তৌরব্রা"। অমুম থম্না থম্না পাত্রহু চামথোক্তুনা থম্নগা নাম অহুম সোল্লে। হুমিৎ অহুম চুপ্লে। পাত্রম্ন লৌরব্রে।

অহিংনি। পুরী উথোংদা পোখা-পোথানা থল্লি, "ঙসিগী অঙাং অহুবু কৈদগী ওইম্নিগবা, অমুক্তগা উনিংভিদা—পেল্লোদেদা। কাউরবরা পাত্রম্ন লৌরদে"। থম্না থম্না অহুম তুমথরে। লাক্লে মমঙদা অঙাংহু হায়রৈ, "পুরী ঐ নংবু ঙায়রিবনি, ঐ গিরিধারীনি, কুঞ্জ মঙ্গুংদা লৈবোল চল্লুনা লৈরে, মফম তাক্লে লাউ"। পুরে, তাক্লে। "হয়েং হেক নোংঙানবগা গ্রামদগী মী হৌরগা ঐবু লৈরোল হাংঙু, গোবর্দ্ধন মথক্তা অভিষেক তৌ, লাৎলু" হেক হায়রকপগা পুরী অহুম মঙফাওনরে।

নোংঙানবা ঙাইঙমদে পুরী, চৎলে গ্রামদা, তম্লে মঙ মুখিযাদা। ময়াম হৌহুনা শ্রীবিগ্রহ উদ্ধার তৌরে, গিরিরাজ মথক্তা লেংথৎলে, অভিষেক তৌরে। খুনগং খুনগং হৌহুনা হোজ হোজ অন্নকূট কত্তুনা কয়া হরাউ তয়াম্নরে। অঙথনা মন্দিরফাও কত্তুনা সেবা নীংথিনা চৎলে।

থর লৈরগা পুরীগী মমঙদা অমুক হায়রে "ঐ কুইনা লৈরোল চল্লুবহুনা ইশাসে ইশাদ শারে—ঈংবা কৌবা লৈব্রে। নীলাচলদগী চন্দন লৌরু, ঐগী ইশাসি ঈংনবা তৌ"।

চৎলে পুরী নীলাচল তম। থোঙকমসিদনি মহাত্মা রেমুণাগী গোপীনাথ দর্শন তৌবা। দর্শন তৌবৈ গোপীনাথদা কম্নি কম্নি ভোগ চনবগে হংঙি পূজারীদা। গোপালদা চল্লুনবা করম্বা নীংথিবা য়াওবগে ঙ্গেংবনি। হুমিদাং ক্ষীর অমৃত কৎলি, কেগাম তয়াগানিথোই কৎপগী ব্রা'মা য়াওই। উবস্ন অহুম উরে হুমিদাং চনবদা। মহাউদং থঙলবদি গোপালদেবদা কৎলুবা য়ারনিসে থনথি। অহুবু, মশানদি নিবা হায়বা বৃত্তি অসি পূমথা থাদোক্লবনিনা ঠাকুরগী আরতি লোইরগা কৈথেলগী মফম অমদা চৎথরে। অসোমদদি ঠাকুরনা কেগাম অমা মাগীদমক থাঙজেৎ মতোম্না কূপশিল্লুনা লোৎশিল্লে।

পূজারী তুমথবদ ঙায়রি। "হৌগৎলু, ঐনা থাক্লিবা ক্ষীর কেগামসি

কৈথেন্দা মাধবেন্দ্র পুরী লৈবনি, পীরুচো হৌজিক্কক" হায়বরে গোপীনাথনা মমঙদা। পুজারী তন্না ইকুই, থোঙ হাংদুনা যেংঙি, থেনবে কেগাম—মুঙাই-খিদে, "তোল্লিদা মহাভক্ত মশক খঙদবা"। কৈথেন্দা তঙৎ চত্তুনা পুরী থিদুনা প্রসাদ-ক্ষীর-কেগাম পীখি।

যাওখি অদুনোংগী ক্ষীবচোরা হায়না হেমুণাগী গোপীনাথ।

সাক্ষীগোপাল

বৈষ্ণবজগত্তা প্রসিদ্ধ ওইখ্রবা ঠাকুরশিংগী অমনি।

বিদ্যানগর গোদাবরী খোঙবাল তাবা নগরী অমনি। বৈষ্ণবধর্মগী নীংথিবা মশল্লাইবা কেন্দ্রনি। অয়াম্বা বাসিন্দানা তীর্থভ্রমণ যান্না তৌনৈ। ব্রাহ্মণ অনী, অমনা অহল্লি অমনা নহানি, থোঙভম অমা চাক্লদুনা খোঙদিন্নৈ। বৈষ্ণব মশেন্নিনা লুনস্থ তৌনৈ। নহাদুনা অহন্দুবু শ্রীকৃষ্ণ প্রীতিগীনি কন্না লুনা সেবা তৌই। ব্রজমণ্ডল লোইনা কোযরে। ব্রাহ্মণ অহল্সিনা নহাদুগী সেবাদা পেনমনখিদুনা কবি করম মহাক্কী সেবাগী লম্মন শিংসিগে থল্লকপদা মচানুপী হেক্ত দান তৌবগে লেপথি—হায়রকই,

ব্রাহ্মণ অহল—তাত, নঙ্গী সেবাদা ইপা পেল্লে। নঙোন্দা, ইচানুপী অমা লৈ কৎকে নীংলে।

ব্রাহ্মণ নহা—আর্য্য তৌবিন্থ। আর্য্যদি কুলীন্নি, পণ্ডিতনি, লল থুমগী মপুনি। ঐদি ব্রাহ্মণনি হাযবদুমঙায়, হাযরিবশিংসে অমত্ত শোক্তে। হযেং ইমুং মনুং শাগে নাতৈ কনানস্থ য়ানিংলোই, মথোযনা যাদ্রবদা আর্য্যনা দানগী য়াথং ঙাকপা ঙম্লরোই। ইশাগী ইকাইবগীদি, ইশানা ইশক খঙজবনিনা ঐ কন্নিমত হুঙাইতবা তৌরোই, আর্য্যগুম্বা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমনা কৎলবা দান পাঙথোকপা ঙমদদুনা নরক্কী থোঙফম চৎক-দৌবদুগী দমক্তি ঐ ব্রাদষা ঙম্মোই। ঐ অপাত্রনি, ইশানা খঙজে, তৌবিন্থ।

ব্রাহ্মণ অহল—করি কিরুবগে তাত, ঐনা পোকচবা ইচাবু ঐনা থাজজবদা কনাগী করি হায়ফম লৈবগে! ঐ ইচা নঙোন্দা কৎলবনি তাত!

ব্রাহ্মণ নহা—অদুদি আর্য্য, গোপাল মন্দির'মদা লেঁঙসি, ঠাকুরগী অগ্রদা
লোইনবনা ফরনি।

হৌজিক্তি ব্রাহ্মণ অনীদো মন্দির'মদা চঙদুনা ঠাকুরগী অগ্রদা বা লোইনরে। ব্রাহ্মণ অহন্না হায়, "প্র:ভা, নংবু সাক্ষী থমদুনা ঐগী ইচাগী বাগ্দান তৌজরবনি ঙসি"। ব্রাহ্মণ নহানা অমুক হায়, "ক'রিগুম্বা অপনবগুম্বা থোক্লবা, প্রভো, নংনা সাক্ষী লেপকদোবনি"।

হল্লে মরৈবাক্তা, যৌনরে ময়ুম। ব্রাহ্মণ অহন্দুনা মচা থাজরবগী পাউ তন্নবদা নহাদুনা হায়খিবদ্রমক থোক্লে। "শাগে হায়বে তোল্লি, মহৈ য়েংলে বাৎলি, মরল য়েংলে লৈতে—করিগী থাভদোরিবা ইচা ইশু ইমুং থঙদে শাগে নাতৈ থঙদে লোইনা শাউনরে—অহন্দো মচীন মরৈ কক্লে, য়ৈশিন্দুনা লৈরে।

নোংমা ব্রাহ্মণ নহাদুনা বা হৌদোক্লে। মবুং অহন্না মচোঙ মপাক নাইদে হায়দুনা ফুগে তৌরে। লৈকাই তিল্লে। মপানা ঐদি ইচা থাজখিবগী বাদি নীংসিংবা ঙমদ্রে হায়রে। বা মাঙবা তারে—মাঙলে। অদুবু গ্রামণীনা ময়ামদা "ব্রাহ্মণ মচাসিনা হায়রিবসি করিগুম্ব'মদি লৈরমগনি, ঙাইবিথো অমুক্তদি ময়াম" হায়বগা মঙোন্দা ব্রাহ্মণ মচাদুদা ওঙ্খিল্লকখি—

গ্রামণী—ইবুঙো ব্রাহ্মণ মচা, নঙ্গী বাফম অসিগী করি কবম্বা সাক্ষীসাবুদ
পুথোক্লিঙাইদি লৈজে ?

ব্রাহ্মণ মচা—গোপালদেবগী মন্দির'মদা বা লোইনখিবনি, গোপালদেবদ'নি সাক্ষী, অতৈদি কনা থোইদোকপা লৈতে।

গ্রামণী—অদুদি কান্নদ্রেদনা, লাইনদি সাক্ষী লেপ্পিরবা হৌনদে।

ব্রাহ্মণ নহা—লেপ্পিরনি, লেপ্পিয়ু হায়জখি, ঐ অমুক্ত থুরুমজরুখিগে।

ওইথোক্তবা তাইবং শেফাৎনবা বাফম'মা ওইবনা তিল্লিবা পূম্বা লোইনা নোকই। অদুবু বাদি লোইশিন্দবা য়াদবনিনা গ্রামণীনা হায়রকই, "হয়েং নঙ্গী সাক্ষী লাক্লগা লোইবা তারে বা, হৌজিক্কীদি 'সিদ 'সুম"।

ব্রাহ্মণ মচাসি ভগবদ্‌ভক্তনি। চুম্নগী নত্তে, মথবায় মহকচাং তুনা মবুক্লীং কৎলবা ভক্তনি—ভগবানগী অচানবা মনাইনি—

ময্যর্পিত মনোবুদ্ধির্যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ

গীতা

পুক্লীং লৌশিং কৎলবা ইদাইদো ঐগী অচানবনি

চৎলে তন্না বৃন্দাবন, য়ৌরেথা কয়াগী মতুংদা, চৎতুনা ব্বারোইনথিবা মন্দিরদা। উনরে গোপালদেবগা শং শং। লৈরিবত্নি ভগবদ্‌বাণী—

তস্যাহং ন প্রণশ্যামি স চ মে ন প্রণশ্যতি

গীতা

মাঙদে ঐস্মু মঙোন্দা থক মাঙদে মাস্মু ঐঙোন্দা থক

ব্রাহ্মণ—প্রভো, সাক্ষী লেপ্পা তারে, লেঙলসি!

গোপালদেব—ঐদি বিগ্রহনি, করম চৎকনি?

ব্রাহ্মণ—ব্বাদি ভাঙলগা লেঙবদি করিগী য়ারোইদৌরিবা?

গোপালদেব—ফরে চৎসি মাঙ থারো নং, তুংহন্না থক য়েংলক্নু; য়েংলক্লবা, ঐদি হেক্ক লেপকনি—খোঙফম অমা লেঙলবোইদৌবনি।

ব্রাহ্মণ—লেঙলক্লি ছায়বদি করম খঙনি?

গোপালদেব—ঐগী নূপুব মখোন্দি তানিদনা।

ব্রাহ্মণনা মাঙ থারে, গোপালদেবনা থংলে তুং। নূপুর রুণু ঝুনুদা মুন্দুনা চৎলি। য়ৌরে খঙহৌদে পুঙ্গোয় খরগী মতুংদা বিদ্যানগরগী দরবাজহ। খঙি কৃপানি, কৎথি স্তুতি "কৃপাময়, অঙকপা নঙ্গী কৃপানি"।

গোপালদেব—ঐদি লৈবা তারেদো'সিদা!

ব্রাহ্মণ—ইচ্ছাময়, নঙ্গী ইচ্ছানি, ভাল্লো নংনা ভাম্লিংবা মফম'সিদা। ময়াম অদুক কৌরুথিগে। চেন্নরক্লে মীয়াম, মুনথি লোইনা গোপালগী দর্শন্দা। ব্রাহ্মণ অহল্লো' চেৎোরক গোপালগী চরণদা তুররে, কপ্না কপ্পা থোকথি মচীল "ব্বারুরে প্রভো, ময়াম্না চাহত্তুনা মীনম্বা ভাঙলুবদগী, সপ্ত পুরুষ চিংথম্বা তারে নরক্তা। কৃপাময়, অঙকপনি নঙ্গী কৃপা, কনবিরে পামর ঐবু, কচ্চরে হৌজিক্কি ঐগী বাগদত্তা কন্যা"।

যাওথিবনি অসিনোংগী সাক্ষীগোপাল হায়না ঙসিগীদি কটকী গোপালসে।

ঙকপা য়াই, য়ারীনা বিদ্যানগরগী লাইনা কটকী, করি মতৌনো! কটক-নিংথৌ গজপতিনা বিদ্যানগর জয় তৌগৈ লেঙলকখিবনি কটক নগরীদা সাক্ষীগোপাল।

হৌজিক্তি য়ারী মপুংদা তারসি অমুক। পল্লি নোংমা রেমুণাদা চৈতন্যদেব, তৌই ক্ষীরচোরা-দর্শন। খুরম্লিগৈ তারকখি গোপীনাথগী লৈগী চূড়া চৈতন্য-দেবগী কোক্লক্তা। থোকখি শ্রীমুখদগী পুরীগী অরোইবা বিলাপ—

অয়ি দীনদয়ার্দ্র নাথ হে
মথুরানাথ কদাবলোক্যসে।
হৃদয়ং ত্বদলোক-কাতরং
দয়িত ভ্রাম্যতি কিং করোম্যহম্॥

তোল্লববু চানবিহৈবা হে নাথ
উনি নংবু কদৌগৈ মথুরানাথ।
নং কানবদা কারবা থম্মোই
ঙাওরিদো কৈনো তৌদোবা চান্নরোয॥

সাথি জগোই প্রেমগী ঈথক্তা। প্রসিদ্ধ মন্দিরগী প্রসিদ্ধি কাথি অমুক হেন্না য়াং। তৌথি মথংদা সাক্ষীগোপাল-দর্শন। থোকখি অসিদসু গোপীনাথ মন্দিরগী কুম্মৈগুম অদুম। চৈতন্যদেবগী গুণনা কাথি নোহোনা অমুক মন্দিরগী গুণ। য়োরে কমলপুর. ভার্গী স্নান তৌরে। চৈতন্যদেবনা কপোতেশ্বর খুরম্লিগৈ শিন্নরম্বা চৈগু থুদেক্লে মতেক অহুম থোক্লা নিত্যানন্দ, থাধখরে তুরেন্দা অদুম। থুদেকখি চৈতন্যদেবনা নিত্যানন্দগী চৈগু, থুদেক্লরে ঙসিনা নিত্যানন্দনা চৈতন্য-দেবগী। অঙকপা ঙাক্নি মথোয়গী লীলা।

য়োরে আঠারনালা। জগন্নাথমন্দির উরে। চৈতন্যদেব থাগৎখরে মাঙ। য়োরে মন্দির। জগন্নাথ উবদা কোনগে চেম্থিল্লি। তুই মন্দির মথক্তা, তাই জ্ঞান লোইনা মাঙ। মন্দিরগী নীতি কায়বগী পড়িছানা চৈরাক পীগে তৌই। সার্বভৌম লৈরমত্রুনা খাম্মি। চৈতন্যদেবগী অমকপা লৈতনা ফজবা, অরাৎপা লৈতনা নীংথিবা শকফমগা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যসিদ্ধ ভক্তগীদ ওইবা অধিরূঢ় মহাভাব

ছায়না থঙনবা সুদীপ্ত সাত্বিক বিকার প্রলয়দা তাহুনা লৈবদুগা উবদা থেংথি ঙকপা মবুক্তা। ঙাইথি জ্ঞান লাকপা অহুম। লাক্তি্ জ্ঞান্দি, তারি অহুম। ভোগকী মতমদি লাক্লে, পুথরে ময়ুমদা, থম্রে অশেংবা মফম্দা।

য়ৌরক্লে ভক্তশিং। গোপীনাথাচার্য্য থেংনরে। মহাত্মা লমজিংহুনা বাসুদেব সার্ব্বভৌমগীদা লাক্লে। প্রলয়দা তাহুনা লৈরিবা চৈতন্যদেব উবদা চাথি খুদক্তা অরা-হুঙাই অনীগী ঈয়ৈ, হুংবংনখি মথম্মোই। অদুগু, সার্ব্বভৌমনা মচা চন্দনেশ্বরগা থাহুনা জগন্নাথদর্শন তন্না তৌহনখি। ভগবদ্দর্শন হংবদা লুপখি ভক্তশিং সাত্বিক আনন্দদা। ভগবদ্প্রসাদ, নির্ম্মাল্য-মালা পীথি পাঙ্গা মথোয় খুদিংমক্তা।

লাক্লে হৌজিক্তি মথোয় ভক্তশিং প্রভুগী নাক্তা। কৎলে নামসঙ্কীর্ত্তন। নাম কুইনা সোল্লবা তুং লাক্লে প্রভুগী চেতন, হৌগৎলক্লে হুঁকারগা লোয়ননা "হরিবোল হরি হরিবোল"। সমুদ্র-স্নান, মধ্যাহ্নচিংবা লোইরবা তুং লৌথি সার্ব্বভৌমগীদা ভিক্ষা। পনফমন্থ সার্ব্বভৌমনা মমাগা পোক্মিন্নবা মন্দোলগী অহাঙবা য়ুমদা শীনখি।

সার্ব্বভৌম পুর্ব্বাশ্রমগী লীথোঙ থঙলকপদগী প্রভুবু অমুক হেন্না হুংশিথি। ভারতী সম্প্রাদায়গীনি থঙলকপদা হুঙাইখিদে। অমুক হন্না উত্তম সম্প্রদায়দা যোগপট্ট লৌনবা শীনগে লেপখি। বেদান্তগী জ্ঞান পীগে নীং তরেৎনি চুপ্না ব্যাখ্যা চথরক্লবা তুং লৌথি সার্ব্বভৌম প্রভুগী মপাউ।

সার্ব্বভৌম—তরেৎনি স্থরে তারিবা, খঙি থঙদে অমত্ত হায়দে, কন্ রি মতৌ কৌরিবা ?

প্রভূ—সূত্রগী অর্থদি খঙি, নঙ্গী ব্যাখ্যানা মঙ্গল্লে ঐবু। নঙ্গী ভাষ্যদি সূত্রগী অর্থ তাকপরা হায়ববু কুপশিনবদ থংলে। উপনিষদ শব্দগী ব্যাসসূত্রনা পীরিবা অর্থদি অমত্ত শোক্তনা নরন্নাই অর্থ'মা তৌশিল্লে। অভিধা বৃত্তি পূমথা থাদোক্লে, লক্ষণাদা ঙাক চৎলে। প্রমাণগী মঙুংদা শ্রুতিনা অরোইবনি। মোইবুং জীবগী শব্দনি, ষম্বি জীবগী অমাংবনি। শ্রুতিবাক্যনা থোইথোইনা শেংবা পোৎলম ওইরিবনি। বেদদি মশা প্রমাণমক্লি। বেদনা সত্যনি হায়বা পোৎপু লক্ষণা তৌরবদি বেদ প্রমাণ ওইবা অহুম তোক্লে। হুমিৎ মঙালগুবা

ব্যাসসূত্রবু নঙ্গী ভাষ্যনা নোং ওইনা কুপশিল্লে। বেদ পুরাণনা ব্রহ্মবু বৃহৎবস্তুনি তাকই—ঈশ্বরগী লক্ষণনি। ঈশ্বরদি ভগবান্নি—ঐশ্বর্য্য ভরুঙ্গা তিনবনি। নহাক্লা নিরাকারনি হায়জিল্লে।

ঈশ্বর সচ্চিদানন্দনি। চিৎশক্তিনা শক্তোন অহুম পুবদনি। হ্লাদিনীনা আনন্দ, সন্ধিনীনা সৎ, সংবিৎনা চিৎ পুই। চিচ্ছক্তিনা অন্তরঙ্গা, জীবশক্তিনা তটস্থা, মায়াশক্তিনা বহিরঙ্গানি। অহুমসিদনি প্রেমভক্তি কৎনরিবা।

ঈশ্বরনা মায়াগী মপুনি জীবনা মায়াগী মথা পোনবনি। অনী করম মান্নরিবা! গীতাশাস্ত্রনা জীবশক্তি য়াই হায়বা অদুম মথঙ-লিবদুনি। ঈশ্বরগী বিগ্রহবু সাত্বিক বিগ্রহ হায়বদুস্ত নাত্তি, সচ্চিদানন্দ বিগ্রহনি। ব্যাসসূত্রদি পরিণামবাদনি। অচিন্ত্যশক্তি, ওইবা ঈশ্বরনা জগৎকী মশক লৌবনি। মণিনা মশক কায়দনা সনাগী মপৈ থোকপগুম্বনি। নথোয মায়াবাদীনা বিবর্ত্তবাদ পান-শিন্দুনা জীবদা আত্মাগী জ্ঞান তৌশিল্লবনি। জগৎসু মিথ্যা নত্তে, মাঙবা নাইবদনি।

'প্রণবতি ঈশ্বরগী মশক্নি। বেদ পূম্নমক মঙোন্দগী থোকপনি। মানি মাদি মহাবাক্য। 'তত্বমসি'বু মহাবাক্য হায়নিঙায় করি লৈ ?

ভগবান সম্বন্ধনি লৌগনি। সম্বন্ধদো ভক্তি কৌবনি। ভক্তিগী প্রযোজন্না প্রেম্নি।

ঈশ্বরগী গুণদি অঙকপনি। আত্মারাম নিগ্রন্থ ওইরবা মুনিফাও পঙনীংদ মনীংনরিবনি। অদুনোং শ্রীমদ্ভাগবতনা শক্লিবদুনি—

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নিগ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ॥

সার্ব্বভৌম ভসাইমথৈ বামত চঙবা য়াদনা লৈরবদগী মশাগী প্রতিষ্ঠা কন্নবা অমুত্তং য়েংগে থল্লবরা, শ্লোক্কী অর্থ তাসি হায়রকই। প্রভুগী য়াথং মতুংইন

মহাক্লা হান্না তৌবা তাখি। সার্ব্বভৌম উপাধিগী মতিক্সক চপচাবা পণ্ডিতনি বাসুদেব, পীথি ফজবা অর্থ মাপল। প্রভুনা মহাকপু বৃহস্পতিনি হায়না থাগৎলন্নগা মহাক্লা তৌখিবশিংদুগী ব্রাংমদা তরাগা নিপাল ঈশিং হৈথবদৌনা তৌখি। গুণশিং অসিদগীনি সনক্লচিংবা ভাগবত মরি, শুকদেবখোয় খিবিক্লা ঈশ্বর নীংথিবা— তাখি মতোল প্রভূ।

ইহোঁ ত সাক্ষাৎকৃষ্ণ ইহা না জানিয়া।
মহা অপরাধ কৈল্প গর্ব্বিত হইয়া॥

কৃষ্ণমক্লিদনসিদে খঙলুদবনিনা।
নাপল মাঁঙোইনকনিঙায় লঙথরেদা থীনা॥

তৌখি তন্না ধিক্কার, তুখি প্রভুগী চরণদা—মিৎলুদদি প্রেমগী ধারা চানবিখি প্রভু, প্রেমগী অবতার।

দেখাইল আগে তাঁরে চতুর্ভুজরূপ।
পাছে শ্যাম বংশীমুখ স্বকীয় স্বরূপ॥

উৎপিরে মঙোন্দা হান্নন চতুর্ভুজগী রূপ।
কোন্না 'মুক বংশীমুখ শ্যাম মশামকী স্বরূপ॥

## মাপল

# দাক্ষিণাত্য ভ্রমণ তোবা

অন্যাবতারা বহবঃ সর্বসাধারণোদ্ভটাঃ।
কলৌ কৃষ্ণাবতারো নিগূঢ়ং সন্ন্যাসিরূপ-ধৃক ॥

জৈমিনিভারত

অতৈ অবতারশিংদি খ্ৰাইনা অতুম থঙবা ঙাক্লি।
কলিদদি কূম্নি কৃষ্ণ থুপ্না সন্ন্যাসী ওইননি ॥

লৈরে চৈতন্যদেব নীলাচলদা ফালগুন চৈত্র থা অনী। বৈশাখ চঙলকপদা খোঙশাল্লে তীর্থভ্রমণগী। সমুদ্র খোঙবান্দা সার্বভৌমবু তৌবে বিদায়, তাল্লে আলালনাথ মন্দির। পল্লে অহিং মন্দিরদা অতুম। চন্দে মীনা চিংলূ-চাযরক্ল দর্শনগী, নিল্লি হরিধ্বনিনা থক-থা। নোংঙাল্লে, নিত্যানন্দ চিংবা ভক্তশিংবু তৌরে অমুক বিদায়, তমথরে তন্না থা। কৃষ্ণদাসদনি থৌগল, যাওদে অতৈ কনা। সোল্লি তৎপা লৈত—

কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হে।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হে ॥
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ রক্ষ মাম্।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ পাহি মাম্ ॥
রাম রাঘব রাম রাঘব রাম রাঘব রক্ষ মাম্।
কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব পাহি মাম্ ॥

ঙকথি শক্তা, ঙকথি গুণদা অউবা পূম্বা, সোনথি 'হরি হরি'।

য়ৌরে কূর্মস্থান। খুবল্লে কূর্ম ভগবান। প্রভুগী রূপ, গুণ, প্রেমাবেশ উবদা ঙক্কৎথি মীপূম খুদিং, কৎথি ভক্তি, সোনথি নাম। ব্রাহ্মণ'মা, কূর্ম কৌই, মফমদুগীনি; লৌই মঙোন্দগী ভিক্ষ', চথৈ তন্না অমুক। থোকথি মতা'সিদা ভক্ত ঙকপা থৌদোক অমা। ব্রাহ্মণ অমগীনি, বাসুদেব কৌই, লাইথুংনা মশা

লোক লোক লাউই। অহিং তুম্বদা মশাদগী তাথিবা তীলশিং অদু শিরনি কিবদগী খুনগকুনা মশাদা হেক হেক হাপ্পি। প্রভুগী গুণ তাবদা দর্শনগী ব্রাহ্মণসি কূর্ম্মগীদা ব্রানা লাকখি। প্রভুনা খোঙশানবনা হাল্লে—খেংনম্রে, মবুক্লীং থীনা হুংশিখি, মথরায় মঙাম্নক শোক্না প্রভুবু কৌদুনা কপখি। য়ৈক্কম্মাল্লে অতোনবগী অরাখোল প্রভুগী খোজালগী নাকোং, খঙহৌদনা ফাওরকখি, কোনখৎপিখি বাসুদেববু। কোকপিরম মহাক্কী লাইথুং মাখি তম্নমক। ঈশ্বরগী অঙকপা লীলাদা বাসুদেবগা কূর্ম্মগা কপমিন্নখ নোং খোং।

চৎলে হুমিং কয়ানি, য়ৌরে জিয়ড, খুরম্লে নৃসিংহ ভগবান। চৎলে অমুক কয়ানি, য়ৌরে গোদাবরী, তৌরে স্নান। লমদা ব্রাইদাগী হুংশিবা মতৌ উবদা পোকখি থম্মোইদা হরাউ তুজুংবা. সোনখি নাম। তাঙ্গাসিমক্তা কুম্নকখি স্নান রায় রামানন্দ। পেশে শিঙ্গা থৌগল লাংগলনা কয়ানি, বৈদিক ব্রাহ্মণনা কয়ানি।

কোরৌ চাম্মই মঙাল পুবা ফিঙাং চরৈনবা।
চাউনা শাংনা নাংথিজবা মিৎনা থম্বাল মানবা॥

প্রভুগী শক্তম উবদা অঙকপগা লোম্ননা হুরম্লে রামানন্দ। ওকখি প্রভু মাবু তরাম। হুংশিবা রাঙাঙ কয়ানা হুঙাইনখি। প্রেমমার্গগী লম্বী নীংথিনা সেন্নগে মতা পনখি মাগীদা অহিং তরা।

অঙকপগী অঙকপা ভক্তি প্রভুগী লীলাদি। বাসুদেব সার্বভৌমগী মতাংদনা শাস্ত্রজ্ঞ অমা সাদুনা মহাক্কী মথম্মোই জয় তৌবনি। হন্দক রায় রামানন্দগীদনা জিজ্ঞাসু অমা সাদুনা হং হংদুনা লোকসংগ্রহগীদমক অথুপ্পা ধর্ম্মগী তত্ত্ব লোইনা তক্কুনা লৌবনি। প্রভুগা মথং মথং অম্নম চথবা পাউহং মতুংইন চীনগোইখি রায়—

ভাক্তো মীনা মশাই ধর্ম্ম শক্তে অদুম বিষ্ণুগী ভক্তি।
কৎলো কর্ম্ম পুম্বা লোইনা কৃষ্ণদা লোইরে লৈত্রবনি।
থাদোক্তো মশাই ধরম ফরবনি ভমদবদনি।
তানফম থোকই ঐথোয় মীনা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি।
তানফম থোকই অদুম অদুগুম্না শুদ্ধাভক্তি।
প্রেমভক্তিনা থোইবদি অদুম মথোইবনি।

প্রেমভক্তিগী শক্তোল যাম্মি মথল মথেল্লি।
দাস্ত সখ্য বাৎসল্য কান্তা শান্ত মঙানি ।
থোইবদদি কান্তা প্রেম্না অহুম মথোইবনি।

পুনবগুম পৃথ্বীদা গুণ মঙা,
পুল্লি কান্তাদগী প্রেম মঙা।
লাউরি'দুনা ভাগবতনা
পুল্লি কৃষ্ণ কান্তা প্রেম্না।

শিংঙি ভক্তশিংদা কৃষ্ণনা ভক্তিগী লম্মল।
ঙমদে কান্তাগীদি লুই তোল্লি অহুম্নি লম্মন।
ফজে কৃষ্ণ মকপা নৈত নীংথি ঋাৎপা নৈত।
কায়দো 'তুবু শক্তম রাধানা হেল্লবা নাক্তা॥

মানি রাধা রাসলীলাগী মবেম্মা।
হৌদোকপনি মশানা রাস শান্নবা।
মহাকথংগীনি কৃষ্ণনা শরুক য়াবা।

মকপা নৈত ফজবী ঋাৎপা নৈত নীংথিবী
কৃষ্ণপ্রেমগী মশন্নক্নি রাধা।
রাসলীলা পুন্নিবী প্রেমলীলা লুচিংবী
কৃষ্ণপ্রেমদা লুপ্পবীনি রাধা।
লেঙদে কৃষ্ণ থোঙফৈ'মা থাদে রাধা মিকুপ'মা
শান্নে লেপ্তে ব্রজভূমদা লীলা।
কৃষ্ণ ফংগে নীংলবা সেবা চক্কে মুংলবা
চঙজো মাইদা লীলাগী মবেম্মা।

কৃষ্ণ ঈশ্বরনি থোইথোইবা ভগবান্নক্নি।
অবতারীনি মাদি থ্বায় পুম্বগী কারণনি॥
শীংনাইদবা অবতার শীংনাইদবা বৈকুণ্ঠ।

পুরিবনি মহাত্মা শীংনাইদবা ব্রহ্মাণ্ড ॥
সচ্চিদানন্দময়ক্তি ব্রজনিংথৌ মপারি।
লৈবনি ঐশ্বর্য্য শক্তি রস-লোইনা স্থননি॥

কামগায়ত্রী কামবীজনা মন্ত্র ওইনা লাৎপা।
বৃন্দাবন্দা নৌনা কৃষ্ণা কাম্নি মাদি অঙকপা॥
নিপা স্থপী অচচ্চত্ত পুম্বগী মানি থম্মোই।
করি অমুক হায়নি হুরিরনি কাশক্তী থম্মোই।

ভক্ত মথল কয়ানি থেৱৈ রস অপাম্বা।
চুপ্পে অতুম মঙোন্দা রস অপাম অপাম্বা॥
শৃঙ্গারগী থোইথোইবা রসরাজ মশক্তি।
মদোম মথম্মোই অতুম হেক্ত মহুজবনি॥
মশাগী মনীংথি উবদা ঙাওই মথম্মোই।
কোঞ্জনিংলুই মশাবু 'মৃত্তুং লুংশিনা লেংলোয॥

কৃষ্ণগী শক্তিদি অনন্তনি।
থোইথোইবনা "সিদা অহমথক্তি॥
কৌই অমনা চিচ্ছক্তি।
অন্তরঙ্গা স্বরূপ শক্তিনি॥
অমনা বহিরঙ্গা মায়া শক্তিনি।
অমুক 'মনা তটস্থা জীব শক্তিনি॥

কৃষ্ণদি সচ্চিদানন্দ স্বরূপ্নি।
পুই 'তুনা শক্লোন অহুম স্বরূপ শক্তি॥
চিৎকীনা সংবিৎ সৎকীনা সন্ধিনী।
আনন্দগীনা মানিদো হ্লাদিনী॥

প্রেম কৌবতুনা হ্লাদিনী মশাগী স্বরূপ্নি।
চিন্ময়রস আনন্দনা প্রেমগী মিংথৈনি॥
প্রেম মশাই স্বরূপ্পা মহাভাব কৌবতুনি।
মহাভাবতুগীনা রাধা ঠাকুরাণীনি॥

মহাভাব কৌবসে চিন্তামণিগী মশক্সি।
কৃষ্ণগী প্রেমদি ভাব অসিদনা ফংনবনি॥
রাধাদি মহাভাব-চিন্তামণিগী মশক্সি।
ললিতানাচিংবী সখী মাগী কায়ব্যূহনি॥

রাধাগীদি কৃষ্ণপ্রেম থোকই গঙ্গা স্নান মতম।
থেংঙি 'তুনা অপানবা হক মুংশিবদা মনম॥
থম্মোইগী নৌজবা ঈরানা তৌই হান্না স্নান।
চহীগী নৌজবা ঈরানা তৌই অমুক স্নান॥
মায়থোংগী লুজবা ঈরানা থোম্মি মমৈ স্নান।

ইকাইথীবা মতৌ, কত্রং ফিমুনি, থাঙজেৎনৈ।
কৃষ্ণপ্রেমগী রাগ, কত্রং ফিঙাংনি, নমথাংনৈ॥
প্রণয় মানগী মতৌনা, থাখুমফিনি, থাখুমৈ॥
ফজবগী কুঙ্কুম্, সখীপ্রেমগী চুয়াচন্দন।
মোমোন মীনোক্তী কর্পূর থারি হকচাংদা লেপন॥
কৃষ্ণই প্রেমবস চেল্লি মনম—কস্তুরীগী চাং।
মুংশিবা মনম'তুমক্না লৈতেংলি মহকচাং॥
অথুপ্পা মান হেল্লি শমজি ওইনা ফেল্লপ ওয়দা।
ধীরাধীরাই গুণ চরৈ কত্রংফিনি হকচাংদা॥
রাগই পানা মচুনা তঙাং তঙাংলি চীনবাল।
প্রেমগী লৌথুপ লোকোই কজ্জননি, থারি মিৎ মিৎপাল॥
পোকই হেক হেক মশাদা সাত্ত্বিক ভাব অয়োবা।
হর্ষনচিংবা ভাবনা লৈতেংঙি মশা পুষ্পা॥
কিল'কিঞ্চিতনচিংবা ভাব কুন্না লৈতেংনি।
গুণগী পরেংনা পারি লৈগী পরেং—লৈতেংলি॥
য়াইফ-তিলক হেল্লি নীংখিজবা শক্তী শক্তোয়।
চেল্লি নুংহী তম্ফায়াই প্রেম্না থুম্নবা থম্মোই॥

মীয়ায়-চনবী সখী 'মগী লেংবাল পায় মখুৎনা।
লুপ্পিয়ে সখীলক রুক্মিণী রাখন্দা মশানা॥
শ্রীঅঙ্গগী মনম্মা মন্দির গর্ব্বনা থুদা।
হেল্লি 'হুদা কৃষ্ণ, যংলি সঙ্গ তৎপা লৈত॥
কৃষ্ণই নাম গুণ যশ লৈতেংনি মঙোন্দা নাকোংগী।
কৃষ্ণই নাম গুণ যশ ঙঁচেন্নি মঙোন্দা চীনগোইগী॥
তম্মি মাদনা প্রেমরসই মদু কৃষ্ণদা।
চৎলি কৃষ্ণগী পোইরৈদ য়েং মতম পুম্বদা॥
কৃষ্ণই অশেংবা প্রেমরসগী থোংনি মাদি।
নীংথিবা গুণ অপূর্ব্বগী তুংনফম্নি মাদি॥

মহাকী মবাষষক কল্লকপনি সত্যভামা।
তম্বনি কলাথিবিক মঙোন্দা ব্রজরামা॥
মাগী মনীংথি মিহৌবনি লক্ষ্মী সরস্বতী।
মপুরোইবা মন্নংশি মিত্তাইদো অরুন্ধতী॥
মাগী গুণদি কৃষ্ণমক্তা খঙবা রানা থোকই।
ঐগুম্বা অতোনবা জীবদদি করি ওইনি॥

ধীবললিতনি কৃষ্ণ।
পামজবনি 'হুনা মহাক্তি রতিলীলাদ॥
অহিং থঙদে মুংথিল শাইন্ন রাধাগা কুঞ্জদা।
কিশোরনি মতাংনা য়ৌবনি প্রেমলীলাদা॥
প্রেমগী বিবর্ত্তলীলাসু চুপ্পিবনি 'হুদা॥

শকথি মতাংসিদা রায় রামানন্দ মশানা লেংবা ইশৈ'মা—

পহিলহি রাগ নয়নভঙ্গি ভেল।
অনুদিন বাঢল অবধি না গেল॥
না সো রমণ না হাম রমণী।
দুহুঁ মন মনোভব পেষল জনি॥

এ সখি সে সব প্রেম কহানী।
কান্থঠামে কহবি বিছুরল জানি ॥
না খোজলুঁ দূতী না খোজলুঁ আন।
দুহুঁ কেরী মিলনে মধ্যত পাঁচবাণ ॥
অব সেই বিরাগ তুহুঁ ভেলি দোতী।
সুপুরুখ-প্রেমক ঐছন রীতি ॥
বৰ্দ্ধন-রুদ্র-নরাধিপ মান।
রামানন্দরায কবি ভাণ ॥

পোকথিবনি রাগ মিচ্চিগা মিচ্চিগনা।
হেনখিদো নোংমনোং চৈথৈ কৌবা তাদনা ॥
তকথিবরা পেষণ ঐখোযনীগী পুক কান্না।
মন্নখি হুপীনি ঐনা নিপানি মানা ॥
কাউশ্রমাল্লে খল্লে প্রেমগী খোঙফম খিবিক্তো।
নীংসিংবিরু সখি নংনা "মুক্ত কান্থদো ॥
চখিদে দূতী'মা যাওখিদে কনা অমা।
শীনখিবনি পঞ্চবাণনা মিলন অত্নম্মা ॥
কাউখরে হৌজিক্তি খঙলে নং মুন্না দূতী।
সুপুরুষগীদি অসিনি প্রেমগী রীতি ॥
রাপাংজবি রামানন্দ রায় কবি।
চীংলিবনিদো অহকপা নিংথৌনি ॥

থুপ্পদই থুপ্পা রাধাকৃষ্ণই লীলানি।
লীলাগী সেবা সখীদনা চঙবনি ॥
লৈতে দাস্ত বাৎসল্যগী হক লীলাদা।
গোপীভাবতা হান্না চঙবা তাই সখীদা ॥
মাগী অমুগা ওইনা চঙলবতদা
ফংনি সেবাগী শরুক য়াবা লীলাদা ॥

গোপীগী প্রেমদি নত্তে খ্‌য়না খঙনরিবা কাম।
ক্রীড়া মান্নকবদই কৌরুবনি কাম॥

ইশাগী সুঙাইবা য়েংনা চৎপবু কৌই কাম।
গোপীগীদি কৃষ্ণগীদ য়েংবনি, নত্তে কাম॥

ব্রজভাব খুদিংমক পী ভক্তদা সিদ্ধদেহ।
সিদ্ধদেহদুদা ফংনৈ অদুম শোয়দে কৃষ্ণ॥
পী সাক্ষী ময়েক লানা বেদনচিংবা গ্রন্থ।
চৎসি'দুনা রাগমার্গ ফংনি শোয়রোই কৃষ্ণ॥

নীংসি সখীভাবতা রাধাকৃষ্ণ তৎপা লৈত।
চঙসি সখীদা—সখীগীদ হক্নি লীলাদা॥
ফংগনি শ্রীচরণ ফংগনি শ্রীমুখদর্শন।
ঐশ্বর্য্য য়াদে, চন্দে লক্ষ্মী, চঁঙি সমর্পণ॥

বিদ্যাদা অথোইবনি কৃষ্ণভক্তি।
মিংচত্তা অরোইবনি কৃষ্ণভক্ত॥
লন্দা অতাঙবনি রাধাকৃষ্ণ প্রেম।
অৱাবদা অথেংবনি কৃষ্ণভক্ত কায়নবা॥
সুঙাইবদা অয়োবনি কৃষ্ণপ্রেম সাধন তৌবা।
ইশৈদা অথোইবনি রাধাকৃষ্ণই প্রেমলীলা শকপা॥
অফবদা অথেংবনি কৃষ্ণভক্ত সঙ্গ তৌবা।
স্মরণদা শোয়দবনি জীবগী রাধাকৃষ্ণ স্মরণ॥
তৌগদৌবনি অদুনোং জীবনা রাধাকৃষ্ণই মনন।
রাধাকৃষ্ণই নিত্যলীলা স্থান্নি ব্রজভূম॥
তানি'দুনা পুণ্যভূমদা ব্রজভূম।
তৌনি তৎপা লৈত শরবণ কীরতন॥
চৎনি কায়বা লৈত দরশন পরশন।
চৎনি যুগলসেবা তৌনি আরাধন॥

স্বরে হুমিৎ তরানি। রায় রামানন্দ রাগানুগা ভক্তিনা রাধাকৃষ্ণ লুনা সেবা চচ্চরক্মল ফাওরে লোইনা মবুক্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী কৃপাদগী কৃষ্ণতত্ত্ব, রাধাতত্ত্ব, প্রেমতত্ত্ব, রসতত্ত্ব, লীলাতত্ত্বনচিংবা থোইথোইবা ভক্ত অমনা খঙফম থোকপা—খঙদবা য়াদবা তত্ত্ব পুম্বা।

প্রভুগী জগৎ ৱাংমগী ওইবা অমকপা লৈতনা ফজবা অৱাৎপা লৈতনা নীংথিবা, ভগবানগীদ ওইবগুম তৌবা শক্তমদা ঙকথিবনি রামানন্দ, খনথিবনি মবুক্তা "শক্তি অমনি"। ঙকথি পাউহং তাবদা থোইনা হেন্না অমুক, লেপথি, "শক্তিদ শক্তি অমনি"। মহাক মশাগী পাউখুম মশাগী জ্ঞান ৱাংমগী ওইবা, ওইরে ওইনা ঈরোঙ্কী ঈশিং হাদোরকপগুম মদোম পঙহাদ হাদোরকপা উবদনা অমুক্তা থোইনা হেন্না ঙকথি, খঙ্খি "শক্তি সঞ্চারনি"। মতাং মতাংদা প্রভুগী স্বরূপ করি ওইরিগবা খঙনীখি, থোকখি মচীল হেক হেক—

সাক্ষাৎ ঈশ্বর তুমি কে জানে তোমার মর্ম।

ঈশ্বরমক্কি নংদি খঙনি করম নঙ্গী হুংগী রা॥

যে তুমি কহাও সেই কহি আমি বাণী।
তোমার শিক্ষায় পড়ি যেন শুকের পাঠ॥
সাক্ষাৎ ঈশ্বর তুমি কে বুঝে তোমার নাট।
হৃদয়ে প্রেরণা কর জিহ্বায় কহাও বাণী॥
কি কহিয়ে ভালমন্দ কিছুই না জানি।

নংনা হায়রহন্নিংবহুমথৈ হায়বদনি ঐ॥
তেনবাওম অফাবদ লোঙবনি ঐদি।
ঈশ্বরমক নঙ্গী লীলা খঙনি কনানদি॥
শঙলি মথৌ খমোই হাপ্নি লৈয়েংদনা মরোল।
খঙদে অফকত্ত 'মত্ত লোনবদনি পঙলোল।

আমি নট তুমি সূত্রধার।
যেমত নাচাহ তৈছে চাহি নাচিবার॥

মোর জিহ্বা বীণাযন্ত্র তুমি বীণাধারী।
তোমার মনে যেই তাহা উঠয়ে উচ্চারি।

ঐনা নট নংনা সূত্রধার।
নংনা সাহন্নীংবা জগোই সাবদনি ঐদি॥
বীণানি ঐগী লৈয়েংনা অথোংবনা নংনি।
ঐগীদি নঙ্গী থুৎথৎ মতুংইন শকপদনি॥

মোর মুখে বক্তা তুমি তুমি হও শ্রোতা।

ঙাঙলিবস্ নংনি চীন্দা তারিবস্ নংনি॥

উৎথি অসুম রায় রামানন্দ প্রভুদা হেক হেক থোজানগী ঙখৌ। নঙ্কৎ নঙ্কৎ লাকপনি প্রভু, য়ারক্তে নঙ্কৎপা। ভক্তগী মিৎমাঙদা থুপকনি করম ভগবান! পুল্লে শ্রীমুখ বাণীনা অদুম—

তস্যাহং ন প্রণশ্যামি স চ মে ন প্রণশ্যতি

গীতা

মাঙদে ঐসু মঙোন্দা থক মাঙদে মাসু ঐঙোন্দা থক।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব জগৎ কল্যাণগী কুমকউ কান্তাপ্রেমগী লম্মনসু শিংহোরগে রাধা ভাব কান্তি পুরকপনি—

অন্তঃকৃষ্ণো বহির্গৌরঃ সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র-পার্ষদঃ।
শচীগর্ভে সমাপ্নুয়াং মায়ামানুষকর্ম্মকৃৎ॥

স্কন্দপুরাণ

মুংদা মু পান্দা ঙৌ অঙ্গোপাঙ্গ খুৎলাই-থোঙলোম্নদা তোং।
তৌকনি কল্যাণ মায়াই মী ওইনা শচীগী পীবুক ওং॥

ভাবে রামানন্দগী মিৎমাঙদা চৈতন্যদেবগী অথুপ্পা শক্তমগী শকওং, চীন-গোইরকই ভক্ত হরাউ তুজুং অঙকপা দর্শন্দা—

পহিলে দেখিল তোমা সন্ন্যাসী স্বরূপ।
এবে তোমা দেখি মুঞি শ্যাম গোপরূপ।

তোমার সম্মুখে দেখি কাঞ্চন-পঞ্চালিকা।
তার গৌরকান্ত্যে তোমার সর্ব্ব অঙ্গ ঢাকা॥

হায়দি ঊই নংবু সন্ন্যাসীগী মশক ওইনা।
উরে হৌজিক্না অমুখা গোপই মশক ওইনা॥
হেল্লি নমাঙদনা সনাগী লাইথি অমথক।
ঙাল্লি মাই অপানবা মচুনা নশা পূম্নমক॥

নোকথি চৈতন্যদেব থৌজালগী মোমোন। তুথি চরণদা রায় রামানন্দ, ভক্তগী কোক্কী লৈতেং। "হায়দোকফদে রায়" চীঙ্গোয়বিথি ভক্তদা প্রভু।

লৌরে হৌজিক্তি প্রভু ভক্তগী বিদায়, হল্লে মথং খোঙদোই; কোয়রে থুংনা দক্ষিণাবর্ত্ত, তৌরে স্নান মশক্নাইবা তীর্থশিং, তৌরে দর্শন অফাওবা মন্দিরশিং। মহাক্কী রূপ, মহাক্কী গুণ, মহাক্কী প্রেমাবেশ লেম্না চত্তে থক, পুই খৌগাই, নাম্না তৌই নাম অমসুং প্রেমগী প্রচার। ভগবানগীদ ওইবগুম তৌবা, ফজবা নীংথিবগী মশক্নক পুবা প্রভুগী মায়থোং উবদা নিপা থঙদে স্নপী সোল্লি হেক্ত "হরি হরি"। প্রেমাবেশ উবদা ঙাওই অদুম মথোয়; প্রভুগী হুঁকারদা তৌই মথোয়সু হুঁকার—শীংনৈ অপূনবা হরিধ্বনিগী ঈথোল সমুদ্রগী ঈরাউথোল। লৈবাক্নগা অা এহ্লৌঙৈদগী ভক্তিগী ক্ষেত্র ওইনা লাক্লে; ভগবদ্সিদ্ধ ওইরবা আডবারশিংগী জ্ঞানদশা, প্রেমদশা অনীনগা উপাসনাগী মপূং চৎলে, প্রভুনা হেক খোঙজাবদা লোইরে অদুম নামপ্রচার, কারে ঈনোৎ য়োনা প্রেমভক্তি।

লাইরিক চাউথিনি কিবদগী স্বত্র ওইনা লোইশিন্নবদ য়েংহ্নুনা লাকপনি, অদুবু, রাফম থরদি পন্দবা ঙমদ্রে। সিদ্ধিবটতা নোংমা ব্রাহ্মণ অমগীদা ভিক্ষা লৌই প্রভু। ব্রাহ্মণসি রামভক্তনি, সোল্লি তৎপা লৈত রাম নাম। প্রভুনা হন্নকপা খোঙফম্দা অমুক্তা থেংনৈ। হন্দক্তি রামনামগী মহত্তা সোল্লগে কৃষ্ণনাম। করিগীনো হংবদা "নঙ্গী দর্শন্দগীনি, থঙলে নহাক সাক্ষাৎ কৃষ্ণনি" তুথি প্রভুগী চরণদা। অমুক ব্রাহ্মণ অমনা, শ্রীরঙ্গক্ষেত্রগী রানি, দেবালয়দা গীতা হেক হেক লোইনা লোইনা পাঠ তৌই। চুমদগী পাঠ নত্তে, ভাবাবেশদনি। হৌবদগী লোইফাও থকপা কৌবা লৈতে মমিত্তা মপি। অদুবু, হৈবা রাৎপদগীরা থঙদে,

উচ্চারণদি থীনা থীনা শোয়, মীনা নোক্নে। নোক্নে খোশাদে, কায়দে, তৌই অদুম মথবায়মক কৎনা পাঠ। গীতাপাঠদা মহাক্না অদুক হুণ্ডাইকরিবা করিদগীনো হংলুই প্রভু। মহাক্না তরাক তরাক খুম্লকখি, "হে অপণ্ডবা, শগোল চুপ্নী পায়না পায়না তম্ তম্ হুংশিনা কৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা জ্ঞান তাকপিরিসিদি উত্রদনা"। পেনখি প্রভু, কোনখি, "নংদনি গীতা পাঠ তৌগদৌবা"! "সারথী কৃষ্ণদগী নংবুনা হেন্না হুংশিরিবা করিগীনো" য়েংখি ব্রাহ্মণ ওক্না প্রভুদা, উথি প্রভুগী তশেংবা স্বরূপ, ভুখি চরণদা। "হায়দোকপা য়াদে কনাদা" কোনখৎপিখি ভক্তবু প্রভু। অমুকস্ম ব্রাহ্মণ অমা, কৃতমালাগী তোর্ব্বান তাবা কামকোষ্ঠী পুরীদনি, কৎলি ভিক্ষা প্রভুদা। সংসারদা হৈনবা মচেৎ'মফাও মাগী লৈতবদৌনা তৌই। চারা হেল্লি, ফাওদে মশাদা অরাম্বা। রাবণনা সীতা হুখিবগী বারী তাবদগী লৈহৈবা মফম নত্রে জগৎ শিরগে থনবদগীনি খড়লে প্রভু। "মায়া সীতানি রাবণনা হুবদি" তাকপি প্রভু, থেম্মি "চাক চাউ"। য়াদে। মতম থরগী মতুংদা, কূর্ম্ম পুরাণগী "পতিব্রতা উপাখ্যান" দা য়াওবা "রাবণ উবদা সীতা মৈদা চঁডি, মৈনা পার্ব্বতীদা শিন্নে সীতা মশা, রাবণদনা পী মায়াসীতা" হায়বা মতেক অদু ইদুনা পুবক্লগা প্রভুনা মঙোন্দা পীরবতদা তোকখি চারা হেনবা। প্রভুবু সাক্ষাৎ রঘুবীরনি, মহাক্নীদমক লাকপির'নি খুৎমখি, হরাউবা হুণ্ডাইবগা লোয়ননা কৎখি প্রভুদা ভিক্ষা।

দাক্ষিণাত্য বৈষ্ণবজগৎ ওইরবস্থ অবৈষ্ণব সম্প্রদায় মচি মচিদা অদুম মরৈবনি। বৌদ্ধাচায্য'মা শাস্ত্রার্থদা থীনা মমায খুই। অফ সাদুনা ভিক্ষাগী চাক্লাং পুরকখি মহাক্না শিষ্যশিংনা—অভিচারগীনি। উচেক অচৌব'মনা পুখম পুল্লপ চেল্লগা আচার্য্যগী মকোক্তা থাধে। আচার্য্য মকোক থীনা শোকই, অশিবগুম লৈমায়খক্তা কুইনা তাদুনা লৈ। মথোয় ময়াম্না হাযজবা মতুংইন "কৃষ্ণ সোল্ল, ফনি" তাকপি প্রভু। সোল্লে ময়াম কৃষ্ণনাম। হৌগৎলক্নে আচাযা কৃষ্ণ কৃষ্ণ সোন। আচাযাসিগুম লাকখি পণ্ডিত কয়া কয়া শাস্ত্রার্থগী লৈবাক লৈবাক খুদিংদা। অদুবু, তুখি লোইনা, কাখি ঈনোৎ প্রেমভক্তি। মধ্বাচার্য্য সম্প্রদায়গী আচার্য্যমক্ম লৈয়েং ফাবা, লৈয়েং ফাইবা মতাং কয়া থেংনখি—অমুক করি হায়নীঙায লৈরি! সম্প্রদায় অম'দ—ভট্টমারিগীনি,

মল্লারদেশতনি। প্রভুগী খুদোং থীনবা শীনথি; কামিনীকাঞ্চন উত্তুনা থোগল কৃষ্ণদাসবু চিংথোকখি। খোজুল লীকুবদা থাজ্ঞা তেলগা হৌরকখি, অদুবু, প্রভুগী মিৎলৈ অমদা মখোয মীপুম খুদিংগী মথুৎ মথুক্তুগী থাঙ থঙদে তেল লোইনা তাখি, চেন্নখি লোইনা মথরায় মথরায়গী মি থীনা পাই। কনবিখি অসুম কৃষ্ণদাস।

চহী অনীনি প্রভুনা দাক্ষিণাত্য কোয়বা। বিথ্যা নগরদদনি তরানি সুনা পনবা, অতৈদদি পনগে হাযনা পল্লবদা হুম্নি হায়বসি য়াম্নবনি—পঙথোক থোক্তে। মশাং ওইনা পনখিবস্ম অমথক্তনি। শ্রীরঙ্গদা ব্যেঙ্কট ভট্টগীদা চাতুর্মাস্যগী থা মরি পনখিবত্তদনি। অদুনা প্রভুনা কোয়রিবসি দাক্ষিণাত্য ফনা নীংথিনা থুংলবনি। নীলাচলদগী হৌবা খোঙফম্নি। সেতুবন্ধ, কুমারিকা য়োরগা অমুক আ নর্মদা খোঙবান মাহিষ্মতী পুরী যৌনা হাইগৎপনি। নর্মদাদগী দণ্ডকারণ্য পঞ্চবটী মথং মথং লাল্লক্তুনা সপ্তগোদাবরী তারগা বিদ্যানগর অমুক চঙলবনি। বিদ্যানগরদগীদি হান্নগী লম্বী মতুংইন শ্রীক্ষেত্র হজিনবনি।

দাক্ষিণাত্য বৈষ্ণবজগৎনি। মতম্না থীনা কুইনা শিথকুরবা বৈষ্ণবধর্মনা নৌহৌনা অমুক হিংগৎলকপসি জগৎ অসিমক্তনি।

বিষ্ণু বেদগী লাইনি। শকই ঋগ্বেদনা—

ওঁ তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদং সদা পশ্যন্তি সূরয়ঃ দিবীব চক্ষুরাততম্
তদ্বিপ্রাসো বিপন্যবো জাগৃবাংসঃ সমিংধতে।
বিষ্ণোর্যৎ পরমং পদম্॥

হুমিৎ মঙান্দা মিৎনা লোইনা উঙুম উই জ্ঞানীশিং লক্তে বিষ্ণুগী খোইথোইবা খুভম।

অয়াল অহুই চঙত্রবা ভগবদ্ভক্তশিংনা তাকই অদুম খোইথোইবদো খুভম॥

বিষ্ণু উপাসনা বেদগী একায়ন শাখাদগী পোকপনি। গুরু পরম্পরান:— বিষ্ণুনা নারদদা, নারদনা নর-নারায়ণ অনীদা তাকপনি। অনীনা বদরিকাদা, ফমদুনা শক্তোকপনি। অকা-অকুম নাইবা জগৎনিনা কুইনা শিথকই। অদুবু মাঙফদবনিনা অমুক হিংগৎলকখি। দাক্ষিণাত্যদনি।

আড়বার ভগবদ্‌প্রেমী হায়বনি। মখোয় আড়বারশিংসি রাগাত্মিকা ভক্তি চৎলি। মখোয়গী উপাসনাদি জ্ঞানদশা হায়ব'মা প্রেমদশা হায়ব'মা মওং অনী চৎলি। জ্ঞানদশাদা ভগবানগী গুণ-কৃতি নীংসিংদুনা ধ্যান তৌই। প্রেম-দশাদনা দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, কান্তা প্রেম অমদা তাউদুনা ইশৈ শকই, জগোই সাই। অদুবু, দাস্যগা নায়িকাভাবকনা মপূং অদুম চৎলি। মখোয়গী দিব্যস্থক্তি কয়া লৈ, পুন্না দ্রাবিড় বেদান্ত হায়না খঙনৈ। উপাসনাগী অথোইবা অঙ্গ কীর্ত্তন্নি হায়বা প্রেমদশাগী ৱাকয়া অদুম মতাকই।

মখোয় মীকোক তরাগা নীথোইদি ভগবদ্‌সিদ্ধ ওক্লি—লাইপোক্লি হায়না চৎলি। তিরুপ্পান মূর্ত্তিমৎ সঙ্গীতনি হায়না খঙনৈ। নম্মাড়বার দ্রাবিড় বেদান্ত হায়না খঙনরিবা স্থক্তি চাত্রামরিদা মরম্মাই স্থক্তি লীশীং অমা অবদান তৌরম্মি—সহস্রগীতি হায়না চৎলি। আণ্ডাল রূপীনি, গোপীভাবতা ভগবদ্‌সেবা চৎলি, রঙ্গনাথজীদা মবুক্কীং মহকচাং পূমকৎ কৎথি। ওসি রঙ্গনাথ মন্দিরদা মাগী মূর্ত্তি লাৎলি।

মখোয় আড়বারশিংসিগী মতুংদা লাকখি আচার্য্যশিং কয়া কয়া। খরদি লাইনিবু হায়নৈ। রামানুজ লক্ষ্মণগী অবতারনি হায়না খঙনৈ। হিংলিঙৈমক মহাক্কী মূর্ত্তি সাদুনা লাৎথি। মহাক্না শ্রীসম্প্রদায় নোহোনা সেমগৎথি। নিম্বার্কাচার্য্য স্থদর্শনগী অবতারনি হায়নৈ। মহাক্না সেন্নখনি হংসসম্প্রদায়। মধ্বাচার্য্যনা ব্রহ্ম সম্প্রদায় সেমখি, বল্লভাচার্য্যনা রুদ্রসম্প্রদায় নোহোনা সেমগৎথি। দর্শনগী ক্ষেত্রদা বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ, দ্বৈতাদ্বৈতবাদ, দ্বৈতবাদ, শুদ্ধাদ্বৈত-বাদ মখোয়গী অবদান্নি।

দক্ষিণাবর্ত্ত ভক্তিগী উর্ব্বরা ভূমিনি। আ এহেক্লোইদগীনি হায়বসু পদ্ম-পুরাণনা অদুম সাক্ষী ওই। লী পুরাণ'সিনা শ্রীমদ্‌ভাগবতকী মাহাত্ম্য শকপদা—

ভক্তিদেবী দ্রাবিড়দেশতা পোকই। মচা জ্ঞানগা বৈরাগ্যগা অনী পুদুনা কর্ণাটকতা হুণ্ডাইনা পাল্লি। মহারাষ্ট্রগা গুর্জ্জরগা দেশ অনীদদি অৱাবা থীনা নংলুরে। মচা অনীমক্ক্‌ কলিগী মহু চাদুনা শিবে। মমৈদা বৃন্দাবন্দা চেনশিন্নে। মৈশা লোইনা কোক্লে। মশা নোহোনা অমূক পোকপগুম হান্নগী মশক মচু লোইন হল্লিন্নে। তনৌ তনৌ নীংথিরে।

সাত্ত্বিক পুরাণ অথোইবা শ্রীমদ্ভাগবতমক পূণ্যভূমি অসিগী অবদাম্নি হায়বসি পণ্ডিত কোয়েল কয়াগী মতনি।

অসিগুম্বা ভক্তিগী জগন্নাথ চৈতন্যদেবনা চহী অনী খোঙদারবসিদি শূর্য্য-দেবনা জগৎকল্যাণগী সমুদ্রদগী নোং শুংবগুম স্বভক্তিশ্রী কান্তাপ্রেম শুংলবনি। রাধাকৃষ্ণ উপাসনাগী অমূল্যরত্ন অনীস্ম অসিদগী খুনবনি। ব্রহ্মসংহিতানা পয়স্বিনী খোঙবালগী আদিকেশব মন্দিরদগীনি, কৃষ্ণকর্ণামৃতনা কৃষ্ণবেণ্বা মপানগী দেবমন্দির অমদগীনি।

অসিস্ম অসিনি, লৈরি অথুপ্পা মরম থরম্ন। অমনা, শ্রীরঙ্গগী বেঙ্কট ভট্টগী মচা তুংলমচৎকীনা যড়গোস্বামীগী অন্যতম গোপাল ভট্টনা বৃন্দাবন থানবা শীনবনি; অমনা, ঋষভপর্ব্বতকী নারায়ণ মন্দিরদা মশাগী পার্ষদ পরমানন্দ পুরী থিবনি; অমুক অমনা, ভীমরথী খোঙবান্দা শঙ্করারণ্য (বিশ্বরূপ) গী খোঙ্গুল লীবনি, অমুক্তা অমনা, ঋষ্যমূক চীঙ্গোলদা রামায়ণগী সপ্ততাল উদ্ধার তৌবনি।

ঈশ্বরনি মাদি মনীং চৎপা
অথুপ্পা লীলাগী শক্তম।
থঙলুনি কনানা মাগী লীলা!

তরা

# নীলাচলদা হল্লকপা

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র-পার্ষদম্।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ॥

ভাগবত

মুনা ৎোবা অঙ্গোপাঙ্গ থুংনাই থোঙলোয় সুনা হেনবা।
চঙনৈ মঙোন্দা অ্যানীশিং কৎনৈ সংকীর্ত্তনা পূজা॥

কোযরগে প্রভু দাক্ষিণাত্য চহী অনী লৈরে নীলাচলদা চহী অনীমা। শাইন্নে মতুংসিদা লীলা কয়া। থোইথোইবদি অনীথক্নি। অমনা, প্রভুগী মহাসংকীর্ত্তন্নি, অমনা, রাজর্ষি প্রতাপরুদ্রগী প্রেমভক্তিনা প্রভুবু জয় তৌযগী লীলানি;

প্রভু নীলাচলদা হল্লক্লে তাবদা গৌড়গী ভক্তশিং পূন্নমক শাকথি লোইনবা দর্শনগী। রথযাত্রাগী মতম্নি, তৌই মহাসংকীর্ত্তন্না রথগী থোগল। মাঙদা পালা মরি, নাক য়েত্তা অমমম, তুংদা অমা—তরেৎননি থোগল তৌবা। পালা থুংদা ইশৈ-হনবা অমা, পুং-য়ৈবা অনী, থাইন মঙা, জগোই-সাবা অমা—মীকোক মাপন মাপল লেপ্পি। প্রভুনা চথোক চচ্ছিল তৌই, নাম সোল্লি হায় জগন্নাথগী জয় শকহ হায় থোগৎলি হেক হেক পালা লোইনবা।

সাত ঠাঞি বুলে প্রভু হরি হরি বলি।
জয় জয় জগন্নাথ কহে হস্ত তুলি॥

কোয়রি প্রভু থুংনা মফম তরেৎ হরি হরি।
জয় জয় জগন্নাথ হাইরি থক্তা পাম্বোম অনী॥

পেহ্লহগে ভক্তশিং পুথোক্লে শক্তি, য়াওরে পালা থুদি' লেঙদনা মশা অমমম

আর এক শক্তি প্রভু করিল প্রকাশ।
এক কালে সাত ঠাঞি করেন বিলাস॥

সব কহে প্রভু আছেন এই সম্প্রদায়।
অন্য ঠাঁঞি নাহি যায় আমারে দয়ায় ॥

মশাই ঐশ্বর্য্যনা পুথোক্লে প্রভু শক্তি'মা।
য়াওয়ে ফাংনা 'মুক্তদা মফম তরেত্তা মশ ॥
হায়নৈ পালা খুদিংনা লেঙন্দ্রে লৈরে ঐখোইদা।
কযাদ চানবিগ্রবা প্রভুনা ঐখোয়'সিদা ॥

কেহ লখিতে নারে অচিন্ত্য প্রভুর শকতি।
অন্তরঙ্গ ভক্ত জানে যাঁর শুদ্ধভক্তি ॥
প্রতাপরুদ্রের হৈল পরম বিস্ময়।
দেখিতে শরীর তার হৈলা প্রেমময় ॥

উবা ফংদে কনা প্রভুগী অথুপ্পা শক্তি।
শুদ্ধভক্তি চেনবা ভক্তশিংদনা উবনি ॥
থেংখি ভকপা প্রতাপরুদ্রই প্রভুই মতৌদুদা।
ফাওখি প্রেমগী বিকার থুংনা মশা অপূর্বদা ॥

তমখি নিংথৌ প্রভুগী অঙকপা মতৌ কাশীমিশ্রদা, তৌনখি সার্ব্বভৌমগা মিৎকা মিৎকা ইঙ্গিত। শান্নখি অসুম অহানবদা প্রভু, লৌথখি তন্না মথংমা। কৌশিল্লে লোইনা পালা তরেৎমক রথগী মাঙদা। স্বরূপনা চিংদুনা শ্রীবাস, রামাই, রঘু, গোবিন্দ, মুকুন্দ, হরিদাস, গোবিন্দানন্দ, মাধব, গোবিন্দ মথোয় মাপলগা মীকোক তরাগী পালা'মা ময়োল অকোয়বদা লেপ্পে। মপাল অকোয়-বদনা, লৈহৌবা অতৈনা লেপ্পে। হোরে কীর্ত্তন। সারে জগোই প্রভু উদ্দণ্ড নাচ। ইল্লি জগোই অদ্বৈত্য শেল্লি জগোইদা প্রভুবু নিত্যানন্দ।

অঙকপনি হায়রুবদা কান্নদ্রবা প্রভুগী জগোইনি অঙকপা।

তৌই প্রভু হুঁকার—তোয়না তোয়ননি।
সাই জগোই লৈ মশা—অলাত চক্রনি ॥
খোঙফম খুদিংমক্তা নীকই লৈমায় থক থক।
ফাওই মশাদা ভাববিকার মুনমক ॥

চুংলি মতু তারি মপি চত্নম চত্নম।
কারি মশাপুম্বা হুমাং মতুম মতুম॥
কায় হেদো চোংডি ফল্লি খে থোইনা অমুক।
চোকথৈ শিথৈ তুকথৈ তুথৈ তন্না অমুক॥
তারি অমুক নৈদা ওল্লি গড়াগডি।
উরি ওনগুম সনাগী চীংদোল—নীংথিরি॥
হৌরি অমুক মতীং ফুল্লা—লৈরি চোংলি।
তৌরি হুঁকার ফুমনা ফুমনা—হংলি লাউরি॥
কারি লোইনা শিংলি পাফল পরিং পরিং।
ফাওরি লোইনা তোংশা পরেং মতিং মতিং॥
চুংলি মতু মুংলি তুবুম খুদিং চপ চপ।
উরি ক্যাম্লেনা লেপ্লবগুম মাভদা চপ॥
ওল্লি কুচু হেক হেক—উই অমুক সনাগুম।
উই অমুক্লা তাইফেৎ তাইনা মচিকাগুম॥
নাংশিল্লি'মুক মচু মরাক কম্বা লৈগুম।
পুঙমদে মশা তাই নৈদা উতুপ তাগুম॥

কোনখৎলি নিত্যানন্দ প্রভুবু তন্নমক—মিৎলুদদি পিচকারি মতম কাপ্লি হেক হেক প্রেমগী পি। অদ্বৈতনা অঙাওবগুম তৌরি ফুমনা হুঁকার। ঈহৌরি প্রেমগী গঙ্গা, শিম্বুরি মমিত্তা তৎপা নৈত প্রেমগী পি। কপ্নরি লোইনা কীর্ত্তনগী পরেং, কপ্নরি লোইনা ভাবুক্কী পরেং—নিংথৌ প্রতাপরুদ্রদগী তোন্দ-তোহুবা প্রজাকাও। য়েংগুম তৌরি জগন্নাথ রথ মথক্তগী প্রেমগী ঈহৌ।

লাক্লে জ্ঞান প্রভুগী, য়েংখৎলি রথদা তৌই স্তুতি মিৎলুদদি প্রেমগী ধারা—

নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণহিতায় চ।
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥

বিষ্ণুপুরাণ

ব্রহ্মণ্যগী মবুঙো ষণ ব্রাহ্মণগী মঙ্গল পীরিবা।
খুরমজৈ হে গোবিন্দ কৃষ্ণ জগৎ-কল্যাণ পুরিবা॥

লৌবে স্বরূপদামোদর প্রভুনা পাম্বা ইশৈ'মা—

সেইত পরাণনাথ পাইনু ।
যাহা লাগি মদনদহনে ঝুরি গেনু ॥

ফংলেদনা হৌজিক্তি প্রাণনাথ ।
ঙৌববনি ঐসে মশুংলাং মদনগী থাদা ॥

হল্লে খেংড়দোই প্রভু ভগোই সানা সানা স্বরূপকী ইশৈ, ইশৈগী তান্দা । চুপ্লি মীপূম খুদিং মিথুম্না প্রভুগী লীলারস ।

রথযাত্রাগী কুম্মে প্রভুগী লীলাদ মক্তে, জগন্নাথগীসুনি । জগন্নাথ রাদ ঙাংদবনি, শান্নি অচকপা লীলা । প্রভুগী নৃত্যগী ভাবুক্তি—পুরেন, প্রভুনা চৎলে মাংদা চংলি কাং, লৈহৌবে ভুংদা লেপ্লি অতুম কাং—

গৌর যদি পাছে যায়, শ্যাম হয় স্থিরে ।
গৌর আগে চলে, শ্যাম চলে ধীরে ধীরে ॥

মুঙাইবদি প্রভুনা ঈনবোইদ লৌবদা চৎপনি অতুম কাং গোরোং গোরোং ।

তবে মহাপ্রভু রথ প্রদক্ষিণ হৈয়া ।
রথ পাছে যাই ঠেলে রথে মাথা দিয়া ॥
ঠেলিলে চলিল রথ হড় হড় করি ।
চৌদিকের লোক উঠে বলি "হরি হরি" ॥

অমুক হেন্না মুঙাইবনা প্রভু য়াওদ্রবা, লেপ্লে কাং, চৎলে অতুম । থুঁই বাগান্দা । ভোগ কৎঠে কাঙাল মরক্তা প্রভুনা ওহাক মুঙাইরিঙৈ রথ চিংবা মতম য়ৌথি । লৈবাক হৌই য়াদে, নিংথৌপল য়াওনা হোৎনৈ য়াদে—খোঙফৈ'মা লেঙদে । য়ৌরে পাউ প্রভুগী নাকোং, হন্দোরক্নে খোংদোই, থাদোকহল্লে শামু লোইনা । কীর্ত্তনেশিংদা পীরে থৌরাং, ঈল্লে প্রভুনা মকোক থোংনা কাং । চৎলে কাং গোরোং গোরোং ।

তবে মহাপ্রভু সব হস্তী ঘুচাইল ।
নিজগণে রথ-কাছি টানিবারে দিল ॥

আপনি রথের পাছে ঠেলে মাঠা দিয়া
হড় হড় করি রথ চলিল ধাইয়া ॥

অঙকপনি চল-ব্রহ্ম, অচল-ব্রহ্ম—গৌর, জগন্নাথ অনীগী রথযাত্রাগী লীলা !

অমদি, ভক্ত ভগবান অনীগী কৃষ্মেনি। নিংথৌ প্রতাপরুদ্র প্রভুগী চরণধূলি পাম্মি—কুইরে, কুইরবনি। তকই, তস্তে, সার্ব্বভৌমদা "দর্শন অমুক্তদি ফংহল্ল"। চঙ্গৎলি প্রভুদা সার্ব্বভৌম নিংথৌগী রা। "রাজদর্শন য়াদে সন্ন্যাসী" তাকপি প্রভু। "স্বতন্ত্রনি নংদি, ভক্তগীনি নশা" তাথরুই মতোল। লোকসংগ্রহগীনি, লোকসংগ্রহনা কল্লি তাকপি প্রভু। গতি লৈতে।

দর্শন ফংনা ফংনা ফংদে প্রভুগী দর্শন নিংথৌ প্রতাপরুদ্র। ঈথৌদি হেনগৎলক্কই নোংমা নোংমগী অম্বম'স্বম। রারোবে ভক্ত নিংথৌ মদুক্তা—

পাপী নীচ উদ্ধারিতে তাঁর অবতার।
শুনি জগাই মাধাই তেঁহ করিলা উদ্ধার ॥
প্রতাপরুদ্র ছাড়ি করিবেন জগৎ উদ্ধার।
এই প্রতিজ্ঞা করি জানি করিয়াছেন অবতার ॥

লাকপনি মাদি থ্বায় অতোন-অতাশিংগীদমক।
কনবিবনি মানা ছায় জগাই মাধাই অনীমক ॥
লাকপা তাই অদুনদি রাশক্কি পুদুনা।
লানবিরুগে জগৎ প্রতাপরুদ্রদং নত্তুনা ॥

সোনথি মদোম—

তাঁর প্রতিজ্ঞা না করিব রাজ দরশন।
মোর প্রতিজ্ঞা তাঁহা বিনা ছাড়িব জীবন ॥
যদি সেই মহাপ্রভুর না পাই কৃপাধন।
কিবা রাজ্য কিবা দেহ সব অকারণ ॥

নিংথৌ কৌবা উন্নবোই 'সিনি প্রভুগী রাশক।
ফন্নে ঐগীনা থারনি থরায় 'সিনি রাশক ॥

মহাপ্রভুগী থৌজাল-লনগু ফংঙমত্রবদা।
কৈদৌননি রাজ্যনা দেহনবু ঐঙোন্দা॥

শীংলে ভক্ত প্রেম্না প্রভুবু—প্রেমগী অবতার। ইরে সার্ব্বভৌমদা পত্রী। সার্ব্বভৌম থংঙি তশেং নিংথৌগী প্রভুগী প্রেম অমম্থং প্রেমগী দশা, থীরে থীনা মুংশা। পত্রী হেক ফংবগা চেয়ে স্বরূপ, জগদানন্দনচিংবা প্রভুগী অন্তরঙ্গ ভক্তশিংদা। য়ৌরে পাউ প্রভুগী চরণ।

ঈশ্বরগী ঐশ্বর্য্য তরুক্নি। প্রভুত্বনা মকোক্নি। বিশ্বজগৎকী মপুনি। মহাক্কি অতুক মপুনি হায়বদ নত্তে, সর্ব্বে সর্ব্বানি—শীনবনি মানা লোইনবা। মথংনা পরাক্রম্নি—শক্তি। লৈতবনি করিমত মহাক্না তৌবা ঙমদবা। চঙদে অতুবু ভক্তদা ভগবানগী প্রভুত্ব থঙদে পরাক্রম। তোম্বদ থংঙি, শোম্বদ নংঙি ভক্তদদি ভগবান।

কৌরি ভগবানবু অঙাং ওইরিবা ধ্রুব বন্দা, "হে মিৎম্নাথম্বাল, কৈদা লৈবা, পম্বিরো ঐবু তম্বাক্তা ইপা শক্না অমুক্তা'। অনন্তশয্যা মৈ পোকই, লক্ষ্মীগী সেবা মৈ চুই, লাকই, "লাকএ ঐ ধ্রুব"। ধ্রুব পাঙদে মমিৎ "নত্তে নং মিৎম্নাথম্বাল"! নোকই মোমোন, পমথৎলি ধ্রুববু ভগবান কমলনয়ন। পাঁঙি ধ্রুব মমিৎ, তৌজৈ নোকফেৎ, কোনশিঙ্গৈ—নপশিঙ্গৈ মশা নারায়ণদা। থিনবি মমাগী মনাক্তা, পীনৈ সিংহাসন, অরোইবদা স্বর্গগী লেঙদবা ফানথোং।

কৃষ্ণ ভগবান্নি, অবতার নত্তে অবতারীনি। পীরি সাক্ষী ভাগবত—

এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম্।
ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে॥

মানি কৃষ্ণ ভগবানমক অতৈনা মশেক মঙাল ঙাক।
কন্নৈ জগৎ হিংচা-মৈশা যুগ যুগদা হেক হেক লাক॥

পীরি সাক্ষী ব্রহ্মসংহিতাসু অতুম—

ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।
অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণ-কারণম্॥

সচ্চিদানন্দই মশক্তি কৃষ্ণঃ পরমেশ্বরনি।
গোবিন্দ কায়ণ অপূম্বই কারণ অনাদি আদিনি॥

উৎলি বালকৃষ্ণ ঐশ্বর্য্য থেংখাং থেংখাং। চুপ্নি মথরায় দানবী পূতনাগী। লৌই মথরায় শকটাসুরগী। লোইথোকই তরাই তৃণাবর্ত্তগী মপুনশি। তাদে'হুমু মাগী ঐশ্বর্য্যগী মঙাল মৈয়া যশোদাগী বাৎসল্যগী মিত্তা। মকথন মিট্টা চাঙৈ উৎলি মৈয়াদা—

পন্নাইবা নঙ্গী জগৎতা।
মানি ঐদি পন্নাহদবা॥

উচ্চে, তৌজৈ কদৌনি, নাচুংবিদে মৈয়াগী বাৎসল্য। লম্কেল্লি, কাঙলম চাদে পুনৈঙ পুনবা ঙমদনবা ঐশ্বর্য্য শান্নতনা য়েংঙি। মৈয়ানা ঙমদুনা অদুম মপুনবি শুম্বন্দা। তৎলি অদুম মহাক্কী পরাক্রম, মঁাঙি অদুম মহাক্কী প্রভুত্ব।

রাশকই ভগবান বাসুদেব মহাভারতকী লান্দা "খুৎলাই কৌবা পায়রোই ঐ"। শীঙি, রাশকই ভীম্ম পায়হনগনি অহন্নক। কায়, ঙাকপা ঙমদে ভগবান মশাগী রাশক। পায় অহন্নক। করিগী পায়রোই! ভীম্ম কাউবা লৈতনা থঙনা মহাক্তবু নীংবা ভক্তনি থোইথোইবা ভগবান মশামক্না হুংশিজৈ হায়না বাণী পীনবা।

তেষাং জ্ঞানী নিত্যযুক্ত একভক্তি র্বিশিষ্যতে।
প্রিয়ো হি জ্ঞানিনোঽত্যর্থমহং স চ মম প্রিয়ঃ॥

গীতা

মথোই লক্তা থোই জ্ঞানীনা চেৎনা কাউবা লৈত নীংবা।
হুংশি ঐবু চেৎনা জ্ঞানী হুংশি ঐসু মাবু'তুম্মা॥

ঙাক্নি মীনষম্ ভগবান লানফম'সিমক্তা ভক্ত মচীম্ননা ও মঙাগী মঙ্গলগীদমক—
অশ্বত্থামা হতঃ।

চঙি নারায়ণ প্রহ্লাদগীদমক মুখী মঙুং, লৌই অকিবা শক্তম, তৌই অকিবা লালাউ। মুখী মঙুং থুম্নগী অরাবা থাঙবদ নক্তনা অকিবা থোল্লাউদুনা ব্রাহ্মণীগী

গর্ভ কাযবগী শাপস্থ অদুম চায। অসিঙাক্কি ভগবানগী দশাদি। স্থুলান্তর-প্রত্যান্তব-গোচর লোইনবা ভক্তনা পুবনি। দশা তাবদ থংবনি ভগবান ভক্তগী মহাকাং মশুংনা'।

কিরে প্রভু ভক্তগী রাশক্তা, নোপথবে মশা মশাগী রাশক্তা, চঙবা হোরে প্রতাপরুদ্রদা। থারে বহির্ব্বাস থোজাল শক্লা। কোরে নোংমা নিংথৌগী মচানিপা, কোনবিবে মাবু।

আত্মা বৈ জাযতে পুত্রঃ

মপাগা মচাগা অমত্তনি হাযবা শ্রুতিগী মতুং ইন মপা নিংথৌ শক্লা।

রথযাত্রাগী চুমিংনি। শিংলি শেংলি নিংথৌ মথুক্তা শুমজিৎ পান্দুনা জগন্নাথ লেঙথোক্লবা লম্বী লমশা', চাইবি অমুক উংফুল ফানবা মথুংনা পুল পাযদুনা চন্দংগী ঈশ। অদুক মযাওবা নক্তে লৈবাক মীগাম যানবা। ভক্তদ ভক্তিনা ভগবদ্ সেবাদা মথৱায মহকচা' লুপ্পা হেক্ত হোংনবনি। অচল ব্রহ্ম জগন্নাথগী সেবা উবদা পেনবিখি চলব্রহ্ম চৈতন্যদেব। ফংজখি ভক্ত প্রভুগী দর্শন সম্প্রদায তবেংমক্তা লেঙদনা যাওবা, অন্তরঙ্গ ভক্তশিংদনা উবা।

লোইবা নত্রি সিদনা। পীনখবে ওহাক্কী মঙুংদা ভক্তদা সেবা। তুরৈব প্রভু প্রেমাবেশতা ভক্তগী মমাঙমক্তা। কাউখ মশা প্রভুগী প্রেমদা ভক্ত, বিশ্বম্ভরধর নিতাইনা প্রেমাবেশতা ভাওরিবগী বোনথংখি প্রভুবু—মিংলুদদি প্রেমগী ধারা। জ্ঞান লাকপঙ শাউশিন্ন প্রভু শোকপগী। অদুবু খদ্মি বাসুদেব সার্ব্বভৌমন-চিংবা অন্তরঙ্গ ভক্তশিং পীনগদৌবে চরণ ভক্তবাজসিদা।

নিংথৌ সার্ব্বভৌমগী চানগাই মতু ইন হোংলে ফিশেং। গুণ্ডিচামন্দিরগী বিশ্রামগৃহগী মচীদা প্রভুনা ওহাওং নয়ন শাওনা পোথারিঙৈ পাদসংবাহন তৌখি। চরণ থোগল তৌনা তৌনা শকখি গোপীগীত—

জয়তি তেঽধিকং জন্মনা ব্রজঃ শ্রযত ইন্দিরা শশ্বদত্রহি।
দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষু তাবকাস্তয়ি ধৃতাসব স্ত্বাং বিচিন্বতে॥
শরদুদাশয়ে সাধুজাত সৎসরসিজোদর শ্রীমুষা দৃশা।
সুরত নাথ তেঽশুল্কদাসিকা বরদনিঘ্নতো নেহ কিং বধঃ॥

বিষজলাপ্যয়াদ্ব্যাল রাক্ষসাদ্বর্ষমারুতাদ্বৈদ্যুতানলাৎ।
বৃষময়াত্মজাদ্বিশ্বতো ভয়াদৃষভ তে বয়ং রক্ষিতা মুহুঃ॥
ন খলু গোপিকা নন্দনো ভবানখিল-দেহিনামন্তরাত্মদৃক।
বিখনসার্থিতো বিশ্বগুপ্তয়ে সখ উদেয়িবান সাত্বতাং কুলে॥
বিরচিতাভয়ং বৃষ্ণিধূর্য্য তে চরণমীয়ুষাং সংসৃতে র্ভয়াৎ।
কর সরোরুহং কান্ত কামদং শিরসি ধেহি নঃ শ্রীকরগ্রহং॥
ব্রজজনার্তিহন বীর যোষিতাং নিজ-জন-স্ময়-ধ্বংসন-স্মিত।
ভজ সখে ভবৎকিঙ্করীঃ স্ম নো জলরুহাননং চারু দর্শয়॥
প্রণতদেহিনাং পাপকর্ষণং তৃণচরানুগং শ্রীনিকেতনং।
ফণিফণার্পিতং তে পদাম্বুজং কৃণু কুচেষু ন কৃন্ধি হৃচ্ছয়ং॥
মধুরয়া গিরা বল্গুবাক্যয়া বুধমনোজ্ঞয়া পুষ্করেক্ষণ।
বিধি করীরিমা বীর মুহ্যতীরধরসীধুনাপ্যায়য়স্ব নঃ॥

ভাগবত

পেমক্রমন নংনা দয়িত কাজরি ব্রজ চৈ, হেল্লি লক্ষ্মীনা লৈতা।
খিরে কোয়না গুক্লে পীনরো দর্শন নহাকথং হিংজরবা 'খোয় সিদ॥
শনং-লাইজদা লৈশাৎ তম্বা থম্বালগী লৈয়োল ওমজবা মিৎমানিদে:।
লেন্না লাইনীং-চনবী 'খোই থরার লৌখিবদো 'তুনা হাৎপা শীং চন্নিদো॥
কনবিরকই নংনা ঐখোয় থাই অথোবা—মৈ ঈশিং হুগী বাবদইনি।
নোং মুংশিৎ অকনবা বৃষ অঘা ব্যোমাসুর অতৈ কয়াদইস্তনি॥
নত্তে নংদি যশোদাই মচাদ থওবনি জগৎকী থম্মোই খুদিংমক।
ব্রহ্মানা নিজমল হেন্‌বনি সাত্বত-কুল জগৎকল্যাণগী দমক॥
কিক্ক সংসার-মৈশা চঙজরবা নথোঙ-থা কোকপি নংনা বৃষ্ণিচো
ঈংজরগে 'খোয় নানবিররো কোক মঙ্গলগী খুবাং-থম্বান্না মাঙদা হেল॥
ব্রজবু কনবিহৈবা নোকপদনা নাপল থেক নরী নতা গুল্লিবা।
হেল্লরো মাঙদা ননাই ওইবী 'খোয়গী পীনরো মায়থোং থম্বাল উজবা॥
চংজবশিং চানবিহৈবা ষঙ্কেন-ষনঙাক পুন্নিবা লক্ষ্মীগী মবুঙো।
ঈংজরগে পীনরো থাদা ফিনগী মতোক-নেৎলুবা নথোউ থম্বান্দো।

থাজরু নদী জানীফাও ভুম্নবা চুংশিবা বাঙাওদা হে অথোবা।
নাইনীং-চন্নবী 'খোয়বু কন্নু চুংশিনা চীনোক হে মিংঙাথঙাল-মানবা॥

প্রভুনা নয়ন্দি পাঙবা তৌদ "থীয়ু থীয়ু চুংশিরে কনানো" চীঙ্গোয়রকখি। লৌথরকই ভক্ত শ্লোক মথং মথং, য়োয়কখি—

তব কথামৃতং তপ্তজীবনং কবিভি রীড়িতং কল্মষপহম্।
শ্রবণমঙ্গলং শ্রীমদাততং ভুবি গৃণন্তি যে ভূরিদা জনাঃ ॥

শকই সুকৃতীশিংদনা নদী কথামৃত জগৎ শীন্না ফাওরিবা।
তাবদা মঙ্গলগী মশক মৈশা-মৈচাক-কোকপা কবিশিংনা শৈ পানবা ॥

মতাংসি হেক য়োয়কপদা প্রভু প্রেমাবেশদা কোনখি নিংথোবু "ভূরিদা ভূরিদা"। কায়খি অম্নম প্রভু মশাগী বাশক ঙাকখি ভক্তগী। তাকখি নৌহৌনা ভক্তগীনি ভগবান।

তরামাথোই

# গৌড় ভ্রমণ তৌবা

আসন বর্ণাস্ত্রয়ো হ্যস্য গৃহ্নতোঽনুযুগং তনুঃ।
শুক্লোরক্ত স্তথা পীত ইদানীং কৃষ্ণতাং গতঃ॥

ভাগবত

যুগ যুগ খুদিং তম্মি মশক মহাক্সিদি—চৎলি মচু অহুমথক।
অতৌবা অভাঙবা নাপুনি—পোক্লরে হন্দক্সিমদি মুনা মশক॥

দাক্ষিণাত্যদগী হেক হল্লকপদগী বৃন্দাবন-দর্শনগী আশা অহুম তৌরবনি প্রভু। মতংদনা নিংথৌনা মপান্দনা সার্ব্বভৌম, রামানন্দ, কাশীমিশ্রন্দ চংবা ভক্তশিংনা নীলাচলদা লেঙদনা লৈহন্নীংবদগী য়েথোক য়েথোক থন্নকপনি। গৌড়গী ভক্তশিংনস্ম রথযাত্রাগী মতমদা লাকপা অহানবা খোঙভম অনীদদি নীলাচলদা চাতুর্মাস্যগী থাবুম মরিমক চুপ্পা চুপ্পা লৈথবনা নীলাচলগী মখোয় ভক্তশিংগী মতেং পাংবদৌনা থোকখি। অমরোমদনা, ভক্তশিংনা পুল্লম্বিঙৈ কীর্ত্তন প্রচার তৌনীঁঙি—তৌই রথযাত্রাদগী হৌনা থাবুম মরি মরিদু চুপ্পা হেক হেক। পংম্ব—পম্ববনি 'হুনা প্রভু। থেংথিবনি কীর্ত্তনগী নীংথিবা, পোকখিবনি প্রভুগী উদ্দণ্ড-নাচ পুন্সভুম'সিদা। শকখি অহুনোং প্রভুগী মতমকী ভক্তকবি অনীনা—

মুরারি—(কড়চা) কীর্ত্তনং কারয়মাস স্বয়ং চক্রে মুদান্বিতঃ।
লিংথৎখি কীর্ত্তন য়াখি শরুক মশামক লুপখি প্রেমদা।

কবিকর্ণপুর—( চৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক )

রাজা—ঈদৃশং কীর্ত্তনকৌশলং ক্বাপি ন দৃষ্টম্।
সার্ব্বভৌম—ইয়মিয়ং ভগবচ্চৈতন্যস্য সৃষ্টি।

রাজা—কীর্ত্তনগী মওংসে উথিদ্রি কৈদম্ম 'মুক্ত।
সার্ব্বভৌম—মানি'সিদি ভগবান চৈতন্যদেবৈ সৃষ্টি।

অহুমম্মবা খোঙভমদদি ভক্ত অয়াম্বগী গৃহিণীশিং, চল, অচল ব্রহ্ম অনীগী দর্শনগী য়াওরকখি। অহুনোং পম্বখিদে মখোয় হান্নগী মতম, রথযাত্রা হেক লোইবগা হন্নপ্রে অহুমময়ুম ময়ুম। প্রভুগীনা কীর্ত্তন-প্রচার রথ অহন্নম্বিদা

মপুং নীংথিজনা ফারে। রায় রামানন্দ, স্বরূপ দামোদর--পার্ষদ অনীদগী প্রেমোন্মাদগী মতমদা থঙনহোৗরসন্থ জগৎনা মতা তাকপিরে কীর্তনগী মাহাত্ম্য—

চেতো দর্পণমার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নি নির্ব্বাপনং
শ্রেয়ঃ কৈরব-চন্দ্রিকা বিতরণং বিদ্যাবধূজীবনং।
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং।
সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসংকীর্ত্তনং॥

শিক্ষাষ্টক

থম্মোইগী শেল মযেক শেংবা তাইবংগী লমজাউ লম্মৈ-মৈচাক মুৎপা।
য়াইফ-থাগ্নিক মঙাল তাবা বিদ্যা-তালোয়নবগী থবায় ওইবা॥
হুঙাইবা-ঈপাক ঈকাবা থোঙথাং হুদিং অমৃত চীনরায়নবা!
পুরীং-হকচাং শাল্দেংজবা শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তনা ওইরিদো জয়॥

ভক্তশিংনা ওস্তা হনথিবগা কীর্ত্তনগা মরা তাশুম তৌরবগা কোক্লে প্রভুগী অপনবা অচৌব মা, কোমস্ন কোন্নে উনগোই। লেপ্লে হৌজিক্তি প্রভু, "তৌরগে বৃন্দাবন-যাত্রা"। ভক্তশিংনস্ন য়ৈথোকপদ থংতুনা লৈরবনি। অমুক য়ৈথোকপা য়ৈথব ঙম্নদ্রে।

বিজয়াদশমী হুমিৎনি, তৌরে যাত্রা প্রভু। গৌড় ফাওদুনা চৎকদবনি। পল্লে হুমিক্তু অহিং ভবানীপুরদা। য়োৗরক্লে রায় রামনন্দস্ন ভুংথ-মাংথ অত্নম। নোংঙাল্লে। অমুক্তো ভুবনেশ্বর য়োৗরে অত্নম। সাক্ষীগোপাল দর্শন তৌবে। স্বপেশ্বর মিশ্রনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌই, ভক্তশিংবুনা রায় রামানন্দনা তৌরে। ভিক্ষা লৌরবা তুং কোন্নংগী মপালগী লৈকোন্দা পোথারে। রায় রামানন্দনা পাউ পীরুবদগী নিংথৌ প্রতাপরুদ্র মথোঙঙাক চেম্বোরক্লে চরণদা তুররে। ভক্তগী দৈন্যদা পেনবিখি প্রভু, কোনবিখি ভক্তবু চেজেৎ মথাদা। শ্রীনয়নদগী শিম্বরকপা প্রেমগী ধারানা ঈফুবগুম থোকখি ভক্তদা।

ভক্ত নিংথৌ রাজ্যগী থুনগং থুদিংদা প্রভুগী সেবাগী পাউ থারে, "শঙ তরেৎ নীপাল সাগনি, ভিক্ষাগী পোৎলম মরাংকায়না থমগনি, তুরেন লান্নবা হি লাঙ্গনি মী অনী অনীনা অহিং শঙ্গলি। স্নান মফম মফম নুং য়ুংগনি— মহাতীর্থনি, অশিবা পুন্নমক তীর্থদুদা পুণ্যগী স্নান তৌগনি"। হরিচন্দনগা

মঙ্গরাজগা রাজপাত্র অনীকুম্ থবক মরুম লোইনা য়েংশিন্নবা থারে। রামানন্দবুনা প্রভুগী থোগলগী থারে।

সন্ধ্যাদা চিত্রোৎপলা স্নান তৌরে। অহিংদা থাবলগা লোয়ননা হিদা চৎলে, য়ৌরে অমুক্তা চতুর্দ্বার। প্রাতকৃত্য হেক লোইবমক্তা নিংথৌগী য়াথংনা পরিছানা থারকপা মহাপ্রসাদ অতুম থুংলরে। সার্ব্বভৌমগা গদাধরগা অনীবু বিদায় তৌরে, কারে তন্না হিদা অমুক প্রভু। রাজপুরদা লোয়নরকপা রাজপাত্র অনীবু তৌরে অমুক বিদায়। রেমুণাদা ক্ষীরচোরা গোপীনাথ খুরমে। মফমসিদা তৌরে রামনন্দবু বিদায়। সার্ব্বভৌম, গদাধর, রায় ভক্তশিংথো— মথোয়গী বিদায়গী মতাংশিংসিদি চৈতন্য নাটক্কী অরোইবা দৃশ্যগীক্কি।

য়ৌরে হৌজিক্তি ওড্রদেশগী ফিজীল, হৌরে যবনগী লমথৈ। মফম অসিদা যবনগী গুপ্তচর থর থেংনৈ। মথোয়না প্রভুগী রূপ গুণ কৃতিগী তারকপা কুইরক্লবনি। হৌজিক্তি মমিৎকা মনাকোংগা রাথৈনরে মাথা মাতুঘনি, অশেংবা লাইপোক্কি—মী নত্তে, থল্লবগুম তৌবরা, ভুথি প্রভুগী চরণদা। মথোয়গী মবাদগী ওইবা তাই, ওড্রগী রাজ অধিকারীনা মতেংগী শীনফাত্রিংউ নবাবকী মতেং অতুম লাক্লে। রক্ষী হিবোৎ তরাগা কোন্নরা হি অতুম লাক্লে। লমথৈগী অরোইবা শিছলদা ফাও থিল্লে।

পানিহাটী য়ৌবদগীদি রাঘবনচিংবা ভক্তশিং উনবা হৌরে প্রভু। কুমার হট্ট, কুলিয়া অসুম মথং মথং ভক্তশিং থেংনা থেংনা লাক্লে। খুনগং খুনগং খুদিং দর্শনগী লোইনা হেক্তে ফুদোক্লরকপনি, দর্শন হেক ফংবদা "হরি হরি" খোঞ্জেন্না থক থা থানা মায়গৈ তরা অতুম পুম্মিন্নি। য়ৌরকখি অসুম শান্তিপুর— অদ্বৈতাচার্য্যগী গৃহ। থায় শচীমাতাদা পাউ।

খুরম্মি প্রভু মাতৃচরণ। কাউই শচী মচা নত্রে, কোল্লি "ইমাগী নিমাই" চেজেৎ মথাদা। কপ্পি—কাপ্পি পিগী পিচকারি মিকুপ খুদিং। চোৎলি মশা চোৎলি প্রভু। থগুদে অঙ্গংবরা অশাবরা কাপ্পিবা পি! মচা লৈনা লৈত্রবী মমানি, অমুক উবগী আশা তৌদ্রবী থম্মোইনি, মচানা মুখাগ্নি তৌররোই কিবনা মিকুপ খুদিং তথুক্লরবী ব্রাহ্মণীগী থবায়নি। চহী চক্ষু তরাগা নীথোই হায়রবী কনা হন্না য়েংবদা উদ্রবী, তরক রানা হিংলবী হুজা পুনশিনি। কনানা থগুমুনি

মহাক্তী পিগী অচিক অশা! থাদোক্লখি মমা ভগবান শঙ্করাচার্য্য মশাগী চহী নীপান্দা; ব্রাশকথি মমাগী অরোইবা মতাং চানা লাকনি, তৌরনি লোইনা মমাগী অপাম্বা খিবিক। ফাওখি মচীন্দা নোংমা মমাগী খোল্লাং মনম। লাকখি অতিয়ামার্গদা মমা থেংনহৌনবা থম্লম খা অহমগী লম্বীদা মহাক্তী শিম্নশিং। পীখি মমাদা শিবগী দর্শন অহানবদা, মথংদনা ইষ্টদেবতা মহাবিষ্ণুগী, তৌখি মথুৎমক্লা মুখাগ্নি। কদায় শচীমাতাগীদে! প্রভুদনা থঁভি।

চৎলে রামকেলি। দর্শনগী মীনা ঈথক হোই। যবনগী রাজ্যনি—কোল্লুং লম্নি, যবনশিং ইথক থক্লে "করিনো, করি মতৌনো"। নবাব হুঁসেন শাহ মশামক পাউ তাবদা থুক্ল্ বরা থঙদে থর, লোই মঙ্গং চনবা থাজবা মীশক শিংদা পাউ। অদুবু, উরবস্থ উদ্রবস্থ প্রভুগী গুণ তাবদা মথম্মোইদা প্রেম ভক্তি থরগীমথৈ পোক্লবা ঙাক ওইনা তৌবনা প্রভুগী খোঙকমদা খোইনা অপনবা খোক্তনবা রাঙাঙ ঙাক্ত ঙাঙনখি। ফাখি অম্লম নবাবকী মবুক।

হন্দক চৈতন্যদেবনা খোঙদারকপদা প্রেমনংলবা গৌড়ভুমিদা প্রেমগী ঈহৌ অমা পোক লৈকোয় থুংনা ঈরায়খিবগী পরেংসে কবিরাজনা নীংখিজরবা শ্লোক অমনা শকই সূত্র ওইনা অতুম।

গৌড়ারামং গৌরমেঘঃ
সিঞ্চন্ স্বালোকনামৃতৈঃ
ভবাগ্নিদগ্ধ জনতা
বীরুধং সমজীবয়ৎ।

লৈগী কোল্লি গৌড়গী কোন।
খিক্লি খৌজাল্লোং গৌর-নোং॥
হিংলি নৌহৌ লৈপাল মতম।
তাইবং-মৈফংলুমবা লম॥

মফমসিদনি প্রভুনা উমখিবা অমরগা সন্তোষগা মচীম্নাও অনী—তুং-লমচৎকীনা সনাতনগা রূপকা খোইখোইবা গোস্বামী অনী। মখোয় যজুর্ব্বেদী ব্রাহ্মণনি। লাইরিক লাইত হৈবদ নত্তনা মরোশিং য়াম্না লৈবঙাক্লি। মখোয়

মশাগী মঙ্গণতনা নবাবকী মিৎযেং চিংথিবনি, লৈবাক্লিংথৌ-পান্দা অচৌবা ফম পায়দুনা সাকরমল্লিক, দবিরথাস হায়না ফাওবনি।

মখোয় বৈষ্ণবনি—কৃষ্ণ ভক্তনি। প্রভুগী গুণ তাবদা আ মমাঙদগী হৌনা প্রভুদা দৈন্য-পত্রী হেক হেক ইজরকপা মীওইনি। প্রভুনা মবুক থঙদুনা রাজ-কার্য্যদা লৈরবস্থ ঈশ্বরসাধনগী উপদেশ মমন্নাইদ্রবা শ্লোক অমনা তৌবিথিবা ভক্ত ওাক্লি।

পরব্যসনিনী নারী ব্যগ্রাপি গৃহকর্ম্মসু।
তদেবাস্বাদয়ন্ত্যন্তর্নবসঙ্গ রসায়নম্॥

মুংশিনব-লৈবী মপী নোম্না নোম্না ইমুং-থবক।
চুপ্লি মুংদা অনৌবা নুংশিবই বস'তুম কাউদে থক॥

যোগভ্রষ্ট ওাক্লি মচীন্নবাও অনীমক। ভগবদ্সিদ্ধিগী লাকপনি। চেন্নকথি মশক লোত্না অহিংদা, খুরম্লে প্রভুগী চরণ। ফংথি প্রভুগী কৃপা, ককথি থুনমক সংসারগী য়োংহিং-ফনাং জগৎনা ককঙমদবা।

হন্নমদাইগী রানি, য়েংঙি সাকরমল্লিক প্রভুগী শীংনাইদবা থৌগলশিং উতুপ তাওম তারিবা অহিংগী লমজাউ লম্পাক থুংনা পরেং পরেং, ঙকথি—সোনথি মদোম, "নত্রে 'সিদে বৃন্দাবন-খোঙফম"। হঙৎথি প্রভুদনা "থুরপ লেঙথোকপনা ফনি, যবনগী খুভম্নি—মকোম্নি"। "চুম্মিনা সাকরমল্লিকী রাসে" হায়বগুম্বা রাথলমা পোকথি প্রভুগী পুক্নীংদা। "বৃন্দাবন্দি ফোংনা •চৎপা য়ার-রোই, মী অমত্তং করিদং লোয়নদুনা লোম্না চৎনবা য়েংবা তারে, তোক্লগে হন্দক্তি" লেপথি প্রভু।

নোংঙালে। তুংওইনরে নাট্যশালা। তন্নে অমুক শান্তিপুর। তৌরে বিদায় লোইনা থৌগলশিং মথং মথং মখোই মখোই থুনগং ময়া মন্নাদা। পল্লে শান্তিপুরদা হুমিৎ শীংবুম থরনি। উন্নখি সিদমু ভক্ত অমা—তুংলমচৎকীনা রঘুনাথ দাস, ছয়গোসাঞিগী মীকোম্না।

গোবর্দ্ধনদাস কায়স্থ ফুংগাদা পোকপনি, হিরণ্যদাসগা পোক্মিন্নবনি। মখোয় সপ্তগ্রামগী মজুমদারনি, নবাবীগী সামন্তনি। সনারূপাঃ লন-থুমগী মথক্তা পানবনি।

রঘুনাথ দাস মজুমদাব গোবৰ্দ্ধনদাসগী তাঙনা পোকপা মচানি। য়াইফ-কোন্দা পোক্লুনা লন থুমগী মথক্তা চাউববস্থ মশাদা সংসারগী বিরাগ অমা পুথনা লাকপা মীওইনি। অদুদা অমুক্তা ব্রহ্মহরিদাস শমবদগী বিরাগস্থ হেনখি, প্রভুগী চরণস্থ খোরাংখি। প্রভুন শান্তিপুর খোঙদাবকপদা হরিদাসনা পুশিন্নুনা চবণ থুরমখি। অদুদগী হৌনা প্রভুগী দর্শন ঈংথো লাংখিবনা ময়ুমদগী নীলাচলগী হেক হেক চেল্লি। অদুবু, মপানা খুৎ কনবনিনা ইত্তত্তনা ফায়। মমৈদদি পাইক মরি, মনাই মরি বায়োন অনী—মীকোক তবানা শেন্নুনা থমখি।

প্রভুনা রামকেলিদগী শান্তিপুবদা অমুক পল্লবদা রঘুনাথ মপাদা হায়জনুনা প্রভুগী চরণ অমুক থুরম্লে। প্রভুগী য়াথংনা ময়ুমদা লৈতানা মতম থর লৈখি। চহী থরগী মতুংদা প্রভুগী নাক্তা চেল্লকখি। চহী নীপাল প্রভুগা কোন্নুনা লৈরবা ভুং বৃন্দাবন্দা চৎলি প্রভুগী যাথং মতুং ইন। ঙসি গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়না বৈষ্ণব সম্প্রদায় মপুং মরিদা অমা তন্না থোই মঙাস্তবা সম্প্রদায় হায়না লেপ্লিবসিদা যড গোস্বামীগী অন্যতম রঘুনাথ দাসজীগী অবদান শরুক চাউনা অদুম মযাওরবনি।

লোয়ে প্রভু শচীমাতাগী বিদায়, নিবে য়াথং বৃন্দাবন দর্শনগী, তোরে বিদায ভক্তশিং পূয়মক, হল্লে খোঙদোই নীলাচল তম।

ওড্রদেশ ভগবানগী লেঙদবা খুভম্নি। মহাপ্রলযগী একার্ণব সমুদ্রদা মহাবিষ্ণুনা অঙাং অপিথক ওইনা সনাখোংনাং মনাদা খোঙবী চুপ্পুনা শান্নবা পূণ্যভুমসিদনি। যুগশিংদা মহাবিষ্ণুগী সেবা মীনা চংখিল লাইনা অহিং কায়দনা চৎলকপা ক্ষেত্রনি—মহাতীর্থনি। ইন্দ্রদ্যুম্নগী তপস্যানা কলিগী প্রথম সন্ধ্যাদগী অচলব্রহ্ম জগন্নাথনা পাল্লকপনি। হৌজিক্তি চল-ব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগা অমুক থোমজিল্লে, লোইয়ে অদুদদি, ওইয়ে অদুম হান্না ওইরকপগী ওইরকপা বৈষ্ণব জগৎকী ময়োম্দ ময়োল। সংকীর্ত্তন্না জগন্নাথগী মন্দিরদা তৌই হুমিৎ খুদিং নামপ্রচার। থকই মীপুম খুদিং নামামৃত, নত্তে মীদ, থকপনি অদুম অচচ্চত্ত জীব পুম্বস্থ লোইনবা। অদুদা অমুক্তা, প্রভুনা গৌড়ভ্রমণদা হঙ্গৎ হন্দা লেঙলে, লোইয়ে থেংলে অদুম নামগী ঈহো। লমথৈ য়াংমবু লাল্লবনি, থংনবা যবন রাজ্যফাও ঈরায়রবনি থরগী মথৈদি। অময়োমদা অমুক গৌড়দস্থ অদুমঙায়।

হান্না থৱ থৱ মতাং মতাংদা অতুম হেক হেকপু কাওখ্রবনি। প্রভুগী ভ্রমণদা নিপা মুপী—অঙাং খঙদে অহল, লোইনা হেক্ত ঙাওবনি দর্শন্দা সোনবনি মীপুম খুদিং ঙকপদগী "হরি হরি", তৌজবনি মশা মশানা অতুম নামদীক্ষা।

অহমেব ক্বচিদ্ব্রহ্মন্ সন্ন্যাসাশ্রমমাশ্রিতঃ।
হরিভক্তিং গ্রাহয়ামি কলৌ পাপহতান্নরান্॥

উপপুরাণ

লৌনি ঐ সন্ন্যাসধর্ম্ম কলিগী মতাং অমদা।
য়েন্নি ব্রহ্মণ হরিভক্তি পাপ-চারবা মীওইশিংদা॥

তরানীথোই

# বৃন্দাবন দর্শন চৎপা

( অহানবা শরুক )

রাধা কৃষ্ণ প্রণয়বিকৃতি হ্লাদিনীশক্তিরস্মা-
দেকাত্মানাবপি ভুবি দেহভেদং গতৌ তৌ
চৈতন্যাখ্যং প্রকটমধুনা তদ্বয়ঞ্চৈক্যমাপ্তং
রাধা ভাবদ্যুতি সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণস্বরূপম ॥
স্বরূপ গোস্বামী ( করচা )

কৃষ্ণ প্রেম মশক্নি রাধা, মানি মাদি হ্লাদিনী শক্তি।
মশা 'মত্তনা লৈদা প্রেম লীলাগী থোকখিবনি অনী ॥
পুন্নরে 'মুক অনীদো চৈতন্য কোনা হৌজিক্নিদদি।
রাধাভাবকান্তিনা নীংথিরব' হে কৃষ্ণ নোঙ্গরি ॥

হল্লক্লে প্রভু গৌড়দগী। হল্লকপগা তন্না বৃন্দাবন থোঙলেঙনীংবনি। য়াদ্রে, ভক্তশিংনা থাদ্রে। পম্বরে থাবুম থর—নোং লোইবা ফাওনি। নোং হেক লোইবগা নোংমা অহিংগী মতম লৈরিঙৈ লোন্না থোঙশাদ্রে। স্বরূপ, রামানন্দনচিংবা মশুংগী ভক্তশিংনা শীন্নুনা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগা মহাকী সেবক অমগা মীকোক অনীদংদি থৌগল ইল্লে।

ঝারিখণ্ড ফাওই। চীং মান, তু খোং, উমং রামং, অশুকপা বন ঙাক্তগী লম্নি। থেংনৈ শা, কৈ, লমওক, লমষণ, শামু নোংশা কয়া কয়া। প্রভু উবদা তেগুম তৌই হেক্ত মবুক—লমজায় তন্না লম্বী। ওক্লে মীহিংচা পরেং পরেং শাখি-শাখিবা ঙাক। পেৎকুম তৌই হেক্ত মবুক মথোয়সু। তম্নি অতুম লুংশিনা হৈ লৈ থুদোল। অমরোমদনা, প্রভুনা ভাবাবেশদা ইঙাউ ঙাওই। চীং উরে, গোবর্দ্ধন্নি; তুরেল উরে, যমুনানি, বনগী নীংথিজবা শরুক অমা থেংনরে, বৃন্দাবন্নি হেক্ত পুই ভাব প্রভু, সাই জগোই প্রেমাবেশদা, শকই—সোল্লি।

বৃন্দাবন বিলাসিনী
শ্যামকণ্ঠের হেমমণি
জয় রাধে !

জগোইগী ঈপোমদা, ইশৈগী ঈথক্তা থাওই তন্না হেক্ত শয়ন্না ঋতুনিংথৌ বসন্ত। অকোয়বগী হৈপাল লৈপাল অপূম্বা তশ্মি তন্না হেক লৈশাৎ লোইনব। থকচৈ ভট্টাচার্য্য মমিৎ থুম্না প্রভুগী অঙকপা লীলা, চুপ্চ পেনবা লৈত লীলাগী রস। থোই থোগল সেবক ভুডাইবা মণ্ডলান্দা মণ্ডলোন মথং মথং মণ্ড।

য়েংবে প্রভু কাশী। ভুমিৎ য়ুংলমদাইনি, তৌরে স্নান মণিকর্ণিকাঘাটতা। স্নান্দা থেংনরে অরিবা ভক্ত অমা। তপন মিশ্রনি। প্রভুনা বঙ্গদগী কাশীদা মযুম ছপ্ লৈরু থাখিবতুনি। মহাক্না চিংতনা বিশ্বনাথ, বিন্দুমাধব দর্শন তৌরে। ভিক্ষাস্থ মাংদা লোরে। চেক্লক্লে চন্দ্রশেখর বৈদ্যস্থ। তপনমিশ্রগুম্বনি, খুবন্নরে প্রভুগী চরণ। ভক্ত অনীগী মনীং থুংনবা পল্লে ভুমিং তরানিমুক কাশীদা অতুম।

কাশী জ্ঞানগী লম্নি মুক্তি ভক্তি পক্তে মশাদা ভক্তিগী মবীম্না। চন্দে প্রভুবু সন্ন্যাসী শীংদা অশেংবা, কৌই ভাবনা পুবা মাযাহৈবা মী।

সন্ন্যাসী নাম মাত্র মহা ইন্দ্রজালী
কাশীপুরে না বিকাবে তাঁর ভাবক লি।

মিংদ সন্ন্যাসীনি মাবা থীনা হৈবা মীনি।
শিংলোই কাশীপুরসিদা মাই ভাবনা সাবা হী॥

লাক্তেৎ'তুনা থোইনা মী। অমক্তংদদি, মাহাঠী ব্রাহ্মনি প্রভুদা মথব য জুপ্পি। হংলৈ মানা নোংমা প্রভুদা।

ব্রাহ্মণ—কুলপতি প্রকাশানন্দসি সরস্বতীনি। চুম্নগীদবু নাক্ত সরস্বতী মশামক মাগী লৈযেংদা ফম্মি হায়নবনি। অতুবু, প্রভুগী নাং হায়বদা অহানবা অক্ষর কৃষ্ণ হায়বসি হাযবা ঙমদে, অন কৃষ্ণ চৈতন্যদ মহায়। অতম্নক্লি মহাক্লা হায়গে হোৎনবা, ঙমদনা অতুম তোক্লবনি, অঙকপনি—

প্রভু—উম্ ঙক্লূমু। মথোয় বৈদান্তিক্তি মায়াবাদীনি—ব্রহ্ম, আত্মা, চৈতন্য হায়বসিদ মশূবনি, কৃষ্ণবিরোধীনি। অতুনা মরৈনা থৎপা থোক্তবনি "কৃষ্ণনাম"।

মী ঐথোয়গীদি মিংগা শক্তা মান্নদে।
হক্তা মিগা অনীমু অতুনি অতুম॥
কৃষ্ণগীদি নামগা স্বরূপকা থেন্নদে।
বিগ্রহমু চৎলি 'মত্ত ওইনা অতুম॥

কৃষ্ণদি ভগবান্নক্লি।
সচ্চিদানন্দ স্বরূপ্লি॥
নাম রূপ বিগ্রহমু'তুনি।
মাই কৃপাদনা থঙবনি॥

কৃষ্ণই লীলারসদি পূর্ণানন্দনি।
ব্রহ্মানন্দ কৌবতুদগী হেনবনি॥
চিংঙি'তুনা ব্রহ্মজ্ঞানীশিংগী থম্মোই।
হুবনি'তুনা আত্মারামশিংগী উনগোই॥

সোল্ল, নাম, খুরম্মু বিগ্রহ, নীংসংউ স্বরূপ, তৌ মাগী গুণ অমসুং লীলা কীর্ত্তন—ফংনি রূপা, কৃপাগী মশক্লি ভগবান।

লৌরে বিদায় ভক্তশিংগী, তম্লে হৌজিক্তি মথুরা। পল্লি প্রয়াগতা মুমিৎ হুম্নি। ত্রিবেণী স্নান, মাধব-দর্শনগীনি। প্রয়াগতগীদি মফম অমমদা থোইনা পল্লূবা তৌদনা তকশিল্লে অতুম মথুরা য়ৌনবা। য়ৌরে মুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা! বিশ্রামঘাটতা স্নান তৌরগা কেশব দর্শন তৌই। প্রভুগী রূপ, গুণ, প্রেমাবেশ উবদা ঙক্লথি মীপুম খুদিং। থোওইনা কৌশিল্লূবগুম হাজিন্নরকথি নিপা, মুপী চাম্মা চাম্মা; থোকথি মচীন হৌনবদৌনা, "লাক্লেদনা কিষণজী লানবিরগে জন্মভুম মথুরা"।

থেংনৈ মন্দিরসিদা সনোড়িয়া ব্রাহ্মণ অমা। তুংইন প্রভুগী জগোই সাই মাসু জগোই; তুংইন প্রভুগী হুঁকার তৌই মাসু হুঁকার—শিম্বৈ তৎপা লৈত

মমিত্তা পি। হৌনবদা থওলে মহাক বৈষ্ণবনি, মাধবেন্দ্রপুরীগী সেবক্নি। ঈশ্বর-পুরীগী গুরুভাইনি থওবদগীদি প্রভুনা মহাকপু গুরুগী থাক্তা থম্না চৎলি। মহাক্নদি প্রভুগী অঙ্গ ষ্নুনা ফজবা মফজ অড্রকপা প্রেম উবদা লাইপোকনি থম্নবনা কিনা চৎলি।

সনোড়িয়া পণ্ডিত তান্নবা ব্রাহ্মণ শাগেনি। সন্ন্যাসীশিংনা মখোয়গী ভিক্ষা লৌনদে। প্রভুগী ভিক্ষা কৎনীংলে কৎনীংনা য়াদবনা মথন্নায় থীনা হুপ্তাইখিদে। উখি প্রভু। "মাধবেন্দ্র পুরীনা ভিক্ষা লৌবিপ্রবা নহাক্নি ব্রাহ্মণ, মহাপুণ্যবাননি নং পীনৌ ঐপ্তোন্দম্ব ওসি ভিক্ষা" তাকপিখি, লৌবিখি ভক্তগী ভিক্ষা। "দর্শন হেক ফংডে তাকখি আত্মানা ঈশ্বরনি নং, থওলে হৌজিক্তি তশেংবনি, চঙনি করম নপ্তোন্দা লৌকিক আচার" তৌখি নিবেদন, কৎখি মথন্নায় মহকচাং প্রভুগী চন্নণদা ভক্ত ব্রাহ্মণ।

কোয়রে প্রভু ব্রাহ্মণনা থোগল তৌদুনা ব্রজ চৌরাশ কোশ। ঘাট কুনগামরি স্নান তৌই, বন তন্নাগানীথোই কোয়, খুভম অশেংবা পুষ্পা য়োই, মন্দির লোইনা দর্শন তৌই। শ্রীকুণ্ড অনীমক মুৎলপ্লে। মতম্না কুইমনপ্রবনা মফমদ নত্তুনা মমিংফাও লোইনা কাউনরপ্লে। প্রভুনা লৌফম অনীদগী ঈশিং থর থরনা স্নান তৌদুনা মাওপ্রবা কুণ্ড অনীগী মফম তাকখি।

প্রভুগী বৃন্দাবনদর্শন কুম্মৈগী কুম্মৈ ওাক্নি। মথুরাগী দর্শন হেক ফংবদগী প্রেমাবেশকী থাক য়োনা অদুম কারবনি। অমকপা লৈতনা ফজবা অন্নাৎপা লৈতনা নীংথিবা প্রভুগী শক্তমনি। প্রেমাবেশতা ভাববিকারগা লোয়ননা সোনবনি তৎপা লৈত—

বৃন্দাবন বিলাসিনী
শ্যামকণ্ঠের হেমমণি
জয় রাধে!

চৎলু চৎলুবা মায়গৈ, তাক্ত-তাকবা মফমদা দর্শনগী মরাও হেক্ত হাবনি। নিপা, হুপী অপ্তাং, অহল লোইনা হেক্ত হাদোক্লে—চৌৎলু-চায়ক্ত চন্নদে। প্রভুগী দর্শন হেক ফংবদা, অমনা হেক্ত, মথম্মোইনা তাকপন্না থওদে, লাউই

"জৈ রাধারাণীগী জৈ"। চৎলি—চথৈ, চীঙ্খাং যৈনা মথং মথং "জৈ নন্দলালা কী জৈ," "জৈ নন্দ বাপুকী জৈ," "জৈ জশোদা মৈয়াকী জৈ" ……। লোইবা লৈতে—পৃথিলনি লোংথক নোংথা। অঙকপা প্রেম প্রচারনি, অঙকপা নাম প্রচাবনি, মশা মশা নামদীক্ষা পীজবনি অদুম।

অসিসু অসিনি, লৈথি অমা থোইনা ওকপা, থোইনা হুডাইবা কুম্বে। বন-পরিক্রমা, গোবর্দ্ধন-পরিক্রমাগীনি। প্রভুগী হুঁকার তাবদা যণবী যগ্নাউ লোইনা চেথিল্লকই, প্রভুবু পুমকোয কোয়না য়েংডি। হকথেংনবদি মবৈনা শৎ শৎ লেকই। প্রভুনা প্রেমাবেশগা লোয়ননা নাম সোন্না সোন্না চৎলি—মথোয় লোইনা ইল্লি। রথবালশিংনা যান্না রানা বানা থৎলি। থার্সা, শবেংস অদুমডায়। চেম্বোরকই, অবিবা লৈতে, প্রভুগী নাক-যেং, মাঙ তুং ইকোয কোযনা পৈরে, প্রভুগী খোঙদোহ মতুং ইন বানা বাংনা চো মশা থুপ্না লৈনা হুংশিক্না খাঙ মিৎকী কুম্বে হুডাইবা উত্তুনা অদুম ইল্লি। রাহোংনা উবদা জগোই সাই, চোঙা তেনবানা হুংশিনা থোংডি। লৈনা লৈবোল শাৎলি, হৈনা হৈরোল পা ল্ল। ব্রজভূম কৃষ্ণগী ভাবতা লুপথি, মডদা লৈথি। কালিদহদা কৈবর্তনা অহিং মৈরা থাম্লুনা ঙা থোনবকাও কৃষ্ণগী দর্শন ওইনা থোকখি। প্রভুগী থোগল বলভদ্র ভটাচার্য্যনা পঙথরবদগী রারক নম্বোনখি। অঙকপা প্রভুগী লীলানি। প্রভুন ডাওই বৃন্দাবন্দা বৃন্দাবন্না প্রভুদা।

দর্শনগী ঈবাংনা নাম সোনবা যাদে প্রভু, সোল্লি অদুনোং অচিক অচিকপা মফম থি-থিদুনা মধ্যাহ্ন মধ্যাহ্নবাও, পী দর্শন অহমম্মবা প্রহরদা হেক হেক। মতাং অসি কৃষ্ণদাসনা অযান্বা থোগল তৌই। ভক্তসি নৌনা লাকপনি, রাজ পুত্নি। মমডদা প্রভুগী দর্শন ফংবদগী লাকপনি, ময়ুম মকৈ থাদোক্তুনা প্রভুগী চরণ কোম্নুনা অদুম লৈরবনি।

নোংমা অক্রুরঘাটতনি, প্রভুনা নাম সোল্লি, কৃষ্ণদাসনা থোগল তৌরি। অপাইবা রাথমা নোংথাংগুম ফাওখি প্রভুগী থম্মোইদা "ঘাটসিদনি নোংমা অক্রুরনা ব্রজবাসীশিংনা বৈকুণ্ঠ উথিবা"। লুপথি প্রভু ভাবাবেশদা যমুনাগী গর্ভদা—ফাওগৎখিদে। কৃষ্ণদাসনা পাথত্তুনা কপ্পকপদা তারে। ভটাচার্য্য

নক্কা লৈরম্মদুনা চেন্নকখি তন্না, লৌথৎখি প্রভুবু। পতন অসিদগী পোকখি ভট্টাচার্য্যগী মবুক্তা অকিব'মা। লেপখি পুথোক্লগে প্রভুবু বৃন্দাবন্দগী থুনমক।

লাইনা তম্বগুম মকর স্নান য়াগ্না নক্লম্রে। স্নান্দা থোংদুনা প্রভুবু পুথোক্লে প্রয়াগতা ভট্টাচার্য্য। লম্বীফাও যমুনা খোঙবাল চৎপা কিদুনা গঙ্গা স্নানগী ওইনা সোরোক্ষেত্র চৎলগা গঙ্গাগী তুখুন ইন্না চৎলি।

সোরোক্ষেত্র-লম্বীদা পীর অমা—বিজলী থান কৌই, প্রভুগী কৃপাদগী মহাভাগবত অমা ওইখি।

প্রভুগী বৃন্দাবন ভ্রমণনা ব্রজমণ্ডলদা রাধাকৃষ্ণ উপাসনা নৌহোনখি। লোকনাথ, ভূগর্ভ, রূপ, সনাতন, গোপাল ভট্ট রঘুনাথ ভট্টনচিংবা থুম্মাবা গোস্বামীশিংগী লম্বী নীংথিনা সেম্মখি। লাকখি তুংইন নৌহোনা প্রেমভক্তিগী ঈহৌ, ঈব্রায়খি লৈকোয় থুংনা ব্রজভূম।

সোরোক্ষেত্রদগী গঙ্গাগী তোরৈ মতুংইন্না চুমিৎ কয়ানি লাক্লবা তুং য়োরে প্রয়াগ। প্রভুগী রূপ, গুণ, প্রেমাবেশ উবদা মী পুম্নমক স্নানক্রিয়া, তর্পণ লোইনা কাউনৈ। অরৈবনা লেঙদে, অরাকপদি অস্থম অস্থম থোমজিল্লকই—চীৎলু চায়ক্ল চন্নবক্তে। হান্না থঙবা মারাঠি ব্রাহ্মণ'মনা ব্রানা হোৎনদুনা স্নান অমস্তং দর্শন পর্শন লোইরবা তুং ময়ুমদা ভিক্ষাগী পুরে প্রভুবু অদুম।

সন্তোষ, তুংলমচৎকী রূপ গোস্বামী, মহাক্কী চরশিংদগী প্রভু বৃন্দাবনদর্শন লেঙথ্রে হায়বা পাউ অদুম তারে। তাবগা নবাবকী থবক থাদোক্লম লোম্না মনাও অনুপম পুদুনা অদুম চেল্লক্লে। প্রভুনা প্রয়াগতা থুংলবা হুমিৎ'সিমক্তা থুংলরে মথোয়স্ত অদুম। মারাঠি ব্রাহ্মণগীদা তোররে দর্শন। মথোয়গী দৈন্য উবদা লেঙথৎখি প্রভু প্রেমাবেশদা, কোনথৎ'পখি লৈদগী, কোনখি চেজেৎ মথাদা। ভট্টাচার্য্যনা কৌশিন্দুনা পীনখি ভিক্ষা, ফংজখি ভক্ত মচীম্মনাও প্রভুগী প্রসাদ-পাত্র।

প্রভুনা মচীম্মনাও অনীগা প্রেমাবেশদা কৃষ্ণগী গুণ কীর্ত্তন তৌদুনা হুঙাই-মিম্নরিঙৈ লাকখি কুলীন ব্রাহ্মণ অমা, বল্লভ ভট্ট কৌই। লাকপনি মহাক প্রভুদা নিমন্ত্রণ কৎপা, ঙকখি উবদা প্রভুগী কৃপা শকথংদবা অনীদুদা। তমখি

ব্রাহ্মণচদা অনীগী মপাউ। মথোয অনীনম্ থুরমথি মকোক লৈদা তা। ব্রাহ্মণনা মথোয অনী কোনথৎকে তৌবদা চীঙোইরকই প্রভু "শোক্র্ম্ ব্রাহ্মণ, নংদি কুলীন্নি, বৈদিক্নি, যাজ্ঞিক্নি, মথোয়দি নীচনি নীচকর্মানি—মাংগনি"। অদুবু নামগী মাহাত্ম্য থগলবা ব্রাহ্মণ কোনথৎপিথি অনীবু তন্না অদুম— মচীন্দদি শ্লোক,

অহোবত! স্বপচোঽতো গরীয়ান্
যজ্জিহ্বাগ্রে বর্ত্ততে নাম তুভ্যম্।
তেপুস্তপস্তে জুহুবুঃ স স্নুরার্য্যা।
ব্রহ্মানুচুর্নাম গৃণন্তি যে তে॥

ভাগবত

মচীন্দা নঙী নাম পল্লবা মীদো
মানি থগদে চণ্ডাল লাৎনগাই কৌদো।
নাম সোল্লবা নীচৎ-চুন্নবশিংদো
তপঃ হোম স্নান বেদজ্ঞান হাশ লৈরেদো॥

পেনথি প্রভু ব্রাহ্মণগী লীচত্তা, লৌথি মহাক্কী নিমন্ত্রণ হরাউ হরাউ, পুন্নীং মকা থোইনা লাম। শকথি ব্রাহ্মণবু থাগৎপা ওইনা ভক্তিগী গুন—

শুচিঃ সদ্ভক্তিদীপ্তাগ্নিদগ্ধদুর্জাতিকল্মষঃ।
স্বপাকোঽপি বুধৈঃ শ্লাঘ্যো ন বেদাঢ্যোঽপি নাস্তিকঃ॥

হরিভক্তি সুধোদয়

লৈবে জ্ঞানীশিংদা চণ্ডালফাও, কোক্লো পাপ ভক্তি-মৈদা।
লৈদে'দুবু নাস্তিক্তি বেদ চৎলে চৎনা মথোয়দা॥

ভগবদ্ভক্তিহীনস্য জাতিঃ শাস্ত্রং জপস্তপঃ।
অপ্রাণস্যেব দেহস্য মণ্ডনং লোকরঞ্জনম্॥

হরিভক্তি সুধোদয়

ভক্তি-লৈতবগী জাতি স্বাধ্যায় জপঃ তপঃ পূষা॥
অশিবই লৈতেংগুমনি মিৎকী কুশ্মদ মওইবা॥

আউলী গ্রামদনি তাঁগী য়ুম। লেঙলে প্রভু মনাইশিংগা লোইনা নিমন্ত্রণ মতুংইন। লৌরে ভিক্ষা। থুংবদগী লেপ্তে মী দর্শনগী লাকপা। পীনৈ প্রভুস্ম দর্শন। অরাকপা পুম্বা সোম্নি হেক্ত "হরি হরি", পীজৈ মশা মশানা নামদীক্ষা অহুম। মথোয়গী মরক্তা ব্রাহ্মণ অমা য়াওরকই, তিহ্‌ৎকীনি, রঘুপতি উপাধ্যায় কৌই। মশা বৈষ্ণব কবিনি। মহাক্কী কৃষ্ণলীলাগী পদ্যাবলীদা প্রভুগী পেনবা থেংথি, শ্রীমুখনা মহাক্কী শ্লোক'মা থীনা থীনা প্রেমাবেশদা সাথি জগোই—

শ্যামেব পরং রূপং পুরী মধুপুরী বরা।
বয়ঃ কৈশোরকং ধ্যেয়মাদ্য এব পরো রসঃ॥

রূপ্তা শ্যামি পুরীদনা মধুপুরীনি অথোইবা।
ভোগনি ধ্যান কিশোরগী আদিনা রস অথোইবা॥

উপাধ্যায়গী শ্লোক্তা হাপথি মথন্নায় প্রভু। অরাকপা পুম্নমক্তা থোকথি জাগ্রৎ মম্নগুম, সোম্নথি কৃষ্ণনাম। অঙকপা নামপ্রচারনি প্রভুগীদি।

পনথি প্রভু প্রয়াগতা চৎমিৎ তরানি। মকর স্নানগীগা রূপকো শিক্ষাগীগা অনী পাননি। তম্বিথি তরা'ন'সিদা চৌরা রূপ্তা ভাগবতকী সিদ্ধান্ত—কৃষ্ণতত্ত্ব, ভক্তিতত্ত্ব, রসতত্ত্ব লোইনবা। তাকপিথি রামানন্দগী সিদ্ধান্ত থিবিকস্ত লোইনবা অহুম।

থল্লি ব্রহ্মাণ্ড জীবনা. ঙমদে থাবা মশীং।
লক্কা মরিফুমরিনি জীবই চঙফম মশীং॥
থোক্লো চাম্মা শক্তে অমা থোক্লো শূক্কা চাম্মা।
কুপ্নবা জীব থল্লি 'ডুগা অজ্ঞানি অজ্ঞা॥

চৎমি জীব অনী থোক্লা অচৎপা চত্তবা।
অচৎপদা থায়'মুক লৈ-তিরা-ঈশিংদা ভাবা॥
জীবশিংগী লক্তা য়ামদে মীনা থ্বায়দই মশীং।
থায়'হুদা শ্লেচ্ছ যবন কয়াম, য়াম্দিবনি শীং॥

বেদ-চৎপশিংদা চৎলি থরদুনা বেদ।
তৌই প্রাপ তৌদে পুণ্য যেংলুদে থোইনা বেদ॥
ধর্মচৎপশিংদা য়াম্মি কর্মচৎপা মীনা।
কর্মচৎপা কোটিদা নাইদো মশক জ্ঞানীনা॥
জ্ঞানচৎপা কোটিদা য়াওই 'মত্ত জগন্মুক্ত।
জগন্মুক্ত কোটিলক্ত ত্যাঙবনি কৃষ্ণভক্ত॥
চৎলি নিকাম থঙ শান্তনি কৃষ্ণভক্তদি।
অশান্তনি ভুক্তি-মুক্তি-সিদ্ধি পাম্লশিংদি॥

ফংনৈ মীনা ভক্তি বীজ লাইবক ফনা পোক্কল।
গুরুকৃপা কৃষ্ণকৃপা-তুংইন ভক্না ফংখল॥
মালী মালী তাই ফংদা বীজ তৌই সুনা থোগাই।
শ্রবণ-কীর্ত্তন্না ঈশিংনি—পী তক্তনা ঈচাই॥
চোংঙি ময়োন চৎলি মরী ব্রহ্মাণ্ড বাংমদা।
লাল্লি বিরজা ব্রহ্মলোক, কায় মহাশূন্যদা॥
তম্মিল্লো অতুদগীদি গোলোক-বৃন্দাবন।
যেৎলুই ভক্তি কৃষ্ণই চরণ-কল্পবৃক্ষদা॥
লাক্নুই লৈকা ভক্তাব্রুদা ভক্নুই প্রেমগী হৈরাং।
য়োকচৈ মালী শ্রবণ-কীর্ত্তন লাইজ ঈখিক থাঙ॥
লংঙুরবা করিম্নং বৈষ্ণবতা লোইরে অতুম।
অপরাধ-শামুনা নৈহৎলে মাঙলে অতুম॥

য়েৎনি হুনা অপরাধ-শামুং চক্তনবা।
য়েংনি ভক্তি লতাগীহ মশা লোক্তনবা॥
লোঙথোক্লো মশা ভুক্তি-মুক্তিনা চিং মশাদ।
ঈম্বগোই মশা ফজনি মাঙলনি মরক্তা॥
সেম্মুহুনা ভক্তিলতা মথোঙ সোম মশা কক।
কাহল্লু মরী গোলোক বৃন্দাবন য়োনমক॥

ফংজনি মালী উরীগী লীরম ইন শ্রীচরণ।
চাজনি তৎপা লৈত কল্পবৃক্ষই প্রেমফল॥
অথোইবনি 'সিনা মীগী তান্নভায় পুৰদা।
কদোরনি চতুর্ব্বর্গ 'সিরু ফংলবদা॥

শুদ্ধভক্তিদগী হায়ে পুরুষার্থ প্রোকই প্রেম।
ভুক্তি-মুক্তি আশা লৈরবা ফংদে কদো প্রেম॥

সাধনভক্তিদগী প্রোকই রতি, রতিদগী প্রেম।
প্রেমগী শক্লোন মাল্লি পুষ্ট 'তুনা মিংথৈ য়াম্না প্রেম॥
স্নেহ মান প্রণয় রাগ হায়নস্ক চংলি 'তুম্মা প্রেম।
অনুরাগ ভাব মহাভাব হায়নস্ক থঙনৈ 'তুম প্রে .
স্থায়ী ভাবনিদোংগে মথোয় লৌইনা কৃষ্ণপ্রেমগী।
তিন্নো'সিদা পাংবৈ লৌইনমক অপাইবা ভাবকী॥
থরুব'ন থরুবা কৃষ্ণপ্রেমরসামৃত।
চারবনি পূর্ণানন্দ থোইথোইবা আনন্দ॥

থেম্নে মীগী রতি, চৎলি 'তুনা রতি মঙা।
চৎলি তুংইন ভক্তিস্ক রসস্ক মঙা মঙা॥
শান্ত দাস্য সখ্য বাৎসল্য মধুর কৌই।
ভক্তিরসদদি মথোয়সিনা থোইথোইবনি॥

শোন্লি মতু থীনা প্রেম অহং লৈবা মকমদা।
কাঁউি অহং শান্তদাস্যদদি কবিদুংদা॥
সখ্য-বাৎসল্য-মধুরদনা তাইদো মশা।
শুদ্ধপ্রেমকাদদি চঙদে অহং কদোদুংদা॥

শান্তইদি স্বরূপজ্ঞানদনি চৎলি মাদি নিষ্কাম।
কৃষ্ণদ নীংবনি'তুনা মাদি থমদে অপাম॥
তৌই দাস্য থরাগ হকচাং কৎনা কৃষ্ণই সেবা।
ঈশ্বর'ন পীনবিনি লেঙদবা হুভাইব'॥

সখ্যগীদি সখানি তৌই কৃষ্ণগী সেবা।
তৌহল্লি কৃষ্ণবুস্থ অহুম মশাগী সেবা ॥
বাৎসল্যনা পুই কৃষ্ণবু মহাক মশাগীনি।
শেল্লি ভাকই পীজে পীথকই ফুই চৈ থারকই ॥
কোল্লি থঙ্‌ দাস্যনা শান্ত সখ্যনা দাস্য।
বাৎসল্যনা অহুমক—থোইথোই'ভুনা বাৎসল্য ॥

মধুররসনা তৌই মশা কৎনা সেবা।
শক্লে'ভুনা সেবাদা থোইথোই মধুরসেবা ॥
পঞ্চতত্বনা পূনবগুম পৃথ্বীদা সুনমক।
পূল্লবনি মধুরদগী রস মঙামক ॥

কোনবিরে হৌজিক্তি ভক্তবু প্রভু, তৌবিরে মশাগী শক্তিসঞ্চার, পীনরে বিদায় বৃন্দাবনগী; হল্লে থোঙদোই মশানা বারাণসী তম।

ডব্লাহুমদোই

# বৃন্দাবন দর্শন চৎপা

( অনীশুবা শরুক )

হিরণ্যশ্মশ্রুঃ হিরণ্যকেশঃ আপ্রনখাৎ সর্ব্বা এব সুবর্ণঃ।

ছান্দ্যগ্যোপনিষদ্

কোই হায়রে ভাওবা শম হায়রে ভাওবা খুজিল খুযাদই হৌনা

লোইনা ভাওবা।

প্রভুনা বারাণসী হেক য়োবদা লাক্লে অতুম অমর সাকরমহিক্নু—তুংনমচৎকী সনাতন গোস্বামী। মনাও সন্তোষ দবিরখাসগা অনুপম ( বল্লভ ) গা অনী প্রভুগী বৃন্দাবন-খোঙ্নল লীপ্লে লাবদা মহাক্নু নবাবকী কারাগারদগী অতুম চেল্লকুবনি। প্রভু লেঙখোরক্তুনা বারাণসীসিদা পল্লি তাদুনা মাবকপনি অতুম খোঙ্নল।

খুরম্লে অমর প্রভুগী চরণ। মুভাইরে প্রভুসু কল্লনি খুং বৈষ্ণব সমাজ, তাহৌরনি মরা চেৎনা বৈষ্ণবধর্ম্ম জগত্তা মখোয মচাম্মনাওগী প্রেমভক্তিগী মশুং; তাকপিরে মভোন্দসু মনাওদা তাকপিখিবগুম তত্ত্বপুম্বা তুমিৎ শীংবুম কয় —

জীব কৃষ্ণই তটস্থশক্তিনি ভেদাভেদ।
মানি নিত্যদাস পোক্লবনি সেবাগীদ॥
কৃষ্ণই শক্তি অহুম্নি কৌই চিৎ জীব মায়া।
কাউরো জীব কৃষ্ণসেবা লাক্লে মাবু মায়া॥

বেদশাস্ত্র গুরু আত্মা পীনৈ জীবদা জ্ঞান।
ফংজে মখোই কৃপানা জীবনা কৃষ্ণগী জ্ঞান।
কৃষ্ণগী সম্বন্ধ প্রেম্নি চৎলি মিংনা ভক্তি।
ফংবনি কৃষ্ণ প্রেমভক্তিদনা—চৎনু ভক্তি॥
জ্ঞান কর্ম্ম যোগ ভক্তি মরিদা খোই কায় ভক্তি।
পী পূর্ণানন্দ মাদনা গুমদে অতৈনদি॥

থৈ শ্লোক—

ন সাধয়তি মাং যোগো ন সাংখ্যং ধর্ম উদ্ধব।
ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জিতা॥
ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ শ্রদ্ধয়াত্মা প্রিয়ঃ সতাম্।
ভক্তিঃ পুনাতি মন্নিষ্ঠা শ্বপাকানপি সম্ভবাৎ॥
ভাগবত

ভক্তিগী মতম যোগনা ঐবু উদ্ধব পুনবা ভুমদে।
সাংখ্য ধর্ম স্বাধ্যায় তপঃ ত্যাগনসু'দুমভায ঙমদে॥
মুংশি ঐবু সংশিং পুন্নি মখোই শ্রদ্ধাভক্তিদনা।
কোকচৈ চণ্ডালশিং মপোকী দোষ ঐগী প্রেমভক্তিনা॥

ভগবান্নি কৃষ্ণ ব্রজনিংথৌ মগারি।
নত্তে মাদি অবতার মানি অবতারী॥
সচ্চিদানন্দ স্বরূপ্নি কৌবনি গোবিন্দ।
মানি মহাক্নি শঙ্কু অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব॥
থঙদে মাইদি শক্তি মশীং চাউই মতীক কথাম্।
শান্নে কেত্রনি বৈকুণ্ঠ ব্রহ্মাণ্ডশিং ময়াম॥

শকই জান্না মাগী ইহ ব্রহ্ম চিৎ স্বরূপ্নি।
শকই যোগনসু পরমাত্মা চিৎস্বরূপ্নি।
শকই ভক্তিনদি কৃষ্ণ পূর্ণ ভগবান্নি।
মানি'দুনা অংশ অনীমক কৃষ্ণনা অংশী॥
কৃষ্ণগী স্বয়ং রূপ্না স্বয়ং প্রকাশ অনীনি।
গোপরূপ্নি অমদি হেল্লি ব্রজ—শান্নবি॥
মথল মথেল্লি কৃষ্ণগী অবতার।
পুরুষ 'হায় অহানবা অবতার॥
সাম্নি থাঙমদে মশীং কৃষ্ণগী শক্তি।
থোইথোইদো 'দুদা ইচ্ছা-জ্ঞান-ক্রিয়া শক্তি॥
পুই কৃষ্ণনা ইচ্ছাশক্তি থাই মরুনি।
বাসুদেবনা জ্ঞান—চিত্তগী মপুনি॥

সংকর্ষণনা ক্রিয়া—তোই মানা, সৃষ্টি
পুই কৃষ্ণ'স্না শক্তোল শক্তিগী শক্তি ॥

লৈমি গোলোক সংকর্ষণনা চিচ্ছক্তি তোং।
অতৈ অপুন অফোং থিবিক্লাং কায়া তোং ॥

মৈ লোইনা শক্তিশিং অসে পরব্যোমদা।
চত্রদে লোকে মায়া মথোই শুভম সিদা ॥
পোকই মথোয় থোঙাই নৈ-যুগ-যুগয়াঙ
চংক্রি অবতারমি মথোয় অপত্তা ॥

কুন্মি হায়না সংকর্ষণ পুরুষরূপ্তা।
য়াতাই কারণসমুদ্র বিরজাদা ॥
উয়ে'ত্না মাযা কায় হেদো প্রকৃতি।
মীনৈ থোইথোইবা মঙান্না জীবশক্তি ॥

চোংথোক্লে হৌজিক্তি ফোংনা মহত্তত্ব।
মহত্তত্বদগী থোক্লে অহংতত্ব ॥
তত্ত্বশিংনা সেয়ে, শীংনাইয়ে, ব্রহ্মাণ্ড।
পুরে মহাবিষ্ণুনা লোইনা ব্রহ্মাণ্ড ॥

মানি মাযা সৃষ্টিগী নিমিত্তকারণ।
প্রকৃতিনা মাতুগী উপাদান কারণ ॥
শক্তি মায়া পক্তে থক মহাবিষ্ণুদা।
মায়াদা লৈনা লৈ লৈ অতুম বাংমদা।

লোইবে'সিদা পুরুষাবতারগী। বা।
চথরমি অচৌদ, কাক অদৈগী বা।
মানি মৎস্যনচিংবা লীলাবতার।
ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ গুণাবতার ॥

যজ্ঞনচিংবা মখোয় তয়াগা মরি।
শুক্ল রক্ত কৃষ্ণ পীত মচু মরি॥
কৌই যুগ মন্বন্তর অবতার।
সনকহোয়না শক্ত্যাবেশ অবতার॥

মা'নি কৃষ্ণ অসিনোং শক্তিদ শক্তি।
মপুং মকায় অপূনবা আদিদ আদি॥

তাই চৈ থৈ শ্লোক্কা 'মুক—

ঈশ্বর পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।
অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্॥

ব্রহ্মসংহিতা

মানি কৃষ্ণ খোইদ খোইবা লাই সচ্চিদানন্দই মশক।
অনাদি আদি জগৎ-সৃষ্টা কারণ পুম্বই কারণমক॥

লোইথৈ মথং—

মা'নি সত্যযুগগী ধর্ম্মনা মনন।
হেক মথংগী যুগ ত্রেতাগীনা যজন।
দ্বাপুরযুগগীনা কৃষ্ণগী সেবন।
হৌজিক কলিসিগীনা নামসংকীর্ত্তন॥

তৌ তৎপা লৈত, কাউত, নাম-সংকীর্ত্তন।
মানি কৃষ্ণ-ভক্তিগী নীংথিবা সাধন॥

থেৎলি শ্লোক—

কলের্দোষনিধে রাজন্নস্তি হ্যেকো মহান্ গুণঃ।
কীর্ত্তনাদেব কৃষ্ণস্য মুক্তবন্ধঃ পরং ব্রজেৎ॥

ভাগবত

দোষনা ললওইবা কলিগী লৈ রাজন গুণ'মা নীংথিবা।
কোক্নে হেক্ক বন্ধন কৃষ্ণ নামনা কৎনৈ ধাম অখোইবা॥

চথৈ তন্না 'মুক—

থৈ্ কৃষ্ণগী স্বয়ং তনেকাত্মরূপ।
মানি ব্রজগীনা পূর্ণতম স্বয়ং রূপ॥

মথুরাগীনা পূর্ণতর তদেকাত্ম।
দ্বারকাগীনা 'মুক পূর্ণ তদেকাত্ম॥

চঙজো ব্রজনিংথৌ মপারিদা।
তৌজো বাস ব্রজবৃন্দাবন্দা॥
চচ্চৌ সেবা ব্রজগোপী ভাবতা।
ফংজনি চাজনি পূর্ণানন্দ॥

লীলাগী মশক্তি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ।
শান্নে কোয় লোইনা থুংনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড॥
শান্নে ব্রজদগুম অতৈদস্ম লীলা॥
নিত্যনি 'তুনা মাগী অঙকপা লীলা॥

অঙকপনি অঙকপা কৃষ্ণগী লীলা।
খঙবা ঙমদে ব্রহ্মামক্তা মাগী লীলা॥

থী শ্লোক ভাবতা তাউ—

জানন্ত এব জানন্ত কিং বহুক্ত্যা ন মে প্রভো।
মনসো বপুষো বাচো বৈভবং তব গোচরম্॥

ভাগবত

অথঙবা মথোইদি খঙলো, ঐদদি মথঙদ্রে প্রভু।
নঙ্গী তীক-ঙল-ঙাল ঐই পুক-হক-ব্রানা হায়নি'মুক কবিবু॥

থীধে অষ্টম ভাবতা তাউ—

কো বেত্তি ভূমন্ ভগবন্ পরাত্মন্।
যোগেশ্বরোতীর্ভবতস্ত্রিলোক্যাম্॥
ক্কাহো কথং বা কতি বা কাদতি।
বিস্তারয়ন্ ক্রীড়সি যোগমায়াম্॥

ভাগবত

হে ভূমন্ পরাত্মন্ ভগবন যোগেশ্বর খঙনি কনা কৈদা।
করম কদোইঙ শান্নে নং মাযা শীন লীলা কয়া ত্রিলোক্তা॥

চথৈ তন্না মথা—

বিরজা বাংমই বানি পরব্যোমদনি।
হেন্নি বৈকুণ্ঠ পরেং—কোটি কোটিনি॥
ডান্নি য়ায়দা গোলোক বৈকুণ্ঠ পরেংলক।
নীংথিরি লৈযোন মতম থম্বাল লৈকালক॥

মানি মী জীবশক্তিগী পূর্ণবিকাশ।
পোক্লীংলুই মীদা কৃষ্ণ উভে মাই বিকাশ॥
ভৌই তুংইন স্বয়ং রূপা স্বয়ং প্রকাশ।
থায় গোলোক কুম্মি ব্রজভূম ভৌই প্রকাশ॥

শকই অদ্বনোং কৃষ্ণদ্বৈপায়ণ—

এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বযম্।
ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃডযন্তি যুগে যুগে॥

ভাগবত

মানি কৃষ্ণ ভগবান্মক অতৈনা মশেক মঙাল ঙাক।
কল্লে জগৎ হিংচা-মৈশা যুগ যুগদা হেক হেক লাক॥

তাথৈ মথা তন্না অমুক—

চৎলি ঈশ্বরগী রূপ রৌদ্র মধুর।
কৃষ্ণেদি মানি মধুরদ মধুর॥
অরাৎপা কৌবা লৈতনা ফজবনি।
অমকপা কৌবা লৈতনা নীংথিবনি॥

থী ভাবতা ভাউ—

মধুরং মধুরং বপুরস্য বিভো-
মধুরং মধুরং বদনং মধুরম্।
মধুগন্ধি মৃদুস্মিতমেতদহো,
মধুরং মধুরং মধুরং মধুরম্॥

কৃষ্ণকর্ণামৃত

মধুরনি মধুর কৃষ্ণগী শকওং
মধুরনি মধুর কৃষ্ণগী মায়থোং।

নোক্নে ফাওই মাধুর্য্যে মনম মধুর
মধুরনি মধুর মানি মধুর ॥

চথৈ মথা তম্না অমূক—

তারে তত্ত্ব কয়া ভাল্লে লমী খিত্তং।
তারো হৌজিক্তি 'মূক ভক্তি তত্ত্ব খিত্তং ॥
ভক্তি কৃষ্ণপ্রেম্নি প্রেম্না মথরায়নি।
ফংনৈ মাদনা কৃষ্ণ ফংনবমক্লি ॥
চৎলি ভক্তি মথল অহুম— শ্রদ্ধাভক্তি।
জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি কর্ম্মমিশ্রা ভক্তি ॥
চৎলি মশক অনী অমূক শ্রদ্ধা ভক্তি।
কৌই বৈধী ভক্তি রাগাত্মিকা ভক্তি ॥
ফংঙি বৈধী ভক্তিনা থঙু ভগবান।
রাগাত্মিকা ভক্তিনা কৃষ্ণ ভগবান ॥
চৎলি ভক্তিগী অঙ্গ হুন্দুগা মরি।
মপুংনা অতুদা মাপলথক্লা চৎলি ॥
শ্রবণ কীর্ত্তন স্মরণ সেবন অর্চ্চন বন্দন।
কৌইদো দাস্য সখ্য আত্মনিবেদন ॥
থোইথোইবদি মাপল্লিদা 'মূক কীর্ত্তন্নি।
ত্তৌ কীর্ত্তন কলিগীদি যুগধর্ম্মনি ॥

ঈশ্বরদি নামগী মশক্লি—নামক্লি।
নত্তে নাম অমত্ত নিরর্থক—সার্থক্লি ॥
তৌ তৎপা নৈত, কাউদ্রু, নাম-সঙ্কীর্ত্তন।
মানি প্রেমভক্তিগী থোইথোইবা সাধন ॥

শ্রীকৃষ্ণদি প্রেমগী মশক্লি—প্রেমক্লি।
ফংনৈ মাবু প্রেম্না, থঙু, প্রেমতননি ॥
চুপকে, রেনগে জগত্তসু, প্রেমামৃত।
পোক্লবনি মীগী মশক লৌ ব্রজদা ॥

শান্ত দাস্ত সখ্য বাৎসল্য মধুর
মঙানি প্রেম, থোইথোইদো 'সিদা মধুর।
পঞ্চতত্ত্বনা তিনবগুম পৃথিবীদা
তিল্লিদো প্রেম মঙা লোইনা মধুরদা।।

মধুর প্রেমগী মওং'মা কৌই বৈধী।
অমুক অমনা বৈধী নত্তে অবৈধী।।
বৈধী প্রেমদদি সুদেদো প্রেমগী শক্লোল।
অবৈধী প্রেমদদি সুইদো লোইনা শক্লোল॥

বৈধী প্রেমগী ভাব-না কৌইদো স্বকীয়া।
অবৈধী প্রেমগী অতুনা পরকীয়া॥
চৎলি 'তুনা পরকীয়া সম্ভোগ মরি।
সুনা সুনা শক্লোল বিপ্রলম্ভ মরি॥

শান্নে ভগবান হেক হেক প্রকট লীলা।
ব্রজগী লীলা মানি প্রকট লীলা॥

ব্রজবৃন্দাবন বৃন্দাবন্নি অফোংবা।
সেম্বনি যোগনা লৈরীক্লা অশেংবা।
কৃষ্ণি ভগবান শান্নে অফোংবা লীলা।
'থুপ্লা লীলাভূমক্কি শান্নবা লীলা॥
গোপগী শক্তা অঙ্গোপাঙ্গ পার্ষদ।
য়াই শরুক দাস্ত-সখ্য-বাৎসল্য-শান্ত॥
কৃষ্ণি হ্লাদিনীমক রাসেশ্বরী রূপা।
প্রকৃতিশিংনা ব্রজগোপীশিংগী রূপা।।
শান্নে লীলা ভগবান বাল্য পৌগণ্ড।
রাস কৈশোর লীলা পরকীয়াদা॥
চুপ্পি চুপহল্লি প্রেমরস ব্রজদা।
পীনৈ অথুপ্লা প্রেমগী তত্ত্ব জগত্তা।।

পুণ্যধাম্নি ব্রজভূম লৈরীক খুদিংমক
ঘংলবনি ভগবানগী শ্রীচরণমক।
কচৌ 'মুক্তং গড়াগড়ি ব্রজঃ থক্তা
কোকচগনি নপাপ পুম্বা মিকুপ'মদা।।

প্রেমগী সেবা চৎলি, খণ্ড, মওং অনী
কৌই 'মনা মোদন ইশাগী সেবানি।.
ইবুক পেন্নবা তৌবা সেবানি—কাম্নি।
কৌই 'মনা মাদন প্রেম-সেবানি—প্রেম্নি
যেংদে ইশা পেহ্লনবদনি—প্রেমম্নি।।
কৃষ্ণগীদ য়েংভি গোপী প্রেম—মাদন্নি।
পুন্নি, লেঙদে, 'ভুনা গোপী প্রেম্না কৃষ্ণ।
চৎলু গোপী প্রেম ফংগনি শোয়রোই কৃষ্ণ

মী মীনি মীমান্নদে—থাজে 'মনা লাই।
থাজবা কৌবা 'মত্ত পক্তে 'মদা লাই॥
থাজবা মীত্নদা চঙদে থোইনা মায়া।
থাজদবত্নদা চঁভি থীনা মায়া।
লাক্নে থীনা মাবু পী ব্রাবদ হেক হেক।
ফংলো সাধুসঙ্গ মকোকই 'দুবু হেক।
তৌ সাধুসঙ্গ কোক্কনি নোংমনোং পাপ।
ঈংলক্কনি অস্থমস্থম সংসারগী তাপ।।

চিন্ময় ভগবানগী চিৎকী মশেক্নি মী।
সেবাগী সেম্বনি সেবানা ধর্ম্মনি।
হৈয়্ নিত্যলীলাদা সেবা ফংগনি।
পোক্লমল কান্ননি পূর্ণানন্দ ফংনি।।

লৈতে নিপা মুপী থায়দে ঈশ্বরদা
ব্রাহ্মণ ক্ষত্র বৈশ্য শূদ্র করিমত্ত।

হুংশিন্নু জীব হুংশিনৌ নথোয় নশেল।
কৎলু ভক্তি ঈশ্বরদা তাক্নো নশেল॥
কৎলু, কাউন্নু তৎপা নৈত্ত নামসংকীর্ত্তন।
মানি খঁঙ, ভক্তিগী নীংখিবা সাধন॥
পাঠ তৌ কৃষ্ণমক্লি শ্রীমদ্ভাগবত।
পীনি জ্ঞান খঙনি তত্ত্বখিবিক যৌনা তৎ॥

"থোপ্নসিদো ফিবাল তারো বৈষ্ণবগী রীতি নীতি"।
পীনখি প্রভু অমুন্না ভক্তদা হুংশিনা বাণী—

তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ॥

শিক্ষাষ্টক

নাপীদগী থোইনা তুনা উপাল মতম থোইনা ঈংনা
লুনা মীবু নোন্না ইশা সোনগনি তত্তুনা হরি॥

চেতোদর্পণমার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্ব্বাপনং।
শ্রেয়ঃকৈরবচন্দ্রিকাবিতরণং বিদ্যাবধূজীবনং॥
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং।
সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসংকীর্ত্তনং॥

শিক্ষাষ্টক

থম্মোইগী হুংশেল শেংনঙাই সংসারগী নমজাউ-নম্মৈ মুৎনঙাই।
যাইফ-থারিকথা ডান্নঙাই ঈংজবী মৌগুবী বিদ্যাগী থরায়।
হুঙাই-ঈপাক ঈকানঙাই থোঙথাং খুদিং অমৃৎ থৌবুম থন্নঙায়।
ওইরি থোইনা জয় শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তন থরায়-হকচাং শান্দেংনঙাই॥

তুখি ভক্ত প্রভুগী চরণদা, কৎখি স্তুতি—মিৎলুদদি অঈংবা পি :

নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণহিতায় চ।
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥

মহাভারত

ব্রহ্মণ্যগী মবুঙো যণ-ব্রাহ্মণগী মঙ্গল-পীরিবা।
খুরমজে হে গোবিন্দ কৃষ্ণ জগৎকল্যাণ-পুরিবা॥

ভৌবিথি প্রভু ভক্তদা শক্তি-সঞ্চার, তাকপিথি ভক্তগী মবুক্কীং মতুংইন ভাগবতকী প্রসিদ্ধ শ্লোক—

আত্মারামাশ্চ মুনয়ঃ নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিথম্ভুতগুণো হরিঃ॥

অপাম-চঙত্রবা আত্মাদা লুপ্পবা মুনিশিং ফাওবা।
নীঁঙি হরিবু অদুম্মা চেল্লি মাদি গুণ 'সিগুম্বা॥

অসিগী অর্থ হন্দ্‌মাথোই অমগা অমুক।

পল্লে প্রভু বারাণসীদা থা অনী। ভক্ত সনাতনগী শিক্ষা-দীক্ষাগীনি। লোইরে হৌজিক্তি, য়ারে নীলাচলগী খোঙশানবা। থোকথি মতাং অসিদা হুঙাইবা থৌওং অমা।

কাশী জ্ঞানগী ক্ষেত্রনি, ভক্তিগী মনম চঙদে। প্রভুগী অহানবা খোঙকমদা চঙলকথিবসি মারাঠী ব্রাহ্মণ অমত্তনি। মহাক্তি প্রভুগী রূপ গুণ প্রেমাবেশ উবদা মশাগী আত্মানা তাকপগুম মায়ামান্থনি হায়বা খল্লি, চল্লি—নপথি, প্রভুগী চরণদা অদুম। থ্‌ায় অতৈ পুন্নমক্তি প্রভুবু হম্বনা য়েংঙি, থোইনা থৌওইনবা তৌদে। প্রভুস্থ বৃন্দাবনগী ঈথৌনা হান্নগী মশাগী ভক্ত তপনমিশ্রগা চন্দ্রশেখর বৈদ্যগা অনীগী পোইরৈ য়েং তরানিমুক্তগী হেন্না পল্লমদে, তমশিনথি অদুম মথুরা। হন্দোরকপগীদি উরে কুইনা পল্লি হায়বা।

প্রকাশানন্দ বিপ্রর্ষিনি, সরস্বতীনি। সন্ন্যাসী লিশীং তরাগী মণ্ডলীগী মণ্ডলেশ্বরনি। প্রভুগী ভক্ত মারাঠী ব্রাহ্মণসি মণ্ডলেশ্বরসিগী শিষ্যনি। শিষ্যদি ওইরগা জান্দা প্রবীণ য়াম্না ওইরবা থাক য়াংলবা মীশক্তি। মহাক্না নোংমা মাগী শিক্ষাগুরুসিদা প্রভুগী রূপ গুণ প্রেমাবেশ, তত্ত্বজ্ঞান পুথোক্‌না য়ারী তৌরুবদা ইথৌ থৌওইদবা মনাদা ইহাপ হাপ্তবা উবদগী প্রভুগা অমুক্তং খেংননবা শীনথি, তৌথি গুরুবু নিমন্ত্রণ। প্রভুদস্থ কৎলে নিমন্ত্রণ। তপন, শেখর-হোয়নস্থ লৌহম্নীঁঙি উবদগী লোয়ে প্রভুস্থ নিমন্ত্রণ।

উন্নরে। প্রভুগী মুখবাণীদা মুল্লে অতুম, শোন্নরে হরিনাম অতিনবা পুন্নমক শক্লরে প্রভুগী জৈ। হাজিন্নরক্লে অতুদগীদি নোংমনোং পণ্ডিত কয়া কয়া শাস্ত্রার্থগী, তুরে লোইনা মথং মথং। পোক্লে বৈষ্ণব গোষ্ঠী মচা মচা, শোন্নরে হরিনাম, তৌনরে কীর্ত্তন। প্রকাশানন্দগী শিষ্যশিংমক মরোল লোন্নরক্লে "আচার্য্যগী সূত্রব্যাখ্যান্দি ঐথোয়না হোয় হোয় অতুক মতাবদনি, চৈতন্যগীদি থম্মোইদা থক থক পাল্লি—পেল্লি"।

নোংমগী রানি। পঞ্চনদস্নান তৌরগা বিন্দুমাধবদর্শন লেঁঙি প্রভু, সাই প্রেমাবেশদা জগোই; কীর্ত্তনে পরমানন্দ, তপন, শেখর, সনাতন শকই কীর্ত্তন—

হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ।
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদনঃ॥

ঈন্নে মীনা কুক কুক। নিল্লি হরিধ্বনিনা পুন্নিল। তায় প্রকাশানন্দ, থোরকই শিষ্যশিংগা—

ঙক্লা মুংশিবা ইশৈ, ইশৈগী মুংঙাইবা থেংবা।
হিরণ্যশ্মশ্রুঃ হিরণ্যকেশঃ
আপ্রনখাৎ সর্ব্ব এব স্বুবর্ণঃ
ওইবা
চৈতন্যদেবগী দিব্যমূর্ত্তি
মাতুদা
প্রেমাবেশ—স্বেদ কম্প পুলক অশ্রু—সাত্ত্বিক ভাব।

তুথি চরণদা বিপ্রর্ষি—

নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণহিতায় চ।
জগদ্ধিতায় ক�ৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥

শান্নথি অসুম প্রভু বারাণসীদা লীলা, চৎথি কীর্ত্তন, য়েনথি নাম—হুমিৎ মঙানি। বিদায়রম তপন মিশ্রনচিংবা ভক্তশিংবু কাশীগী, য়াথংলম সনাতনবুনা বৃন্দাবন যাত্রাগী হুনখি থোঙদোই তুমিন মঙানিস্নুবগী অহিং নোংঙাল্লমদাই নীলাচলগী কিক্ক মীগী ঈহৌ।

তরামরি

# নীলাচলদা বাস তৌবা

কলেঃ প্রথম-সন্ধ্যায়াং লক্ষ্মীকান্তো ভবিষ্যতি।
দারু-ব্রহ্ম-সমীপস্থঃ সন্ন্যাসী গৌর-বিগ্রহঃ॥

ব্রহ্মপুরাণ

হেল্লরনি লক্ষ্মীগী মবুঙো দারুব্রহ্মই নাক্তা।
কলিগী তাজীন্দদি অঙৌবা সন্ন্যাসীগী শক্তা॥

হল্লক্লে প্রভু বৃন্দাবন্দগী, লৈরে লেঙদনা নীলাচলদা। চহী তরক খোঙনা চৎনা তৌরুরে নাম প্রচার। হৌজিক্লা অমুক চহী তরুক অমা ফম্না ফম্না তৌরে অতুম।

প্রভু লাক্লে নীলাচলদা, লেঙদনা লৈরে—লেঙলরোই পাউজেল্লবা মতানি কোয়না হুংশিংনা, লাক্লথি দর্শনগী নোংমা নোংমগী মীয়াম পুল্লপ পুল্লপ পরেং পরেং। মীনীং থীঙমদে, মশীং থাঙগদে লাকপা—লৈতে অতং অথম। কুমগী ঈহৌরকপনি, ঈকারকপনি, ঈঈল্লকপগী লোইবা নাইদবনি। অদ্দানি রথ হুমিৎ খুদিংগী থোকপগা। মথোয়গী হরিধ্বনিনা শীংনবনি অতুম সমুদ্রগী ঈওল-ঈরাউখোল। তৌজবনি দর্শনগী লাক্লিবা নিপা হুপী খুদিং মশা মশানা নামদীক্ষা অতুম। অঙকপনি, অঙকপমক্লি প্রভুগী নামপ্রচারগী মওং। অরাৎপা লৈতনা ফজবা, অমকপা লৈতনা নীংথিবা, সনানা পৃষ্কেনবা, লাইগীদ ওইবা শকফম্না পুবনি মপুং অতুম।

অসিনা মপালগী লীলানি। মহুংগীনা অমনি। মহুংগীদি ধর্মনা লৈনা-হৌনবনি, তুংগোইনা পাহেল্লোনবনি। চৎনি প্রভু মহুংগী ভক্তশিংগী ধর্ম কর্ম মুন্না য়েং, তাকপি থুায় পৃথদা থুাযগী ওইবা অথুঙ্বা তত্ত্ব কয়া পীনি অথন্নবা মশক-শিংদনা মী মীতুগী যোগ্যতা মতুং ইন থোগাই কোন্নবা শিক্ষাদীক্ষা কয়া, শান্নে মতাং মতাংদা ঐশ্বর্য্য কয়া। শান্নে অতুম লীলা—মথল মথেল কয়াগীনি।

কুপ্মে অমা—

জীব—মানি মাদি চিৎকী মশেক, মঙালগী মরীক। অঙকপনি, অতুবু,

মাগী মপুনসি থোঙকমদি। পুই, চেল্লি মাদি মশাগী কর্ম্মনা অতুম। ফবো কম্ম-কায মপোক। যৎলন্থ, কুম্মি। শকই অতুনা মনশিক্ষা--

নিজ কর্ম্মফল জন্তু অগ্রে অগ্রে ধায়।
ফল অনুগত জীব পীছে পীছে যায়॥

( চেল্লি মশাই কর্ম্মফলনা মাঙদা থানা থানা।
ইল্লি জীবনা ফলতুগী মতুং বোয়না বোয়না )

উৎনীংলুবরা থওদে ভক্তশিংদা জীবগী তৎসে তৎ তৌথি প্রভু নোংমা হুঙাইবা অঙকপা কুম্মৈ অমা।

রথযাত্রাগী মতম্মি। লাক্লবে গৌড়গী ভক্তশিং। কুলীনগ্রামগী শিবানন্দাচার্য্য শ্রীখণ্ডগী ভক্তশিং পুতুনা লাকখি। হুই অমা লোযনরকই। লম্বাদা মাখিতুনা হুঙাইত হুঙাইতনা লাকই। নীলাচল থুংলরবা মতুংদা নোংমদি প্রভুগী নাক্তা উরে।

অঙবপনি প্রভুগী লীলা। শ্রীহস্তনা বালভোগ য়ুবি লৌ-লৌতুনা হুইতুদা হন-হন্দুনা পীজৈ। হায "সোল্লু কৃষ্ণনাম"। চায হুইতু প্রভুনা হল্লকপা য়ুবি, সোনি মমাং লোংথত্তুনা মখোল বাংনা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ"। কোক্লে তাউবা সংসারগী বন্ধন, কাবে গোলোক। উৎখি অসুম প্রভু ভক্তশিংদা সঙ্গ, কম্ম, নাম, ভগবদ্-কৃপাগী মাহাত্ম্য।

ঐশ্বর্য্যগী খেল--

গৌড় মুশলমান্না পানবা লৈবাক্কি। বামাচারগী লল্লি। বৈষ্ণবধর্ম্ম মতু শোন্না চৎলি। মতুনোং নিত্যানন্দবু হান্নদগী থাগ্রবনি। মতুতনা পেল্লদরবরা থওদে, শান্নখি প্রভু ঐশ্বর্য্য, তৌথি আবেশ আম্বুযা নগরগী নকুল ব্রহ্মচারীদা। হাপখি ধর্ম্মগী ঈনোৎ নোহোনা ব্রহ্মচারী। শখি ভক্তশিংগী মথৌ। লাকখি তুংইন ঈহো নোহোনা অমুক।

লোইবা নক্তে অসিদনা প্রভুগী ঐশ্বর্য্যগী খেল। হুম্মিৎ খুদিং হুমিদাং কীর্ত্তন মকম অহুমদা শরুক য়াই। নিত্যানন্দগীদা অমনি শ্রীবাসগীদা অমনি, অমনা রাঘবাচার্য্যগীদনি।

শীনথি অমুম প্রভু গৌড়দেশদা বৈষ্ণবধর্ম্ম চেৎনা মরা তাহৌনবা। তামু তাহৌথি, তারিবসিনি হৌজিকফাও।

ছোট হরিদাস--

প্রভুগী অন্তরঙ্গ ভক্তনি। মানি মাদি ইশৈগী মশক। মাগী ইশৈনা মী শা মণ উচেক রায়া কৌজেং কৌয়া লোইনা শুম্বনি। প্রভুগী কীর্ত্তনগী থোই-থোইবা কীর্ত্তনেনি।

অঙকপনি মীওইবগী মপোক। কৈ, কৈ হায়বা ওমদে, ফত্তে, ফত্তে হায়বা য়াদে। শচী মপোক কয়াগী পূণ্যনা পোক্লরে গৌরাঙ্গবু গর্ভদা। পূণ্যত্নমক্লা ওৌথি মশা থাংদা মপুনশি চুপ্পা। শি ফাও ঙৈনা শিথিদে, শিথি থুক্লা থুক্লা মবুক "ইচানা মুথাগ্নি তৌদ্রেদো"। বিষ্ণুপ্রিয়া মপোক কয়াগী প্রেম্না ফংলরে গৌরগী চরণসেবা। প্রেমত্নমক্লা চাকথেকথি মশা মৈরি তরা থাংনা, লোইথি মপুনশি চীক্লাঙননা লমজাউ লৈগী মতম। গৌরজগত্তা মরায়বক থীবা অনীদনি পুরম্বনি, অত্নবু স্বরয়ে অত্নমত্নম।

হরিদাস মশাগী পূণ্যনা অঙকপা কলাকার ওইনা লাক্লে, চৈতন্যগী অন্তরঙ্গ ভক্ত ওইররে। পূণ্যত্নমক্লা হাপথি, মশাদা অরাবা হুডাইতবা কোন্গায়, পীথি অরাবা অথীবা ইকাইবা মীশি। গৌরজগৎকী মরায়বক থীবা মীশীং কাথি মাগা থানা অত্নম, থোংবু থোংথি চৈগোক্লক্ল, মহাক্লা অত্নমগী।

শিবানন্দাচার্য্য প্রভুগী থোইথোইবা ভক্তনি, মরক মবক্তা প্রভুগী ভিক্ষা সেবা তৌই। অমুক্তি ফৌরেলগী চেঙ কৎনীংবদগী শিথী মাহিতীগী মচেম মাধবীদগী ছোট হরিদাস থাত্নুনা চেঙ রাল্লুই। প্রকৃতিগী মনাক চঙলুই হায়দুনা প্রভুনা হরিদাসবু থোঙ ককই। ভক্ত হুডাইথিদবদগী হুমিৎ হুম্নি চাদ-থক্তনা তাত্নুনা লৈ। ময়াম্না "চাদ-থক্তবা তৌম্ব, অঙম তানবগুম থোক্তনি, নোংমা শোয়দনা প্রভুগী কৃপা ফংগনি, ঐথোয় থওায় লৈদনা" হায়বিবদগী চহী অমা তুম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ ডাইজথি প্রভুগী কৃপা। কাম্নদ্রে, কাম্নবরোই উরবদা থাথি ভক্ত ত্রিবেণীদা মথরাই। নীঁংমদনা মথরাই পাইরকথি নীলাচলগী অতিয়াদা, তৌথি প্রভুগী কীর্ত্তন থৌগল অতিয়াদা কোয়না পাই।

কৌনসমু বৈষ্ণবশিং দণ্ডসিবু প্রভুগী অর্থ তরা থোক্না চৎপা লোকশিক্ষাগী অকনবা চৈরাক। শকচসমু কবি কৃষ্ণদাস--

ত্রিবেণী প্রবেশ করি প্রাণ ছাড়িল।
সেইক্ষণে প্রভু-স্থানে দিব্যদেহে আইলা॥
প্রভু-কৃপা পাঞা অন্তর্ধানে রহিলা।
রাত্র্যে প্রভুরে শুনায় অন্যে নাহি জানে॥

( চঙলে ত্রিবেণী লোইশিল্লে মপুনশি ঈরোম্নুং।
লাক্লে লাইগী হক্তা প্রভুই নাক মিৎনা কৃপা-চুং॥
ফংলে তন্না প্রভুই কৃপা লৈরে নাক্তা থুপ্না।
তোই ইশৈ থোগল অহিং অহিং থঙদে কনা॥ )

পেন্দে অপঙবা থম্মোইনদি প্রভু, ব্রাকৎনীঁঙি--
হকমন্দরা নঙ্গী চৈরাক !

ব্রাহ্মণ, পণ্ডিত, নঙ্গী থোইথোইবা ভক্ত শিবানন্দগী থবক্তি। থবক্তা নঙ্গী ভিক্ষা-সেবাদা অফবা চেঙনা কৎনীংবগীনি। নঙ্গী সেবাগী থোবাংদা মশা শংজদবনা হরিদাসগী মতেং নিবনি। হরিদাস মশাগীনা মীশর্ক্ত য়েংলে, চৎপা তাবনি; থবক্তী হায়রে, ভোবা তাবনি। তাঙ্গাগীনা, মতেংসু পীবা তাবনি। অমরোমদনা, মতেং নিরিবা মীসু, পীদোরিবা মীসু চঙফম প্রকৃতিনি হায়বা থঁঙি; গুরুবর্গগীনি, চঙবা য়াবা মফম্নি হায়বসু থঁঙি। প্রভুমক্তী মথরাইনা লুপ্না মীশক্ননি। শকই কবি কৃষ্ণদাস--

মাহিতীর ভগিনীর নাম মাধবী দেবী।
বৃদ্ধা তপস্বিনী আর পরম বৈষ্ণবী॥
প্রভু লেখা করে যারে রাধিকার গণ।
জগতের মধ্যে পাত্র সাড়ে তিনজন॥
স্বরূপ গোসাঞি আর রায় রামানন্দ।
শিখী মাহিতী তিন তার ভগিনী অর্দ্ধজন॥

( মাহিতীগী মচেমদি কৌই মাধবী দেবী।
অহন্নি মানি লাইনিংবী থোইথোইবী বৈষ্ণবী ॥
চন্নি মাবু লাদা প্রভু রাধিকাগী খুত্তা।
মীবোক অহম মথাযদং থাই প্রভু জগৎসিদা ॥
স্বরূপ গোসাঞি রায় রামানন্দ মাহিতী ।
মানি মথোয়না অহুমন্থ তংথায়না মাধবী ॥

প্রভুগী সেবাগী যাবা যাবা, যাফম থোকপা শরক্কী মাধবী দেবীগুম্বী প্রকৃতি দর্শন তৌরবগী দণ্ডনা প্রাণদণ্ডমক ওইবসিদি অপঙবা থম্মোই পেল্ল্ দবরা, সোন্নি হুংদা মদোম তুমিন—

লঘু দোষে গুরু দণ্ড
( দোষদি খিৎ চৈদি ঘিন ঘিন )
কবিগী অতুক শাথিরুই !

চৎলু প্রভু, লাইনি নংদি, লাইগী মচৎ নোকউ ভক্তশিংগী মপাউদ
বযপূর্ণ দিনে।
রাত্র্যে উঠি কাহাঁ গেলা কেহ নাহি জানে॥
( চৎখিবনি লোন্না চহী ফাবা অহিংত্তুদা থঙদে মফম কনা ॥ )

নোকউ হায়উ শ্রীবাসগী মপাউদা
প্রকৃতি দর্শন কৈলে এই প্রায়শ্চিত্ত
( প্রকৃতি দর্শনগী মানি'তুনা প্রায়শ্চিত্ত )

ঐদি মীনি, চৎকে মী ঐগী ইচৎ। কপকে মরায়বক থীনা থীরবা ভক্ত হবিদাসগী।
মী ঐখোযদি হুঙাইতবা নত্তে থক কপ্পা।
কপ্নে ইশাগী, মঙ্গংবনি খিৎ অরা মৈশা॥
কপ্নে মীগী, ঈংডি থম্মোই খিকই শান্তি-ঈরা।
কপ্প, মীগী, নত্তে প্রেমগী পি তরাই হেক তাবা॥
পীনৌ প্রভু কপ্পা হৈবা পঙলবা পুনশিসিদা।
তুজরি নথোঙ খুয়াথাগী উৎফুল-লৈরীক থাদা॥
জৈ প্রেমাবতার নদী জৈ !

রূপ—

যোগসিদ্ধিগী লাকপনি। সিদ্ধ ওইরো তল্লবা মীশক্নি। মশা কুলীন ব্রাহ্মণনি, পণ্ডিতনি মহাক্নী মতিক মঙুল তাবদা নবাব হুঁসেন শাহনা মহাকপু কৌহ্না খাস মুন্সী হাপ্লি। মশামক্তদি য়াম্না হংগোইনা থোকই। অদুবু, মাই হায়বদা অমাঙবা থোকপা য়াবা, চুম্নগীদ নত্তনা, থৱায়ফাও চেন্নবা যাবা লৈবদগী মহাক্নু হরাউ হরাউ তৌশিন্নদুনা লৌদি অদুম লৌই। মশানদি ঈশ্বরগী লম্বী পাম্না লাকপনিনা নিংথৌগী মঙান্দা সনারূপাগী মথক্তা পাল্লবমু মথৱায়দা ইদুংদ ক্লুডাইজদে। য়োহ্লিং ফলাং থাংবগুম ৱাইদ ইচিন চিল্লি। প্রভুদা নিজৈ পত্রীনা উপদেশ। ফংজৈ শ্লোক্নী মশক ওইবা নীংথিবা উপদেশ অমা—

পরব্যসনিনী নারী ব্যগ্রাপি গৃহকর্ম্মসু।
তদেবাস্বাদয়ত্যন্তর্নবসঙ্গরসায়নম্॥

ক্লংশিনব-লৈবী ক্লপী নোম্না নোম্না ইমুং-থবক।
চুপ্পি ক্লংদা নৌনা ক্লংশিনরুবই রস কাউদে থক॥

উপদেশ অসিগী মঙান্দা চৎলকপনি মশাগী কন্মজীবন। রামকেলীদা প্রভুগী দর্শন ফংবদগীদি সংসাবদা হৈনিংদবা পুম্পোক অদুম পোকথরে। নবাবকী থবক থাদোক্লম মনাও বল্লভকা লীরকখি প্রভুগী বৃন্দাবন থোঙ্গ্ল, থেংনৈ প্রয়াগতা।

ওকপিখি প্রভু মচীম্নবা ওবু ক্লংশিনা তরাম তরাম হরাউ হরাউ—লৈহৌরনি ধর্ম্ম তুং কোইনা মতা। পেঙখি ভক্ত, তুজখি চরণদা, তৌজখি আত্মসমর্পণ—

নমো মহাবদান্যায় কৃষ্ণপ্রেমপ্রদায় তে।
কৃষ্ণায় কৃষ্ণচৈতন্যনাম্নে গৌরত্বিষে নমঃ॥

থুরমজৈ নঙোন্দা পীনহৈবা কৃষ্ণপ্রেম-পীনবা।
কৃষ্ণচৈতন্য কৌবা হে কৃষ্ণ নঙান্না ঙৌরিবা॥

মঙফাওনথি—ফুদোরকখি কবিত্ব ঈরোক।

মা নিষাদ প্রতিষ্ঠাং ত্বমগমঃ শাশ্বতীঃ সমাঃ।
যৎ ক্রৌঞ্চমিথুনাদেকমবধীঃ কামমোহিতম্॥

রামায়ণ

য়াইফরম্ন শাদান নংদি মতমগী হুৎদা কদৌডৈ।
হাৎলুনভায় থংগোং নামা হুংশি-চীল্লোক্লজ্বরিডৈ॥

প্রসিদ্ধ শ্লোক অসিনা আদি কাব্য রামায়ণগী মমী তমথিবগুম তমথি রূপকী চৈতন্য বন্দনানা বৈষ্ণব রসকাব্যগী মমী।

তাকপি প্রভু তরানি চুপ্পা ভক্তদা কৃষ্ণতত্ব, ভক্তিতত্ব, রসতত্ব লোইনবা। থায় তন্না বৃন্দাবন্দা লীলাস্থলীশিং উদ্ধারগী।

লৈ থা অমা বৃন্দাবন্দা রূপ কোয় লোইনা চৌরাশ-কোশ। লীলাস্থলীশিং উবদা ইগে নীংথি কৃষ্ণলীলা-নাটক, হৌথি অফাওবা বৈষ্ণব রসকাব্য বিদগ্ধ মাধব, ললিতমাধব অনী পুন্না। তাপ্পাসিমক্তা প্রভুগী দর্শন ঈথৌ লাংবগা। "নীলাচলদা লাকউ" তাকপিরব্বা য়াগংগা অনী পাতুনা লাকথি তন্না নীলাচল। নংলৈ রথযাত্রা, লৈ দোল লোইফাও থা তরা।

চথরকথি রূপ লম্বীদা মহাক্কী বৃন্দাবন্দা হৌরকপা নাটক থর থর অন্নম-স্নম। থেংনথি অঙকপা অনী—মঙদা অমা, তাইবংদা অমা। অহিং অমা সত্যভামাপুরদা লেকই, উড়িষ্যা মহুংদনি, লাকই ওক্লা ফজবী রুপী অমা, হায়রৈ "ঐগী লীলা তোঙাল্লু-লোইশিল্লু, ফাওগনি, শোয়রোই, জগন্না"। নীলাচলদা নোংমা নীনি লৈরবা মতুংদা তাকপি প্রভুনা অথুপ্পা তত্ব'মা—

কৃষ্ণকে বাহির নাহি করিহ ব্রজ হৈতে।
ব্রজ ছারি কৃষ্ণ কভু না যায় কাঁহাতে॥

পুথোক্কনু কৃষ্ণবু থক ব্রজগী মপান্দা।
চত্তবনি কৃষ্ণ ব্রজ থাদোক্তুনা কৈদা॥

কৃষ্ণোঽন্যো যদুসম্ভূতো যস্ত গোপেন্দ্র নন্দনঃ।
বৃন্দাবনং পরিত্যজ্য স কচিন্নৈব গচ্ছতি॥

যামল বচন

যদুগী কৃষ্ণনা 'মনি গোপনিংথৌ মচানা 'মা।
চত্তে মাদি থক বৃন্দাবন থাদোক্তুনা কৈদনিমা॥

থোক্লে হৌজিক্তি নাটক্সনা নাটক অনী—বিদগ্ধ মাধব, ললিত মাধব—বৈষ্ণবজগত্তা ফাওরবা রসকাব্য ঙাক। অমরোমদনা, মহাক্কী কাব্যগী গুণনা প্রভুগী থম্মোই লোইনা তুনা জয় তৌথি॥ থাকথিদ্রে প্রভু থুগ্ত থুগ্না অথুগ্না কৃষ্ণ তত্ত্বগী মূলতত্ত্ব—

ভক্তকবি অসিগী শ্লোক অনী ফাওই বৈষ্ণব সমাজদা।

অমনা—

কৃষি ভূর্বাচব: শব্দো ণশ্চ নিবৃত্তি বাচক:।
তযোরৈক্যং পরং ব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীযতে॥

শ্রীধরস্বামী

কৃষিনা লৈ তাকই ণনা কোকই ৱাবা ফংঙি অপাম।
পূল্লে অনী থোকই কৃষ্ণ মানি পরং ব্রহ্মগী নাম॥

ভগবানগী মঙ্গলগী মশক ওইবা নামগী মাহাত্ম্য প্রেমরসগী চন্দন চাই কবিগীদ ওইবা অঙকপা শৈশক্তা শকপনি—কৃষ্ণপ্রেমগী মধুরিমা তাকপনি।

তুণ্ডে তাণ্ডবিনী রতিং বিতনুতে তুণ্ডাবলী লব্ধযে
কর্ণক্রোড় কডম্বিনী ঘটয়তে কর্ণার্বুদেভ্য: স্পৃহাম
চেত: প্রাঙ্গণসঙ্গিনী বিজয়তে সর্বেন্দ্রিযাণাং কৃতিং
ন জানে জনিতা কিয়দ্ভিরমৃতৈ: কৃষ্ণেতি বর্ণদ্বয়ী॥

বিদগ্ধমাধব

থঙদে কৃষ্ণ কৌবা মযেক 'নীসে অমৃত থুম কযানা সেম্বা!
তোংলে চীন্দা ল্যারৈ জগোই থৌরাংলুই লোইনাইদবা চীন পরেংমা।
তারে মক্ক নাকোং হুংদা পাম্লুই হেক্লক নাকোং অর্বুদ অমা।
ঙাল্লরো থম্মোই লায়ুমদা শুম্বিদো হেক্ত ইন্দ্রিয় থিবিক্মা॥

অমুক অমনা—

রথযাত্রাদা জগন্নাথগী রাজবেশ, স্বর্ণরথ, থৌগন শগোল শামু মীয়াম উবদা কুরুক্ষেত্র মিলন্দা ব্রজেশ্বরীগী থম্মোইদা পেন্দবগী মৈচাক অমা কন্না পোকথিবদু ফাওথি প্রভুগী থম্মোইদা। ফোংথি তন্না কাব্য প্রকাশগী শ্লোক অমনা—

যঃ কৌমারহরঃ স এব হি বর স্তা এব চৈত্রক্ষপা
স্তে চোন্মীলিতমালতী সুরভয়ঃ প্রৌঢ়াঃ কদম্বানিলাঃ।
সা চৈবাস্মি তথাপি তত্র সুরতলীলাবিধৌ
রেবারোধসি বেতসী তরুতলে চেতঃ সমুৎকণ্ঠতে॥

নৈশাৎ তমদৈ নৈচিনখিবহুমক্রি বর মুজাহুনা ঐনি।
মতমস্থ চৈত্রই অহিংচনি শাৎলি নৈনম্না হা হা মালতী॥
মুন্নি কাইদ কদমকোনগী মালং 'হুবু মুডোল চীলোক্লরকডৈ
খোরাংলুই থম্মোইনা নর্মদা খোঙবাজগী বেতসকোলগী লমথৈ॥

ভক্ত কবি কবিদ কবিনি। মানি অদুনা মহাক্তি ঋষি। ঋষিনিনা নৈ মহাক্তীদি দর্শনগী শক্তি।

নানৃষিঃ কবিরিত্যুক্তং ঋষিচ্চ কিল দর্শনাৎ।
বিচিত্রভাবধর্মাংশতত্ত্বপ্রখ্যা চ দর্শনম্॥

ভট্টতৌত

কৌদে কবি নত্রে ঋষি, মানি ঋষি নৈরে দর্শন।
ভাক্লে অথুঙ্বা ভাব ধর্মই তত্ত্ব থিবিক কৌই দর্শন॥

থম্মি মহাক্ন স্বরূপ দামোদরগী মতম প্রভুগী মৈচাক, তাকথি জগন্তা স্বরূপকুম প্রভুগী অথুপ্পা শক্তম মহাক্তী প্রসিদ্ধ ওইরবা শ্লোক অমনা—

প্রিয়ঃ সোঽয়ং কৃষ্ণঃ সহচরি কুরুক্ষেত্রমিলিত
স্তথাহং সা রাধা তদিদমুভয়োঃ সঙ্গমসুখম্।
তথাপ্যন্তঃ খেল-মধুরমুরলীপঞ্চমজুষে
মনো মে কালিন্দীবিপিনায় স্পৃহয়তি॥

কৃষ্ণতুনিদোসে ঐগী চান্নবা ঐসিনা রাধাদো।
উন্নরে ঐখোয় কুরুক্ষেত্র 'সিদা মুণাইনরেদে॥
খোরাংলুইদো 'হুবু ইভা কালিন্দী খোঙবালগী কুঞ্জ'দো।
মুরলীগী পঞ্চমনা জৈনা মিনা মুংশিনা নিনবদো॥

মশানা ভক্ত ওইনা শাক্লে, কবি ওইনা পোক্লে, প্রভুগী কৃপাগা ফংলে; অমুক্ত নৌহৌনা থাবুম তন্না প্রভুগী থৌগল তৌরে; ভক্তকবি রামানন্দরায়, ভক্ত বিপ্রর্ষি বাসুদেব সার্ব্বভৌম, পরম বৈষ্ণব স্বরূপ দামোদর, পরম ভক্ত ব্রহ্ম হরিদাসনচিংবা মহৎশিংগী সঙ্গগা ফংলে; অদ্বৈত নিত্যানন্দনচিংবা গৌর-ভক্ত খোইখোইবশিংগী আশীর্ব্বাদগা ফংলে; লোইরে থেংলে ভক্তগী য়াইফবা, লোক্লে মচু তশেং, থাল্লে সনাদা তন্দা, নক্তে, থিল্লে মণিদা মুক্তা।

প্রভুগী য়াথং লুদা থোং হল্লে বৃন্দাবন্দা রূপ, য়েংলে লীলাস্থলীশিংগী উদ্ধারগী লম্বী, হৌথি লোয়ননা প্রভুগী উপদেশশিং লাচনবা কবিগী ওইবা নীংথিবা মথল মথেল মওং কয়াদা। থোকখি অসুম মহাক্কী থোর্জ্জেদগী ভক্তি রসামৃত-সিন্ধু, লঘুভাগবতামৃতনচিংবা লাইরিক তরাগা তরক—মশক নাইবা ভাক। লৈরি অসিদা অমুক্ত কয়া'মা মহাক্কী থোর্জ্জেমক্কীনি লৌনবা।

সনাতন—

রূপগোস্বামীগী ময়াম্বনি—হেক পোক্লিন্নবনি। মনাওনা ভক্ত ওইনা লাকপগুম লাকপনি মহাক্ত ভক্ত ওইনা অদুম; মনাওনা কবি ওইনা পোক্লক-পগুম পোক্লকপনি মহাক্ত পণ্ডিত ওইনা অদুম। মতিক মগুণ উবদা নবাব হুঁসেন শাহনা কৌথক্তনা দেওয়ান থিন্দোকপনি। মশানা যোগসিদ্ধিগী লাকপনিনা দেওয়ানীদা খোয়দাদে, লাঁঙি মবুক, হ উপদেশগী প্রভুদা পত্রী। প্রভুগী উপদেশ তেন্না শ্লোক ওইনা লাকখি। রূপকী মতাংদা য়াওখিবদুনি। শ্লোকগী মওান্দা চংলকখি মহাক্কী কর্ম্মজীবন। রামকেলীদা প্রভুগী দর্শন ফংব-দগীদি মায়াগী য়োক্লিং ফলাং তারে মতোমদা অদুম। অদুবু, থবক তোক্লগে হায়রুবদা নবাবকী য়ারক-কৈগুম চারে। চারে চানা কৈগুমগী চৈনা হনবা কৌবদি লৈথিদে মঘুক্লীং। লাইকু অমদগী নবাবনা লানগী কোক্লং থাদোকখিডৈ চেল্লকখি, লীরকখি মনাওনা পীরবা পাউ মতুং ইন প্রভুগী বৃন্দাবন থোক্কুল। থেংনৈ বারাণসীদা প্রভুনা বৃন্দাবন্দগী হন্দোরকঙৈ। তাকপিখি প্রভু মওোন্দা থা অনী চুপ্পা ধর্ম্মগী তত্ত্ব পুন্নমক, থাখি তন্না মহাকপু বৃন্দাবন্দা মনাওগী মনাক্তা মচীম্মনাও চঙহুনা নৌহৌ বৃন্দাবন সেমগৎনবা, ভক্তিগ্রন্থশিংসু ইথংনবা।

সনাতন য়ৌরে বৃন্দাবন, মনাওশিংগদি থেংনন্ত্রে। ঈ পাউ পুন্নমক গৌড়গী

নিংথৌ অমনবা জাত তাদুনা বৃন্দাবন বাস তৌদুনা লৈরবা সুবুদ্ধি রায়দগী তারে। মথুরা মাহাত্ম্যগী লাইরিক লাইশু থি থোক্তুনা লীলাস্থলীশিং পুথোক্লবা কন্না হোৎনরে। হোৎনা হোৎননা প্রভুগী দর্শন ঙৈথৌ কনশিল্লকপগা ময়াথংগা লৈবনা নীলাচলগী তন্না খোঙশাল্লকখি। ঝারিখণ্ড ফাওদুনা লাকপদা কাঙ তুমিৎ থীনা চীক্লকপা, চীংচুং মাম্নুংগী মহুচেনবা ঈশিংগা থক চারকপা, হিপকম চাফম থঙলক্তবা—পূম্নমক পাদুনা মশা থীনা পাৎ পোল্লকখি, নীঙথায়দে হায়বদ ঙায়খি। পুঙমখিদে মশা, খাঁঙমখিদে চৈনা, থনখি—

"পাপোঽহং পাপাত্মা পাপকর্ম্মাহং"

"পাপ্পি ঐ পাপকী মপোক পাপ্ত লঙবা। তারে ঐগী ইপোক্সি অরেম্বা মীপোক। য়ায়রোই সাধন কৌব'মক্ত দেহ মতাসিনদি। অদুদি কৈদোবা!" লেপখি মবুক্তা "লোইশিল্লগে হন্দক্লিমদি কাংদা কাংগী কাংথোঙদা"।

য়ৌরে নীলাচল। ব্রহ্ম হরিদাসগী কুটীরদা চঙলে সনাতন। হরিদাসসু ওক্লে মাবু তরাম।

নোংমগী অমুক্তি য়ৌই প্রভু হরিদাসগীদা, কায়দে থক। ফংজরে সনাতন প্রভুগী দর্শন। প্রভুনা কোনগে চঁঙি, মহাক্না থৈদোকই, হায় "তোল্লবা মীপোক্তগা পোক্লে ইশানগা পুন্নে, কোনবিগনু—দোষ ওইরনি"। য়াদে অদুবু প্রভু, কোল্লি নমদুনা ভক্তবু—তৈ হকচাংদা ঈ নাই, তৌদে অদুবু করি নাচুংব'মক্ত।

নোংমগী রানি। জগন্নাথগী উপল ভোগ দর্শন লোইরবা তুং থোঙদোই- রকখি প্রভু হরিদাসগী কুটীর তম। কোনবি ভক্ত অনীবু ফজ্জল্লি নাকয়েক্তা। থৌগল তৌরকপা ভক্ত ময়ায়া ফম্মি থা মচেৎ সানা মাঙদা। চীঙ্গোইরকই প্রভু সনাতন চিংনা য়েং—

কংলোই কৃষ্ণ দেহ ত্যাগনা থঙু সনাতন।
ফংঙি মাবু ভক্তিদনা তৌ চেৎনা ভজন॥
চঙদবনি ঈশ্বরদা জাতি কুল থক।
প্রেম্নি মাদি চানবি অতোন অতা কিছু থক॥
থাদোকউ অমাংবা রাখল পুরিবা নংনা।
শিবা য়াদ্রি লৈরি থবক পুদোবা নংনা।

তুখি সনাতন প্রভুগী চরণদা কম্লি, থঙদে করিগী কপ্লিবা। থঁটি মহাক মশা'মা থঁউ প্রভু'মা। তাই মতোল প্রভু—

লৈবে ঐদি সিদা থঙলে ইমাই য়াথংনা।
পুবা তারি বৃন্দাবনগী থবক্তি নংনা॥
কৎখরবা নত্তবরা নশা ঐঙোন্দা।
চৎলবা নত্তবরা নং ঐগী লনশীংদা॥
করি মাঙংহনগে থৌরাংলি নং ঐগী ইরল।
ধরম নত্তে থঁঙ্ মাঙহনবা মীগী লল।

সনাতন মশা কুলীন ব্রাহ্মণনি, পণ্ডিতনি। অদুবু, নবাবকী থবক তৌরুবা, মচেঙ চারুবদুনা মশাবু থীনা হম্বনা থনখি, ব্রাহ্মণনি লৌবা ঙমজখিদে। অদুদা অনুকম্পু মশা পৃষা নীঙথায়গদৌগম পাংলে, অদুনা মশাসি থীনা মাংনা লৌজখি। অচ্ছুত্ত অচ্ছুত্তৌনা মহাক অচুম্বা লম্বী চত্তে, থে থৈদুনা মী চত্তবা য়েংদুনা চৎলি। নোংমা ভুমিৎ য়ুংবা ঙংশানা যক লাউবা মতমদা যমেশ্বর টোটা চৎলি, প্রভুনা ভিক্ষা মফমদা কৌবনি। মহাক্তি সডক অচুম্বা চত্তবনিনা সমুদ্র মপাল খোঙথাবদা পোক্লবা লৈঙোইদা চৎলি। কুটীরদা হল্লকুবা মতমদদি মংখোঙ লোইনবা থীনা ঊশিং হায়ে. থাদুনা চৎপফাও য়ারে। থম্মি মরম প্রভু, পেনখি ভক্তগী অচেৎপা দৈন্যদা, পীনখি প্রেমগী আলিঙ্গন।

প্রভুনা করি হঙোইবা লৈতনা প্রেম আলিঙ্গন হেক হেক পীনবা, মহাকী পৎ-পুল্লবা মশাগী ঈ-নাইনা শ্রীঅঙ্গদা হেক হেক তৈবসি ভক্তগী থখোইদা থীনা শোকই। নীলাচল লাকভৈজেগী মথমোই নোংমত্ত লৈতাদে। প্রভুগী লেঙলকপা মতম হেক য়ৌরকপদা মশা লৈফম থঙদে, শৌবিংবা হৌই, থম্লি "পুণ্যগী লাকপনি, পাপ্ত মরঙলে—কয়া কুইনা লম্মিবা"। য়থ লোইবগা চেল্লগে লেপ্রে।

প্রভু থঙলে ভক্তগী মবুক, পেল্লে লোইনা, ঊরে পীনবা য়ারে অরোইবা কৃপা, চীনগোইরকই—

সন্ন্যাসীনি ঐদি সমদৃষ্টিনা ধর্মনি।
চন্দনগা লৈনাঙ্গা ঐঙোন্দদি অমত্তনি॥

নখোয়না য়োয়নি ঐগী ঐনা নখোয়গী য়োয়হে।
করি হঙোইগদৌরিবা নখোই নথৈ তিন্দে॥
তৌদয়া মমাই মশাদা মচাগী অমাংবা।
উবরা করিগুম্বা নোং মমানা তিঙ্গুম্বা॥
নংনা পৎনা পুম্বা লাকপা কৃষ্ণই ইচ্ছাননি;
য়েংগে ঐগী থরমগী চাং মানা তৌবনি॥

দীক্ষাদা কৎলিদনা ভক্ত কৃষ্ণদা মশা।
লৌরবনি অদুম 'মন্ত্রনি কৃষ্ণনা মশা॥
ওইরবনি তুংইন্না চিদানন্দগী মশক।
পুই'দুনা চরণসেবা ভক্তনা—অথুপ্পা শক॥

হায়না হায়না প্রভু কোনখি সনাতনবু মথাদা চেৎজেৎ। অদুকপা প্রভুগী লীলানি, সনাতনগী অপোম অদুং মাঙখবে লোইনা মিৎনা কুপ্পা-চং, নীংথিখি মশক কুমারগী মতম। শকথি ভক্তশিং ভক্তগী ধনা। পেনখি ভগবান ভক্তগী গুণ কীর্ত্তন্দা। পোল্লি ভগবান ফনা নীংথনা ভক্তগী মথা।

লৈরে সনাতন দোলযাত্রা ফাও প্রভুগী নাক্ত'। দোল হেক লোইবদা শিন্নরে ভক্তদা নৌহৌনা প্রভু ব্রজভূমগী ভাব, পীনরে বিদায় তন্নমক।

খোঙশাল্লে সনাতন বৃন্দাবনগী প্রভুগী য়াথং লুদা থোং চৎলি ঝারিখণ্ড ফাওদুনা প্রভুনা লেপ্খিবা লমী। হুমিৎ থা কয়াগী মতুং য়োরে বৃন্দাবন। মনাওদি য়োরমদ্রি, মহারদুম যনা কুইনা হাল্লে।

রূপ নীলাচলদগী বৃন্দাবন চুমদ্রিং চক্লে, ফৈ গৌড়দা। মংশায মচীন্নাও অহুমদা মনাও অনুপম লৈখদ্রে, ময়াম্বা সনাতনগী লৈংথংগী সুংশগী অম্বা ওইনা তৌরে। মহাক্না মথোয় অহুমগী স্থাবর জঙ্গম সম্পত্তি পুন্নমক দেবোত্তর, ব্রহ্মোত্তর, স্বত্বাধিকারীশিংগী অতা অতাবা শরুক কায়দনা য়েন্থোকপা হোৎনবদা চহী অমা থর কন্না ফাই। অদুনা ময়াম্বনা বৃন্দাবন য়ৌবা হানথিবনি। অদুবু, থবক্না হেক লোইবগা অদুম হেক্সমক খোঙশানবনিনা, থর কানরবস্, উন্নবদি অদুম মউন্নরে।

মচীম্মনাউ অনী চঙ লাইরিক লাইশু লোইনা থি মতম্মা লুপথরবা লীলা স্থলীশিং তোরে লোইনা উদ্ধার। লিংলে দেবালয়, চৎলে নীংথিনা ঠাকুর সেবা। থোইথোইবদি, মথোয়গী যোগশক্তিনা প্রেমাবতার গৌরাঙ্গগী শিক্ষা দীক্ষা লোইনবা কৃপ্পা লোইনা শেংনা লাচম্মুনা ধর্ম মশাগী লেঙদবা ফৈরা থিল্লম্বদ নত্তুনা জগত্তা প্রেমগী মঙাল চাউনা পীরম্লিবসিনি।

শ্রীমদ্‌সনাতন গোস্বামীগী প্রেমভক্তিগী মশক্ষক ওইরবা থোর্ক্কজৈগী অবদান— মমম্মাইদ্রখা লাইরিক মরি, ফাওই বৈষ্ণব জগত্তা, মানি মথোযগী নীংথিবা মিংথোন্দি বৃহদ্‌ভাগবতামৃত, হরিভক্তিবিলাস, লীলাস্তব, বৃহদ্বৈষ্ণবতোষণী।

# অৱোইবা চহী তৱানীথোই

শ্রীরাধায়াঃ প্রণয়মহিমা কীদৃশো বানয়ৈবা
স্বাদ্যো যেনাদ্ভুতমধুরিমা কীদৃশো বা মদীয়ঃ।
সৌখ্যং চাস্যা মদনুভবতঃ কীদৃশং বেত্তি লোভাৎ
তদ্ভাবাঢ্যঃ সমজনি শচীগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দুঃ।

স্বরূপগোস্বামী-কৱচা

শ্রীরাধাগী প্রেমগী থাক্লা কৈদা, প্রেমদুমক্লা মানা চুপ্পা
ঐহাক ইশাগী অঙকপা মাধুর্য্যাগী থাক্লা কৈদা।
মানা ঐগী প্রেমদই ঙভাইবনা কয়াম থঙনীংলু হন্বিনা থাজ
ওংলবনি মাই ভাব লো শচীই পীবুক-ঈথেন্দা।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা জগত্তা ঙাল্লম্বা চহী নীফুগা নীপান্নি। চহী কুনগা মরি মপুংদা সন্ন্যাসধর্ম্ম লোবা, আইগী যাথং মতুং ইন নীলাচল থোঙদাবা, চহী তরুক দাক্ষিণাত্য, গৌড় অমসুং বৃন্দাবন কোযবা, অমুক চহী তরুক অমা, গুরুগী আসন লোবা, ধর্ম্মনা তুং কোইহৌনবা মতিকচাবা ভক্তশিংদা ঈশ্বরতত্ত্ব, ভক্তিতত্ত্ব, রসতত্ত্বনচিংবা অথুপ্পা তত্ত্ব পূর্ণমক্কী শিক্ষা দীক্ষা পীনবা—অসি থিবিক্লি লোইনা মথক্তা তেন্না শাংনা লীক্লে। লীবা মাহে হৌজিক্তি অৱোইবা চহী তরাগা নীথোইগী থোঙফম।

লাকথি অদ্বৈতাচার্য্যাগী পাউ অমা—জগদানন্দনা পুরকপনি। তরজা ওইনা চেন্নকপনি। তরজা হাযবসি কবিশিংনা চন্নবা পাথোঙ মওং অমনি। চন্নকই—

বাউলকে কহিয় লোক হইল আউল।
বাউলকে কহিয় হাটে না বিকায চাউল।
বাউলকে কহিয় কাজে নাহিক আউল।
বাউলকে কহিয় ইহা কহিয়াছে বাউল।

আউল ওইরে লোইনা মী হায়ুকো বাউলদা।
তাইবা লৈত্রে চেঙ কৈথেন্দা হায়ুকো বাউলদা॥
আউলদি পায়দে থবক হায়ুকো বাউলদা।
সিনি বাউলনা চেল্লকপা হুম্মু বাউলদা॥

পাথোঙ অসি চৈতন্যদেব নগুনা স্বরূপনচিংবা পার্ষদ অমত্ত থঙবা ঙমথিদে। প্রভুনত্থ থৌগনশিংনা থঙনীংলে থঙনীংনা থোইনা ময়েক শেংদোকপিথিদে। আচার্য্যাদি মহাযোগেশ্বরনি, বেদ শাস্ত্রগী মতুংইন পৃজাগী বিধি কাযদনা চৎপ। অঙকপা ভক্তনি—ৱাহৈ অমনীসিদং শোম্বাংননা মবুন্নীংদি অমরোমদা হুমা ঙাওলগা মচীল অহুম থুপচিনথি, তন্না অহুম লোইশিনথি। মতাদুদা স্বরূপ মবুক্লীং ওহাক লম্বাঙনৈ। মাঙলু'নি' দুবু কয়া কুই স্বরূপকুম্বা ভক্তগী মবুন্নীংনা। থম্বি তন্না হোগদোরে প্রভুগী পুনশি-লীলাদা অনোবা অঙ্ক অমা, শকপনি অহুনোং জল-তুলসী কৎ হুঁকার তৌ কৌথবা অদ্বৈত আচায্যনা বিঙ্কন্তক।

অদ্বৈতগী পাউ হেক ফংবা হুমিং, নৎপু নত্তে, মিকুপ অহুমক্তগী প্রভুগী ফিভম অমা অহুম হোংথরে—মওং অমা অহুম চৎথরে। অয়ুক-হুংথিন্দি ফিবম অমা হোংলে হোংনা, মওং অমা চৎলে চৎনা থরহুম ফনা থোকই। সমুদ্রস্নান কায়দে, জগন্নাথদর্শন শোয়দে, ভক্তশিংদা দর্শন অহুম মপীনৈ। অহুবু দৈন্যগী মমিনা থিত্তংগাদ লাংবা নত্তনা পুমকুপ কুপশিনথিবগুমমা তৌবনা ভক্তশিংগী থম্মোই খুদিং ৱাদবদি ঙমথিদে। অহিংদদি অৱাবনি মীরোল চত্তে। কপ্পি—শিঙ্গৈ তত্তে মিত্তা পি, তৌই ভগবান্দা মশাগী দৈন্য-প্রার্থনা।

নাম্নামকারি বহুধা নিজসর্ব্বশক্তি
স্তত্রার্পিতা নিয়মিতঃ স্মরণে ন কালঃ॥
এতাদৃশী তব কৃপা ভগবন্মমাপি
দুর্দৈবমীদৃশমিহাজনি নানুরাগঃ॥

নাম কোন্দায়নিদো ভগবন নংনা পীনৱিবা
শক্তি লোইনা চেনবা সোনবা তান অকন্নদবা

খৌজাল 'ম্নক লৈন-লৈনমক পোক্ন্ নোংদম খীনা
পান্নু দেদো অরাবনি 'মক্তবু পুম্বিনা ॥

ন ধনং জনং ন সুন্দরীং
কবিতাং বা জগদীশ কাময়ে।
মম জন্মনি জন্মনীশ্বরে
ভবতাদ্ভক্তিরহৈতুকী ত্বয়ি ॥

পামজদে জগৎকী মবুঙো
মী লন থঙদে নীংথিজবী কবিতা।
পামজে নংবুদদি পোক্নবা
থুদিং মন্থিদনা নুংশিজরুবা ॥

অয়ি নন্দতনুজ কিঙ্করং পতিতং মাং বিষমে
ভবাম্বুধৌ।
কৃপয়া তব পাদপঙ্কজস্থিতধূলিসদৃশং বিচিন্তয় ॥

হে নন্দই মপাবী অমম-তাইবং-ঈপাক্তা ঈরাক্লবা
নদাই ঐবু।
নঙ্গী নখোঙ-থম্বাল খাদা পকপা লৈরীক মতম
লৌবিয়ুগবা মপু ॥

নযনং গলদশ্রুধারয়া বদনং গদ্গদরুদ্ধয়া গিরা।
পুলকৈর্নিচিতং বপুঃ কদা তব নামগ্রহণে ভবিষ্যতি ॥

সোঙগবা কদোম্নং নঙ্গী নাম
তৎপা লৈত পিনা মিৎলু অনীদা।
খোন্না তহিক তহিক মতৎ মতৎ
তুবুম খুদিংমা লোইনা হো ইশাদা ॥

তৌবিবসি পূং অমত্তংগী অনীদংগীদ নত্তে, অয়াম্বা মতমদা অহিং নোংশোয়
নোংশোয়বগীনি। তুম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ, কপ্পা লাউবা—পুন্নমক অসিনা

হকচাংদা শোক্লক্কবা তৌখিদে, শোক্ককখি অস্তমস্তম নোংমনোং। ওন্ককখি কুচু—ত্তাইংকখি মাযথোং, উবকখি হকচাং তথোক তবোই—ফাওগুম তৌখি হকচাংদা তুকথবা, শোস্থবা। ব্রানখি স্বরূপ, রামানন্দ শিংবা পার্ষদশিং। ব্রানবে ব্রাননা অসিনবু লোইবিব্রবদি মখোযদা পোথাক ভাইতুম থনবু রৈ ব্রমগনি। অত্তুবু লৈয়্ন তমখিদে।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব বাধাভাব চৎবে, প্রেমভক্তি পীনগে, কলিনা চাহৎনবা জীবশিংবু প্রেমভক্তিনা কনবিগে লাকপনি। হৌখিদে যাম নাম পনবে প্রেমভক্তি, অস্থিবে সঙ্কীর্তন—ভক্তিগী সাধন, পোক্লে শিষ্য বাঙ্গ মা গুরুগী আসন লৌবদা, লৌশৌবদা মতিমক চাবা। অহৈ আসম নাকশিংনবপা মতুংইন সাধক অমনা চৎকদবা শাজৎস্ত মশা ব্র কম্পনা উৎনে। ব্রাৎলবা হায়ববু মহাল্লা থঙ্গে নম্নবপা—

বাধাগী প্রেমগী থাক,
মহাক মশাগী মাধুর্যগী থাক,
মহাক্কী মাধুর্য চুপ্পদ নাদা
ফাওবা সুখগী থাক

অসিদা মঙাংবে, মসিদং থঙলগা থুপ্লগে থম্লুবরা থঙদে পান্নবি উৎখি অহিং অহিং রাধাভাবতা ব্রজগী প্রেমলীলা।

রাধা কৃষ্ণপ্রেমগী মশক্লি। শক্লিবত্তুনি অত্তনোং ঠাকুর মহাশয়না মহাক্কী প্রার্থনাদা—

কৃষ্ণপ্রেমমযী রাধা
রাধাপ্রেমময হরি।

রাধাগী কৃষ্ণপ্রেম অযৌবা থাক্কীনি। প্রেমগী অয়োবা থাক্তি মহাভাবনি। মহাভাবকী মশক্তি মযম মতম মওং পুন্নমক্তা কায়ন-মৈশা ইলাংদ লাংবনি। মিলন্দা ফাও কায়ননিকো থল্লুবদা কায়নমৈথু লাং মিৎলু তৎং হৌবিবনি। শক্লিবত্তুনি অত্তনো প্রেমগী কবি চণ্ডীদাস—

দুহুঁ কোলে দুহুঁ কাঁদে
বিচ্ছেদ ভবিয়া।

( কপ্পরি থাগা থাগা কোল
কায়ন-মৈথু তন লাং।।

ফাওথি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য দেবদা শ্রীমতী রাধিকাগী কৃষ্ণপ্রেমগী মৈচাক। শকথি, কপথি—অঙাওবা মতম্না।

যুগায়িতং নিমেষেণ চক্ষুসা প্রাবৃষায়িতম্।
শূন্যায়িতং জগৎ সর্ব্বং গোবিন্দবিরহেণ মে॥

হাঙলে লোইনা জগৎ পৃম্বা গোবিন্দ কায়নবম্নিদা।
চৎলে মিকুপ যুগ অমা হৌরি তক্তে নোং মিংলুদা॥

বিপ্রলম্ভগী মৈশা কন্না লাং ৱারবী রাধিকাগী মনৌ য়েংঙমদ্রবী সখীশিংনা কৃষ্ণগী মমিং য়াম্বা মচৎ পুথোক্তনা থাদোক্লো হায়রকপদা শ্রীমতীনা "ঐদি সিংয়াম্বত্রদা ইমল কৌবা থিদনা পৃন্নেম লেয়্না ঐগী থৱায়, হকচাং, পুরীং লোইনা কৎত্রবনি; চানবিবে মনাই, চানবিদ্রে মনাই, কদৌনি, লাইবক্কীনি" হায়থিবা ৱাফম নীংসিংলুবরা থঙদে প্রভু শকথি- —

আশ্লিষ্য বা পাদরতাং পিনষ্টু মাম্
অদর্শনান্মর্ম্মহতাং করোতু বা।
যথা তথা বা বিদধাতু লম্পটো
মৎপ্রাণনাথস্তু স এব নাপরঃ।

কোনবি হায মথোঙ পীনৈ হায চাংবিসঙ।
নত্রে লোৎখিত্রনা থম্মোই মৈ চুসঙ।
তৌনিংবদ তৌবসঙ মিৎয়াম্বদো।
মানি 'হুবু মাদনা থম্বায়গী মহাংঙো॥

লেনখি অসুম অহিং হুংথিন ব্রজভাবতা লুপ, ব্রজলীলাগী মতাং মতাং লোইনা নীংসিং, মহাভাবতা তাউ অঙাওবগী মতম। মতম্থু নত্তে, চপ চারবনি।

সমুদ্র ঈশিং মচুদা নীংসিংঙি যমুনা, নীংসিংলকই ব্রজলীলা মথং মথং। কুইনা কাউকুরবা চুংশিখিবা ব্রাকম, চুংশিখিবা চেংলৌ, চুংশিখিবা ইশৈ থংনীং নীংসি'লকপদা থম্মোইনা অৱা-চুঙাই অনীগী অপুনবা ঈয়ে চাবদি শোয়দবি'নি, প্রকৃতিগী নিয়মনি। চায় অদুনা চৈতন্যদেব, ঙহাক মঙদাই। গোপীগীত আবৃত্তি তৌই—কপ্পি, তুই, মঁাঙি থোংগুন। উই মাঙদা চটক চীং, নীংসিংঙি গোবর্দ্ধন —চেপ্লি চীথোঙ তম, তুই, তাই কুইনা মূর্চ্ছা লাং। হৈকোল অমা, লৈকোল অমা উরে কুণ্ডগী ভাব তৌই—কপ্পি, নোকই, ঙাওই তুই—তাই কুইনা অশিবগা পাংথক॥ জগন্নাথ দর্শন তৌরে শ্রীকৃষ্ণ ওইনা উই—কপ্পি। থো'গুল তারক, অমুক বলদেবগা ভদ্রাগা পানা উরে মথুরা-বিরহ নীংসিংঙি, পুড্রমদে থরায়, ব্রাহ্মৈ—লীক্লাং হৈরু তৎপনি, লোইনা চোইনা তাবনি। পার্ষদশিংগী ৱাবা থেংথি, শেন্নবগী নত্তে, শেন্নবদি জন্ম কোটিগী পূণ্যননি লৌই—চুঙাইনৈ ৱাবা কৌবা চঙদে, পোক্তে। ব্রাৱিবদি প্রভুগী প্রকট লীলাদা অস্তিমগী মমি তাবগুম্বা অমা ফিবদগীনি।

নোংমগী ৱানি। উদ্যান্দা ভক্তশিংগা থাবল লাংতুনা শান্নবম্বদগী প্রভু থঙহৌদনা মাখি। স্বরূপ, রঘুনাথ, জগদানন্দ—মথোয় অসিদি প্রভুবু স্তকথা থাদবনি। প্রভুনা করি থোইনা থঙহৌবা লৈতনা চীক্লাঙনথিবদুদা অংকপা অকিবা অৱাবগা লোয়ননা কন্না মায়গৈ চাইথোক্লদুনা থিনথি। অহিং চুপ্পনি। ফংনফম থোক্তবা মওং অমা চৎথিবনা অহিং চুপ্পদু ফংথিদে। লীলা লোইশিন্নগে থুপপ্পবনি প্রভু তন্না থল নোং থোংবগুম কপ সমুদ্র মপান্দা তা-তাদুনা লৈনথি ভক্তশিং।

নোংঙাল্লে। সমুদ্রদা ঈল হুল্লবা নীপা অমনা ঈন্দা থুবদগী লোক্তুনা পুরকথি প্রভুবু অশিবা মতম লেংদা থোং—মমিস্তদি তৎপা লৈত প্রেমগী থারা। সমুদ্রগী ঈপোম্নবা ঈথরুবা অমুবা ঈশিংদা থানা মশেক্কা মঙালগা শান্নবা উবদা ব্রজগী জলকেলি ওইনা উরু শরুক য়াগে চোংথরুবদা মঙদনিনা ঈথক্কা অদুম চেনথিবনি শকই কবিরাজ। নোংথাংনা থনবা অমুবা নোং ঙমজবা কৃষ্ণগী কুচুনি নীংথিবা। থাবন্না ঈৱায়বা অমুবা সমুদ্রদা ফংলবা য়াই কৃষ্ণগী দর্শন। মথোঙ-থম্বাল তমশিল্লবা য়াই প্রভু রেফ-তুফাং মতম। সাত্বিকবিকার কন্না ফাও

মূর্চ্ছা ফংঙৈ ঈথক্লা কোযনা চেল শান্নরম্বা যাই। থঙলুনি অরেপ্পা কনানব্ প্রভুগী লীলা।

জনম অবধি হামু রূপ নেহারিনু
নয়ন তিরোপিত না ভেল।

পোকপদগী মিৎসিনা থক্লবা মায়থোংনি
পেনবা কৌবদি মরৈত্তরবা।

মানিসে 'সিনা রাধাগী কৃষ্ণপ্রেমগী থাক। ফাওথিবনি চৈতন্যদেবদা প্রেমসিগী মৈচাক্সক, শকথিবনি অদুনোং—

যুগায়িতং নিমেষেণ চক্ষুষা প্রাবৃষায়িতম্।
শূন্যায়িতং জগৎ সর্ব্বং গোবিন্দবিরহেণ মে॥

মহাভাবতা তাউখিবা, ঙাওথিবদগী সমুদ্রদা চোংথরুবনি—লুপ্ত বনি। মহাভাবতা তাউখিবা, ঙাওথিবদগী তকথি শ্রীমুখ লৈমায়দা অহিং নোংশোযবা —অরাবগী মশক্তি প্রভুগী অন্তিম লীলা। থোঙ লোয়ে লোন্ন', অঙকপনি, চেনথি অহিং কয়া মন্দির তম, তুরুই কয়া মফম থঙদ তুদা থোংদা। কোম্বা নত্তে পার্ষদশিং প্রভুগী থোগন্দা। চঙদবনি—লৈতবনি, মখোয়দা কোমথোকপা কৌবা থিত্তফাও। অদুবু থোকই নো'মনোং অঙকপা ঙাক, ন'ঙি—নংবদ থংঙি মখোয় পুক্রমদবা অরাবা ঙাক। চৎলি, চৎলে অসুম অরোইবা চহী তরাগানীথোইগী লীলা।

শাস্ত্রে হৌজিক্তি লীলা ভগবান শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব চহী নীফুগা নীপাল। ওক্লবরা থঙদে থুংলবরা মনীং তিনথি মতাংসিদা জগন্নাথদা অদুম। তাথি অসুম প্রভুগী প্রকট লীলাদা যবনিকা।

তরাতংক

# গৌড়ীয় বৈষ্ণবমত

## অচিন্ত্য ভেদাভেদবাদ

সম্প্রদায়গী মশক দর্শন্না লেই। লৈনৈ অতুনোং বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মপাংগি চংগি ঃ শ্রী, ব্রহ্ম রৌদ্র, চতুঃসন—মবিরক মশা মশাগা দশং অমমম। লৈ অতুম গৌড়ীয়গীসু অমা। গৌড়ীয় বৈষ্ণবম • হায়নসু চংলি, অচিন্ত্যভেদাভেদবাদ হায়নসু থৌরৈ। বেদ অমসুং সাত্বিক পুরাণ শংনা দর্শন অসিগী ভূমিনি। সাত্বিক পুরাণদা শ্রীমদ্ভাগবতনা মপাংনি। লৌনৈ শ্রীগ্রন্থসি ব্রহ্মসূত্র ভাব তানবা ব্যাসদেবনা ইবম্বনি, সূত্র সিগী লেংদবা ভাষ্যগনি।

রূপ, সনাতন সার্ব্বভৌম রামানন্দ, স্বরূপ দামোদর, দাস রঘুনাথ, ভট্ট রঘুনাথ—মখোয়শিং অসিদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী অন্তরঙ্গ ভক্ত শনি। মখোয়দি শ্রীমুখমক্তগী কৃষ্ণতত্ত্ব, জীবতত্ত্ব ভক্তি ঃ রসতত্ত্ব লোইনা তাহৌ শংদোকখি। মখোয়গী লংবা জ্ঞানগী স্বত্তাধিকারীনা শ্রীজীবগোস্বামীনি। পূণ গী মশক ওইরবা মহাক্কী থোরৈজনা তমখি থদোল বৈষ্ণব জগতনা নীংথিরবা রত্ন ভাগবত-সন্দর্ভ। তাখি মতোল, লাকখি তন্না সর্ব্বসম্বাদিনী কৌবা অনুব্যাখ্যা, পোকখি অচিন্ত্যভেদাভেদবাদ। বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী, বলদেব বিদ্যাভূষণ অনীনা মখোং শোয় মপূং মরৈ নাংগিনা শা কন্নিবসিনি ওসি দর্শনগী জগতা অবাংবা থুভম অমা।

ভগবান আনন্দগী মশনি, পরম রসনি। শকই অতনা শ্রুতি—

আনন্দো ব্রহ্মেতি ব্যজানাৎ।

আনন্দ পরমো রসঃ।

রসো বৈ সঃ। রসং হ্যেবায়ং লব্ধানন্দী ভবতি।

কো হ্যেবান্যাৎ কঃ প্রাণাৎ যদেষ আকাশ ন আনন্দো স্যাৎ।

এষ হ্যেবানন্দয়তি।

আনন্দনি থঙু ব্রহ্মদি।

রসনি থোইথোইবা আনন্দ॥

রসনি মাদি। রসহ মশক্তি যং স্তুত্রাইনিবনি। কোল্লিবা মানা নংলক্ত আনন্দ হিংনি কনা থরাব হক। নত্রাহৈনি লোইনা মাদি।

চুপকে মশাগী রস, চুপহনগে জগৎপুস্ত, শান্নগে লীলা সেম্বনি বিশ্বজগৎ মহাক্কী শান্নপুং। শকই অতুনা শ্রুতিনা অত্তম—

একাকী ন রমতে। সোঽকাময়ত। একোঽহং বহু স্যাম।

আনন্দাদ্ধ্যেব খল্বিমানি ভূতানি জায়ন্তে।

আনন্দেন জাতানি জীবন্তি।

আনন্দং প্রয়ন্ত্যভিসংবিশন্তীতি।

ইথন্নদি ওইদ্রে, তোন্নগে ঐ মনাম লেপথি হৌংদ মা।

আনন্দমক্তগীনি পোন্নিবা লেঙ-পাল অপৃম্বা।

আনন্দনা হিংলিবনি লোইনা।

তান্নে আনন্দ নিংহুই অত্তম আনন্দা।

ভগবানগী শক্তি অহুম—চিচ্ছক্তি, মায়াশক্তি, জীবশক্তি হায়না থৈনৈ। চিচ্ছক্তিনা অন্তরঙ্গানি, মায়াশক্তিনা বহিরঙ্গানি। জীবশক্তি জ্ঞাঞ্চেনবা শক্তি ওইবনা চিচ্ছক্তিগা অমক ওইনা থোন্নবস্তু ঈশ্বরদা তুংল্লুদবনা বহিরঙ্গা ওইনা চৎলি তন্না। বহিরঙ্গা ওইনা চৎলবস্তু মায়াশক্তিগী থাক্তদি কৃমদে। কারণনা মানি মানা ভাঞ্চেনবা, মায়াশক্তিনা জ্ঞাঞ্চেন্দবা। লে অতুনা মাদি চিচ্ছক্তিগা মায়াশক্তিগা অনীগী মরক্তা। কৌনৈ অতুনোং মাবু তটস্থা শক্তি। ভগবান্দি মায়াগী রাংমদ ন। ভমদে মায়া মাবু শোকপা, শোক্তে থক। মাগী ওইবা পূর্ণমক চিচ্ছক্তিনা তৌহ লোইনা অত্তম, চঙদে মায়াশক্তিগী খুৎ কদৌহংদা করিহুং। মায়াশক্তিগী হায়ববু, মভোন্দা চিচ্ছক্তিনা তোংলগদ সেম্মি জগৎ। অত্তগুম জীবশক্তিস্তু মভোন্দা চিচ্ছক্তিনা তোংলগদ পোকই জীব। সেম্মি অস্তম ভগবান জগৎ অমস্তং জীব, শান্নে পেন্না লীলা।

জগৎকী মূলতত্ত্বদি চিৎস্বরূপনি, মানি মাদি অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব—অনীস্তুদবা, অমত্ত ওয়বা জ্ঞানগী মশক। বেদান্তশূবশিংনা কৌই মাবু ব্রহ্ম, যোগনা লম্বী ওইবশিংনা পরমাত্মা, ভক্তিনা লম্বী ওইবশিংনা ভগবান। ম্নসিমক্তি থঙজিল

উশিনবগী থাক খেন্নবদগী থোকপনি। শক্তিবিকাসগী মতুং ইন পরব্রহ্মগী স্বরূপ কয়ানি। ব্রহ্ম অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মরক্তা তাবা স্বরূপ পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণগুম মানি লোইনা সাকার—রূপমক্তি অপ্রাকৃত ওাক। ব্রহ্মদা ভগবচ্ছক্তি থ্‌ায়দগী চিনা ফাওই, পরমাত্মাদনা হয়াউ-তয়ামগী শক্তি থুপচিল্লি, ভগবান্দদি ভগবচ্ছক্তি লোইনা স্থনা ফাওই। ভগবচ্ছক্তি লোইনা স্থনা ফাওরিবা ভগবানগী পংথৈদা তারিবা স্বরূপশিংদি ভগবান স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণগী স্বাংশকলা ওাক্লি।

এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম্।
ইন্দ্রারি ব্যাকুলং লোকং মৃডয়ন্তি যুগে যুগে॥

ভাগবত

মানি কৃষ্ণ ভগবাম্নক অতৈনা মশেক মঙাল ওাক।
কল্লে জগৎ হিংচা মৈশা যুগ যুগদা হেক হেক লাক॥

কৃষ্ণমেনমবেহি ত্বমাত্মানমখিলাত্মনাম্।
জগদ্ধিতায় সোহপ্যত্র দেহীবাভাতি মায়য়া॥

ভাগবত

খঙ্‌ লেপ্পা কৃষ্ণসে মানি লেঙপাল পূম্বগী থবায।
জগৎমঙ্গলগী 'তুক পুশিন্নবদনি মীওম কায॥

মানি অদুনা শ্রীকৃষ্ণ জগৎকী মূলতত্ত্ব। মানি মাদি পরতত্ত্ব, অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব। নত্তে মাদি অবতার, মানি অবতারী—অবতার পূম্নমকী কারণ।

ঈশ্বর পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।
অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্॥

ব্রহ্ম সংহিতা

মানি কৃষ্ণ থোইদ থোইবা লাই সচ্চিদানন্দই মশক।
অনাদি আদি জগৎ-সৃষ্টা কারণ পূম্বই কারণমক॥

ভগবানগী রূপ চৎলি অনী—অকিবা অমা, নুংশিবা অমা। অনিদা নুংশিবা রূপপুনি শ্রীকৃষ্ণগীদি। অমকপা লৈতনা কজবা, অরাৎপা লৈতনা নীংথিবা, ভগবান স্বয়ং ওইবা মদোমগীদ ওইবা মফজ, মতুংশিগী মশক্লি। নুংশিবা,

ফজবগী মশক কাম কৌবা লাইমক্কা মিহৌদবা, মিতাংবা ঙমদবা শকফম্বি মাগীদি। কৌনি অদুনা মাবু মদনমোহন—কাম্না লুহোং শককম। শক্তা মপা লৈতবদ নত্তে, গুণদস্তু অদুমঙায়। মশা অমত্তু ওইবা নারায়ণমক্তগী গুণ মরিনি থোইরিবা।

(১) সর্ব্বাদ্ভুত-চমৎকারলীলা-সমুদ্র-বিশিষ্টতা ;
(২) অতুল্য-মধুর-প্রেমশবিশোভিত-প্রিয়মণ্ডলযুক্ততা,
(৩) ত্রিজগন্মানসাকর্ষিমুরলীকলকূজিততা ;
(৪) চরাচর-বিস্ময়কারী-সমন্ধর্দ্ধ-রহিত-রূপ শ্রী-যুক্ততা,

মাসি মাদি জগৎ পুম্নমক্না ঙক্লবা শীংনাইদবা অমম্বা লীলা ঙাক শান্নবা হৈবা, চুংশিজবা থেংনবা থেংনবী কোঙ্গায় কোঙ্গায়না ইশঙদ শঙদুনা লৈবা, মবোল-অহম শুম্বা ইশৈ শকপা হৈবা, অচচ্চত্ত লোইনা ঙকপা অথোই পাংথক লৈতনা ফজবা, নীংথিবা। মদুমক্না মহালক্ষ্মীমক মাগীদমক থোইরাংদবা ঙমদ্রদুনা মহাকথং যমুনা মপান্দা বেলবন্দা অকনব, তপস্যা তৌরম্বিবনি। অঙকপমক্তি শ্রীকৃষ্ণ, মধুবনি মধুর মহাক্কী শক্তম।

মধুরং মধুরং বপুরস্য বিভোঃ।
মধুরং মধুরং বদনং মধুরম্।
মধুগন্ধি মৃদুস্মিতমেতদহো।
মধুরং মধুরং মধুরং মধুরম্॥

কৃষ্ণকর্ণামৃত

অঙ্গ য়েংলে ইবুংঙোগী মধুরনি।
মায়থোং য়েংলে অদুমঙায় মধুরনি।
অমৃত-চেনবা মোমোন্দি 'মুক করি হায়রনি।
মধুরনি মধুর মধুরমক্তি।

থোইথোইবা গুণ অমনা মহাক্কী অমুক—সমুদনা জগৎকী নোং পুম্বা হুল্লে ছুন্না মযেং থক তাদবগুম, মণিনা সনা মপৈ মপৈ গোক্লে থোন্না মশা থক কায়দবগুম, অচচ্চত্ত লেঙ-পাল্লিবা পুম্নমক মঙোন্দগী থোইনা থোকই হায়দুনা

করি তাবা, কায়বা হোংবা লৈতবা মহাক্কি পূর্ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণ। মকই অদুগা শ্রুতি।

ওঁ পূর্ণমদঃ, পূর্ণমিদং, পূর্ণাৎ পূর্ণমুদচ্যতে।
পূর্ণস্য পূর্ণমাদায পূর্ণমেবাবশিষ্যতে॥

অথুপ্পা থঙদে অকোংবা মানি লোইনা ব্রহ্মই মশক।
পুথোকই লোইনা 'সিপুম্বা তাদে মাগী মংলেংদি থব॥

জীব চিৎকী মশক ওইবা ভগবানগী অংশনি—চিদংশনি। ফাওই মীদা মপুং ফানা জীবশক্তি, মায মপুং প্রাণ। কুম্মি অদুনোং মতাং মতাংদা ভগবানগী জগত্তা, মীগী মশত্তা, শান্নে লীলা হেক হেক। লোইবা থম্বা নাইদবা মতমগী তৎপা লৈতবা মাগী অথুবা লীলাদা অহোংবা অমা ওইনা থোকপগা, অকোংবা লীলাসিদনা মথল মথেল থোইনা হেন্না হবগা থোইনা হেন্না লেন্না শান্নবদ নত্রে, তাকই—তাকপনি মশক, উৎনি—উৎপনি মাগী থম্বা।

ব্রজভূমগী লীল থোইথোইবনি মহাক্কী অযোংবা লীলাদা। উৎংম্বনি অথুপ্পা লেঙদবা লীলা, তাক্কম্বনি লেঙদবা হুঙাইবগী লম্বী—থিরকউ ঐরু জগৎ, তন্নকউ ঐগী লম্বা, ংংগনি থোইথোইবা হুঙ ইবা—পূর্ণানন্দ, ব্রহ্মানন্দনা শোকহেদবা।

মী চৎনি মথল অনী। অমনা ঈশ্বর থাজনা পোকই, অমনা থাজদনা পোকই। থাজনা পোকপা মীদা মাযা পঙচঙ চঙদে, থাজদনা পোকপা মীদা মাযা থীনা চঙি-চেন্নি, লাইক্লে, থীনা তৌই। অদুদি, পুম্মাঙমক মাঙলবরা! মাঙদে। অব্রাবদগী মতোমগদনা ঈশ্বর নীংসংজরকই হায়, থোজালহৈবা মীশক অমগী পাউতাক ফংঙি হায়, খুদোং অমদগী শ্রবণ কীর্ত্তন তৌরুই হায়, মাযাগী লাংদগী অদুম মনাম্থোকই।

মী ভগবানগী নিত্যদাসনি, সেবাগীদমক লেম্বনি। ভগবদ্ সেবা তৌদবা পুনশি অরেম্বনি।

জ্ঞান, কর্ম্ম, যোগ ভক্তি—ঈশ্বরগী লম্বী ভাক্সি। থোইথোইবদি ভক্তিনি। ফংঙি ভক্তিদি অতৈ থিবিক্কী ফল, ঙমদে ফংবা অতৈ থিবিক্কদি ভক্তিগী ফল।

ভক্তিগী অর্থ অয়োবা প্রেম হায়বনি। কনাগুম্বা অমবু নত্রে ঈশ্বরবু থেংনা হুংশিবা থঙনৈ।

সা কস্মৈচিৎ পরম-প্রেমরূপা।
সা তু কর্মজ্ঞানযোগেভ্যোহপ্যধিকতরা॥

নারদ ভক্তি সূত্র

মানি মাদি ( ভক্তি ) হেক্ত মুংবা কনাইকা।
মানি 'মুক্ত্ জ্ঞানকর্মযোগ থিবিক্তই থোইবা॥

সা পরানুরক্তিরীশ্বরে।

শাণ্ডিল্য ভক্তিসূত্র

মানি মাদি ঈশ্বর থেংনা হুংশিবা।

অহৈতুক্যব্যবহিতা যা ভক্তি পুরুষোত্তমে।
সালোক্য-সার্ষ্টি-সারূপ্য-সামীপ্যৈকত্বমপ্যুত॥
দীয়মানং ন গৃহ্ণন্তি বিনা মৎসেবনং জনাঃ।
স এব ভক্তি যোগাখ্য আত্যন্তিক উদাহৃতঃ॥

ভাগবত

চুম্নদ ভগবানগী পঙ্গল্দ হুংশিনবশিংদা।
সালোকা সার্ষ্টি সারূপ্য সামীপ্য অমা পীবদা।
ঐগী সেবাদং নত্তনা লৌরোই মথোয় কনামত
তাকই 'সিনা ভক্তিযোগই থাক লৈ মথোয় থৱায়গী থক্ক'॥

ভক্তি চৎলি অহুম—জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি, কর্মমিশ্রা ভক্তি, শুদ্ধাভক্তি। জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনা ফংহল্লি মোক্ষ—অরানবা হুভম; কর্মমিশ্রা ভক্তিনা সুখ—য়াইফবা মপোক, শুদ্ধা-ভক্তিনা ঈশ্বর—ঐশ্বর্য্যগী মশক।

শুদ্ধাভক্তি চৎলি অনি—কৌই অমনা বৈধী ভক্তি, অমনা রাগাত্মিকা। বৈধী ভক্তিনা ফংহল্লি ভগবান, রাগাত্মিকানা শ্রীকৃষ্ণ—পূর্ণ ভগবান।

ভক্তিগী অঙ্গ হুমফু মরিনি। শ্রবণ, কীর্ত্তন, স্মরণ, সেবন, অর্চ্চন, বন্দন দাস্য, সখ্য, আত্মনিবেদন—মাপল্লিনা মপুংনি। থোইথোইবদি মাপল্লিদা মানি কীর্ত্তন।

নামরূপগুণাদীনামুচ্চৈর্ভাষণন্তু কীর্তনম্ ।
বহুভি র্মিলিত্বা কীর্ত্তনং সঙ্কীর্তনমুচ্যতে ॥

ভক্তিরসামৃতসিন্ধু

নাম রূপ গুণ চিংবা খোল খোক্ক সোনবনু কৌই কীর্তন ।
সঙ্কীর্তন হায়বা খুৎনৈদে তৌবো মপাম মশক কন ॥

নীংথি, চাউরই চন্না কীর্তনগী ফল । শকই শ্রীমদ্ভাগবত—

কলিং সভাজয়ন্ত্যার্য্যা গুণজ্ঞাঃ সারভাগিনঃ ।
যত্র সঙ্কীর্তনেনৈব সর্ব্বস্বার্থোহপি লভ্যতে ॥
( ১১ । ৬ ৩৬ )

কলিদদি সঙ্কীর্তনদনা খুঙৈনে লোইনা অমীংবা ।
ভৈরু দুনা মাবু হৈরাউ হৈরাউ অমচৈগে লোইনবা ।

কলের্দোষনিধে রাজন্নস্তি হ্যেকো মহান গুণঃ ।
কীর্তনাদেব কৃষ্ণস্য মুক্তবন্ধঃ পরং ব্রজেৎ ॥
( ১২ । ৩ । ৫১ )

দোষ-পাযবা কলিগী লৈদো খক্ক গুণমা চাউবরা ।
কৃষ্ণন মদ সোনবদ কেঁকই হেক্ক নাং কায ধাম খোইবা ॥

কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ ।
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরিসঙ্কীর্তনাৎ ॥
( ১২ । ৩ । ৫২ )

সত্যদা যংনৈ ধ্যাননা বিষ্ণু ত্রেতাদনা যজ্ঞনা ।
দ্বাপরদা সেবানা কলিদনা নামসঙ্কীর্ত্তনা ॥

বৃহদ্বিষ্ণুপুরাণনন্ত শকই অদুম সঙ্কীর্তনগী মাহাত্ম্য—

সর্ব্বরোগনাশনং সর্ব্বোপদ্রবনাশনম্ ।
শান্তিদং সর্ব্বারিষ্টানাং হরের্নামানুকীর্তনম্ ॥

কোকই লোইনা অনা অযেক চেল্লি লোইনা তিমুলাইমু ।
সোল্লবদা হরিনাম শেনফৈ লোইনা গ্রহই রিষ্টিস্ব ॥

তস্মাত্তু কর্মভূং লোকে বাগদং মানসমেব চ।
যন্ন ক্ষাপযতে পাপং কলৌ গোবিন্দ কীর্তনম্॥

গোবিন্দ সোনবদা কোয়্রোই কদৌ পাপ থন্নু-হাযকবা।
লৈত্রবনি থঙু লৈদিং পাপ্প মাসিমুক চাউবা॥

শক্তিম্মি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবস্ত অষ্টম—

চেতোদর্পনমার্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্ব্বাপনম্।
শ্রেয়ঃ কৈরবচন্দ্রিকাবিতরণং বিদ্যাবধূজীবনম্।
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনম্।
সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনম্॥

শিক্ষাষ্টক

থম্মোইগী মংশেল শেংনবাই সংসারগী লমডাউ লইম্মে মুৎনবাই।
যাইফ থারিকথা চান্নবাই ইংথনী মৌগুম্বী বিদ্যাগী থবায।
হুবাই ইপাক ইকানবাই খোঙথাং নদিং অমুৎ খোরূম থন্নবাই।
ওইবি থোইনা জয শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্তন থবায হকচাং শান্দেংনবাই॥

ঈশ্বরদি নামগী মশক্তি—নামস্বরূপ। সার্থক্রি মাগী নাম থিবিক নত্তে অমত্ত নিবর্থক। তৌ নাম কীর্তন, পোক্নি প্রেম। কাউন্ন সম্বন্ধ শ্রীকৃষ্ণ, অভিধেয় ভক্তি, প্রযোজন প্রেম। শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী মশক্তি—প্রেমস্বরি, ফংগনি প্রেমা—প্রেমতনা। প্রেম ফংগনি নাম কীর্ত্তন্না, তৌ তৎপা লৈত কীর্ত্তন।

বিনা প্রেমসে না মিলে নন্দলালা।
প্রেম্না নত্তনদি ফংদে নন্দলালা।

মীরাবাই

প্রেম ভগবানগী স্বরূপশক্তিগী মন্নংচনবা হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তি অমনি। ভগবানন্দ লৈ। মহাভক্তি থৌজালগী মশক্তি, তত্তে চাই মাদি জগৎ থুংনা প্রেমামৃত হেক হেক। ভগবান থাজদনা পোকপা মীওইদদি মশা মাযানা থীনা রূপ মথম্মোই মচু থীনা শং অরুবা পক্তবনা চঙদে পঙচঙ, যৌদে পঙয়ো। থাজনা পোকপশিংদদি ফত্তে, য়োই। কন্নিনা! মী সেবাগী সেম্বনি ভগবান্না

লীলাগী, মানি অদুনা মাদি ভগবানগী নিত্যদাস—লেঙদবা মনাই। চেল্লকই অদুনোং মশাদা সেবাগী থাসনা—সেবা পাম্বা মুংগী ওইবা লীচৎ অমা। ভগবদ্-কৃপানা মাযানা থিজ্জং শেনফবদা মথম্মোইদা প্রেমগী মরূ তাই—চোংঙি ময়োল। সাধন্না মখোঙ শোম ঈচাই পী প্রেম্না নোংমনোং ঈনথৎলকপা মতুং ইন ভগবানগী শুদ্ধসত্তাগা নকশিন্নরকই মথম্মোই। হেক তিনখিবদগীদি জগত্তা লৈনা লৈনা জগৎ ৱাংমগী অদুম ওইখ্রে। চল্লে ভগবান মখুৎ অদুম। মীগী জগৎসিদা চৎলিবা মুংশিনবা মরীশিংনা সুকশোক শোকপা য়াদ্রবা ভক্ত ভগবান অনীগী মরীনি—মথা পুম্পোন পোন্নবা।

প্রেম্না হৌবা রতিদনি। বায থাক মথং মথং। কৌই স্নেহ, মান, প্রণয, বাগ, অনুবাগ, ভাব, মহাভাব। রতিসু প্রেম্নি, অদুবু, প্রেম্না মশক্নক নাইবা হৌবদি স্নেহদগীনি। প্রেম্না মশক নাইবক্ত না থম্মোইবু ঈরী চেংলনবা ঙম্নকপদা স্নেহ কৌই। স্নেহ পোক্লবদা থাননীংদ্রে। স্নেহনা মপাল ফগৎলক মরৌ তৌরক, ৱারৌ-পুরৌ চাউরক্লগা মান কৌই। মান্না অমুক থাক কাখল্লক মুংশিরুবা মীশকপু ইশামক্কি, থৱায অমত্তনা হকচাং অনী থোকচবনি থল্লকপদা কৌরে প্রণয, প্রণযনা কারগা রাগ। রাগনা মরমতবানা মুংশিবা মীশক পেন্নবা হোৎনরকউে কৌরে অনুবাগ। অনুরাগদগীদি লাক্লে মুংশিবগী মফমদা হাযজবা, চঙজবা থৱায হকচাং পুক্নীং কচ্চবদ থংবা মত্তৌমা। কৌরে স্নেহ মতাংদুদা ভাব, ভাবকী অয়োবা মতাংদনা মহাভাব।

শ্রীমতী রাধিকা হ্লাদিনী শক্তিনি। ব্রজগোপীশিং মহাক্কী কায়ব্যূহ ঙাক্কি। বহুকান্তা নত্তনদি ভগবান্না প্রকট লীলাদা উজ্জ্বলরসগী মুঙাইবা ফংলরোই কিদুনা মখোয় সেম্বনি। ফাওই অদুনা ব্রজগোপীদদা মপুং ফানা প্রেম। ভাবময়ী ঙাক্কি মখোয লোইনবা। মানি শ্রীমতীনা মহাভাবময়ী। মখোয়গী প্রেম মোদন নত্তে, মানি মাদন। শক্তিবদুনি কৃষ্ণগণোদ্দেশদীপিকা—

রম্যা কাশ্চিদুপাসনা ব্রজবধূবর্গেণ যা কল্পিতা।
মানি লম্বী নীংথিবা ব্রজই চম্বরাশিংনা পুখ্রিবা ৱাথল॥

তরাতরেৎ

# গৌড়ীয় বৈষ্ণব উপাসনা

আরাধ্যো ভগবান ব্রজেশতনয়স্তদ্ধাম বৃন্দাবনম্।
রম্যা কাশ্চিদুপাসনা ব্রজবধূবর্গেণ যা কল্পিতা॥

গণোদ্দেশদীপিকা

নীংগনি ভগবান ব্রজনংথৌ মপানি মাগী ধাম বৃন্দাবন।
মানি লম্বী নীংথিবা ব্রজই চনুবাশিংনা পুথিবা রাথল॥

শ্রীকৃষ্ণ জগৎকী মূলতত্বনি। অবতার নত্তে, অবতারীনি। পূর্ণ ভগবাননি। ভগবানগী অকিবা হুংশিবা—রূপ অনীগী হুংশিবা রূপশুনি শ্রীকৃষ্ণদি। অমকপা লৈতনঃ ফজবা, অরাৎপা লৈতনা নীংথিবা, ভগবান মদোমগীদ ওইবা মফজ, মহুংশিগী মশক্তি। হুংশিবা ফজবগী মশক কান্না মিহৌবা শকফম্নি মহাক্কীদি। কৌনৈ অদুনা মাবু মদনমোহন—কান্না লুপ্পা শকফম। তিনবনি মড়োন্দা ঐশ্বর্য্য, বীর্য্য, যশ, শ্রী, জ্ঞান, বৈরাগ্য—ভগ তরুক্তক।

ভগবান আনন্দগী মশক্তি। অদুনা পবমরসনি। চুপচগে মশাগী রস, শান্নগে লীলা সেম্বনি জগৎ। বিশ্ব-জগৎ রঙ্গভূমিনি—লীলাপুংনি লীলাগী মশক ওইবা ভগবানগী। ভগবানগী লীলা চৎলি অনী—অথুপ্পা অমা, অফোংবা অমা। ভগবানগী সৃষ্টিদা অয়োবনি মী। ফাওই মড়োন্দদা মপুং ফানা প্রাণ। কুম্মি অদুনা মরক মবক মীগী জগত্তা, শান্নে লীলা ফোংনা হেক হেক মীগী শক্তমদা। শান্নবদ নত্তে চুম্নদ, তাকপনি মশক, উৎপনি মাগী লম্বী। ব্রজভূমগী লীলা থোইথোইবনি ভগবানগী অফোংবা লীলাদা। উৎলম্বনি অথুপ্পা কায়দবা লীলা, তাক্লম্বনি লেঙদবা হুণ্ডাইরগী লম্বী, "থিরকউ ঐবু জগৎ, তম্লকউ ঐগী লম্বী, ফংগনি হুণ্ডাইবা থোইথোইবা ভগবানগী নিত্যলীলাদা সেবনগী অধিকার, লোয়ননা পূর্ণানন্দ, ব্রহ্মানন্দনা শোকওমদ্রবা মহুণ্ডাই।

গোপালকৃষ্ণ প্রেমগী মশক্তি। কুম্নকপনি ব্রজভূম চুপকে মশাগী প্রেমরস। শান্নখি প্রেমগী লীলা, চুপখি পেম্না প্রেমরস মরি—নন্দ যশোদা অমসুং মথোয়গী পরেংদা বাৎসল্য রস। দ্বাদশ গোপালনচিংবা গোপ পরেংদা সখ্যদাস্যরস,

রাধিকানচিংবী ব্রজগোপীশিংদা মধুর রস। উৎথি ভক্তশিংদা সাধনগী লম্বী—সম্বন্ধনা ঈশ্বর, অভিধেয়না ভক্তি, প্রয়োজননা প্রেমনি। মাকথি ভক্তিদা শুদ্ধাভক্তিনা থোইথোইবনি, শুদ্ধাভক্তিগী অযোবা শক্তম্ কৌই রাগানুগা ভক্তি। পুন্নি ভগবান প্রেম্না—প্রেমদংগ পোল্লি মাদি ভক্তগী মথা।

জ্ঞান, কর্ম, যোগ, ভক্তি—ঈশ্বরগী লম্বী মরি। থোইথোইবদি ভক্তিনি। ফংঙি ভক্তিদি অতিথিবিক্কা ফল, মমদে ফংবা অতি থিবিরদি ভক্তিগী ফল।

ভক্তি চৎলি অহুম—জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি, কর্মমিশ্রা ভক্তি, শুদ্ধাভক্তি। জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনা ফংঙি মোক্ষ—অথানবা খুদম, কর্মমিশ্র ভক্তিনা স্বর্গ—য়াইফবা মপোক, শুদ্ধাভক্তিন ঈশ্বর—ঐশ্বর্যগী মশক।

শুদ্ধাভক্তিগী মশক চৎলি অনী। কৌই অমনা বৈধী ভক্তি, অমনা রাগানুগা। বৈধী ভক্তিনা ফংঙি ভগবান, রাগানুগা ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণ—পূর্ণ ভগবান।

ভক্তিগী অঙ্গ হুমফুমরিনি। শ্রবণ, কীর্ত্তন স্মরণ সেবন, অর্চ্চন, বন্দন, দাস্য, সখ্য, আত্মনিবেদন—মাপন্নিনা মপূংনি থোইথোইবনি কীর্তন্না মাপন্নিদা।

ঈশ্বরদি নামগী মশক্নি, নমক্নি। সার্থক্নি মাগী নাম থিবিক, নত্তে অমত্ত নিরর্থক। মৌ নাম কীর্ত্তন, পোক্কনি প্রেম। কাউন্ন সম্বন্ধ শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র, অভিধেয় ভক্তি, প্রয়োজন প্রেম। শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী মশক্নি, প্রেমম্নি, মংগনি প্রেম্না, প্রেমতনা। প্রেম ফংগনি নামকীর্তন্না, মৌ মৎপা লৈতকীর্ত্তন।

প্রেমগী মশক মরিনি—দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুরপ্রেম। মধুরপ্রেম্না থোইথোইবনি মরিদা। দাস্যনা মনাই ওইবনা চঙজবা মওংদা ভগবান্দা চঙজবা থঙনৈ। অতুগুম, সখ্যনা মরূপ ওইবনা চচ্চবা মওংদা চঙজবা, বাৎসল্যনা মমা মপা ওইবনা মচাবু হুংশিজবা মওংদা চঙজবা, মধুরপ্রেম্না হুংশিনবা চান্নবী অমনা চচ্চবা মওংদা চঙজবা থঙনৈ অহুম।

মধুরপ্রেমগী মশক চৎলি অনী—বৈধী প্রেম। অবৈধী প্রেম। বৈধী প্রেম পুই স্বকীয়া ভাবনা, পরকীয়া ভাবনা অবৈধী। বৈধী প্রেমদা স্বদে প্রেমগী শক্লোল, স্বই অবৈধীদদি। পূর্ব্বরাগ, রাগ, অনুরাগ, অভিসার, উৎকণ্ঠা, বিপ্রলব্ধা, খণ্ডিতা, মান, মিলন লোইনা চৎলি। চৎলি তুংইন স্বনা ভাব।

কায় মপুং প্রেমলীলা। ফংই চুপ্পা সুনা প্রেমরস। চুপথি অতুনা ভগবান্না ব্রজগী প্রেমলীলা—পরকীয়া রস—লূপ্পি অতুনা স্বকীয়াদগী পরকীয়ানা মধুর-প্রেমগী ক্ষেত্রদদি। চঙ্গদবনি অতুনা পরকীয়া ভাবতা ভগবানগী প্রেমসেবা।

লীলাগী মশক ওইবা ভগবানগী অফোংবা প্রেমলীলাগী যোগমায়ানা সেম্বা অফোংবা বৃন্দাবন্নি বৃন্দাবন। পুথোকপনি পূণ্যভূমিসিদা লীলাগী ভগবানগী সাঙ্গ পাঙ্গ লোইনবা। সেম্বনি বাৎসল্যনা থোঙদাকম দাস্যসখ্যনা থোঙলোয়। আনন্দগী মশক ওইবা ভগবানগী হ্লাদিনী শক্তিনা রাসেশ্বরীগী শক্তম লৌ মশাগী শক্তিনা গোপী মযাম সেম পুরবনি পরকীয়া ভাবনা প্রেমলীলা। ভগবানগীদমক্ত অশেংবা রজঃ—লৈরীক চাইতনা সেম্লবা, মাগী রজঃ খুদিংমক ভগবানগী চরণ সেবা ফংলবা পূণ্যভূমি বৃন্দাবন। বৃন্দাবনগী দর্শন, মাগী রজঃ থক্তা গডাগডি অমুক্তং কচ্চবা মহাপূণ্যনি। জন্ম কোটিগী পাপ কোক্লবনি অতুম।

প্রেমগী সেবা চৎলি মওং অনী। অমনা মোদন্নি, অমনা মাদন্নি। মোদন্না ইশাগী চৎপা সেবানি—কাম্নি, কামগী সেবানি। মাদন্না নত্তে ইশাগী পেন্নবা চৎপা সেবা, প্রেমগীদমক্ত পেনবিনবা চৎলুবা সেবান্নি—প্রেম্নি, প্রেমগী সেবানি, নত্তে কামগী সেবা। ব্রজগোপীশিংগী কৃষ্ণপ্রেম মোদন নত্তে মাদন্নি, আত্মলুপ্তনি মথোয়গী কৃষ্ণপ্রেম। কৃষ্ণগীনি মথোযগী মথব্রাখ, মহকচাং, মবক্লীং। চঙদে মথোযদা জাতিগী লাজ, কুল, মান, ধর্ম্ম। মথোযগীদি কৃষ্ণদনা পেনবিরগা লোইরে। মথোয়গী কৃষ্ণপ্রেম প্রেম্নি, নত্তে কাম। পুনবনি অতুনা প্রেমগী মশক ওইবা পূর্ণভগবান শ্রীকৃষ্ণ গোপীশিংনা তরাই। গোপীভাবতা চঙু ভগবানগী প্রেমসেবা, ফংগনি শোয়রোই প্রেম মাগী প্রেম।

মী মীনি মীমান্নবা নত্তে, থেন্নে মপোক। কনানা পোক্লই ঈশ্বর নীংনা, কনানা পোকই নীংদনা। নীংনা পোকপা কাঙবুদা চঙদে মাযা পঙ্কন্নক বম্না, নীংদনা পোকপা কাঙবুদনা থোই মাযা, চঙি থীনা। অস্থুম অস্থুম পুনশিন্নি নোংমনোং, চল্লি মথুৎ পূমজল, শাম্নৈ শান্নকীংবা মওংদা মনীং তম। লৈত্তে নাম্বোকপা কৌবা মায়াগী থুবাংদগী চেৎলবা। মশানা হৈজরবা অমা নত্রে করিগুম্বা থদোং অমা মতাম্মা চাক্ল ফংলুরবা মনাম্বোক্তবম্ন নত্তে, অতুম

মনাম্বোকই। হৈবা হায়বনা নাম সোনবনি, খুদোং হায়বনা নাম তাবনি, কীর্ত্তন্দা শরুক য়াবনি।

লীলাগী মশক ওইবা ভগবান্না সেম্বনি মী লীলাগী। হৈতত্নবা মতোন্দগী য়াম্বদনি। মাযাদা লুপ্তুনা য়াবদনি। হৈয়বদি মীপুম খুদিংমক শরুক অত্তম মযাই লোইবা নাইদবা কালগী প্রেমগী লীলাদা ফজবা হুংশিবা মহাক্কী লেঙদবা।

নামকীর্ত্তন্না শেংদোকই পুন্নীং, পীনৈ থম্মোইদা ঈশ্বরগী প্রেম। লাকই তুংইন সেবাগী পুকচেল। থৌজালগী মশক্তি ভগবান, পীনৈ মহাক্কী হ্লাদিনীগী মঙাল। চিংশিনবি অসুম অসুম নোংমনোং, শুদ্ধসত্তাসিদা থম্মোই। কাউয়কই মশা, পুরকই মযুক্তা মহাক মশামক্কীনি ভগবান। পোক্লকই দাস্ত, সখ্য, বাৎসল্য, মধুরপ্রেম মথং মথং অধিকারগী মতুংইন। তিন্নই ভগবানগী অথুপ্পা লীলাদা, পুরুই সেবা, যারুই শরুক অনন্ত কালগী অনন্ত লীলাদা লীলাগী মশক ওইবা ভগবানগী। পুই, চঁঙি সেবা অসুম সেবাগী সেম্বা জীবশক্তি, তাউজৈ আনন্দদা ব্রহ্মানন্দদগী থোইরবা।

লৈতে ঈশ্বরদা নিপা মুপী। খাযদে মতোন্দদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য, শুদ্র। নাইদে জাতি, বিজাতি, ঈশ্বরগী চিদংশনি জীব। হুংশিন্নু জীবনি, হুংশিবা তম্মু। কল্লু মথোয়বু মায়াদা লম্ম্ রিবা।

পাউ শ্রীমদ্ভাগবত সাত্ত্বিক পুরাণ অথোইবা। থঙনি মশক ঈশ্বর, জীব, জগৎ। শ্রীকৃষ্ণগী মশক্তি। কৎলু ভক্তি, থজনি শ্রীকৃষ্ণ, মহাক্কী অঙকপা লীলাগী পরেং।

জীব ভগবানগী অংশনি, মাঙদে। মায়াগী বাংমদা ভগবানগী নিত্যলীলাদা শরক যাবা ফংনবা হোৎনবনা ধর্মনি জীব মশাগী অথোইবা।

নূনং বৃন্দাবনে রম্যে শৃগালত্বং মন্যে।

বৃন্দাবন্দদি নীংথিবা কৈ লমহুই ওইরফাও।

ভরানীপাল

# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী মাহাত্ম্য

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা মালেম থোঙদাগ্রিঙৈ থোঙদাগ্রবনি ভারতগী ধর্ম্মগুরু কয়া। বুদ্ধদেব, নম্মাড়বার, ভগবান শঙ্করাচার্য্য, যতিরাজ রামানুজ, মধ্বাচার্য্য, বিষ্ণুস্বামী, নিম্বার্কাচার্য্য—মথোয়শিং অসিনা থোইথোইবনি। থোইথোইব'নি হায়বদ নত্তে, চৈতন্যদেবশুম অবতারনি চৎপা ঙাক্নি। বুদ্ধদেবগীদি গীত-গোবিন্দনা 'দশাবতার'দা শক্লিবত্নি।

নিন্দসি যজ্ঞবিধেরহহ শ্রুতিজাতং
সদয় হৃদয়দর্শিত পশুঘাতং
কেশব ধৃতবুদ্ধশরীর
জয় জগদীশ হরে।
বেদবিধিনা যজ্ঞদা জীববলি তৌবা
পেল্লুদ মথম্মোই চুংশিরু জীব তোল্লবা
বুদ্ধ কৌ তাইবং হকচাং পুরিবা হে কেশব
জৈ শ্রীহৃদ্ধি জগৎকী মবুঙো জৈ নঙী জৈ।

অতৈ খিবিক্কীস্থ অসি মঙায়। ভগবান শঙ্করবু শিবগী, যতিরাজ রামানুজবু লক্ষ্মণ (অনন্ত) গী, নিম্বার্কাচার্য্যবু সুদর্শনগী, নম্মাড়বারনচিংবা অহুম্বুনা বিষ্ণুগী অবতারনি মাগী মাগী যুগনা শক্লখিবা, লাংনখিবা ঙাক্নি। ভারতকী ধর্ম্মগী ইতিহাসনা লেঙদবা প্রমাণনি।

মথোয় ধর্ম্মগুরু পুম্নমক জগৎকল্যাণগী লাকপা ঙাক্নি, মাগী মাগী থোকপা কল্যাণগী লম্বী উৎলম্বা, তাক্লম্বা ঙাক্নি। অদুদা লৈ অমত্তং। চৈতন্যদেবগী মঁাঙোইনখিবা গুরুশিংদি চুমদ্রিং নাপাক অমত্ত হুম অদুম চৎখিবশুম তৌই, চৎখি। চৈতন্যদেবদি নাকয়েৎ হাইনা য়েং চৎপশুম তৌই, চৎলি। থোঙথাং খেল্লিবসিগী মরম লৈতবা নত্তে, চাউনা অদুম মরৈ। মথোয় মঁাঙোইনখিবা গুরুশিংদদি মানি সংসারসি অৱাবগী মশক্মক—অৱাবমক। মানি অদুনা মথোয়দা সংসারগী মরী ককপদনা লেঙদবা হুঙাইবগী লম্বী।

সংসারো দুঃখমেব।
দুঃখস্যাত্যন্তশেষোঽপবর্গঃ॥

মানি সংসার অৱাবমক।
মুক্তিনা অৱাবা শূমকোক কোকপা॥

চৈতন্যদেবদদি নত্তে সংসার অৱাবগী মশক, মানি মাধুর্য্যগী মশক, মধুর॥

ঈশ্বর মাধুর্য্যগী মশক্তি—মধুরনি। অমুক্তা, আনন্দগী মশক্তি—পবম রসনি। মশাগী রস মশানস্থ চুপকে, থ্‌য় অতৈদস্থ য়েনগে, সেম্বনি জগৎ অমসুং জীব। জীবদা মীনা থোইখোইবনি। ফাওই মঙোন্দদ মপুং ফানা জীবশক্তি, ফায মপুং প্রাণ।

ঈশ্বর মাধুর্য্যগী মশক্তি, পাম্বি—শান্নৈ লীলা। কৌই অদুনা মাবু 'লীলা লাবণ্য বিগ্রহ' লীলাগী নীংথিবা শক্তম। লীলাগী মীথিৎ জীব, মাগী অংশ ভাক্তি—মানি অদুম মাধুর্য্যগী মশক, মধুর। লীলাগী ক্ষেত্র জগৎ মহাক্কী মাযাগী মশক্তি—মশানি। মানি অদুনা, মাধুর্য্যগী মশক, মধুর।

মাধুর্য্যগী জগত্তা অৱাবা চঙদবা নত্তে, চঁডি হেক হেক মতাং মত ংদা. লাংডি জগৎ থীনা অৱা মৈথু। জগৎ মশাগী দোষনদি নত্তে, মীগীননি পুই চৈতন্যদেব। মী চিদংশ ওইরে ওইনা পোল্লি মায়াগী মথা। মীগী অপাম্বনচিংবা কযাগী খুদোং লৌ মাযানা মাবু মচু হেক হেক শঁডি। মচু থীনা শঙলক্লবদা মীদা মী যাওরক্তে। চৎলকই তুংইন অকায়বা, অমম্বা লম্বী ভাক। লাংডি জগৎ অৱামৈথু।

মিৎয়েংগী মতুংইন থেন্নৈ চৈতন্যদেবগা মাগী মমাঙ থাখিবা গুরুশিংগা কর্ম্মগী থোঙফমদা অদুগ। মঁঙোইনখিবশিংনা য়েংডি, থল্লি জগৎ-ৱাংমগীদ, পী শিক্ষাদীক্ষা মীওইবা জীবদা কক্কনি কবম জগৎকা মরী, চৎকনি কৈদা, চারুনি কবম ব্রহ্মানন্দ। খন্দে য়েংদে থোইনা মথোযদি জগৎকী। কৱিনা। জগত্তি মথোয়দা অৱাবগী মশক্কি শংশংবা—সেম্বা থোক্তবা। চৈতন্যদেবদদি জগৎ ভগবানগী লীলাক্ষেত্রনি—হয়াউ তয়াম্পূং; মী মানি লীলাগী মীথিৎ—ব্রহ্মামক্লা ফৎঙমদবা য়াইফ-মপোক; জগৎকী অৱাবা মানি চুমগী মায়ামোহগী খেল—মীনা ফৱগা হেক মকোকপা। চৎলি অদুনা মাগী কর্ম্মগী থোঙথাং

নাক য়েৎ হাইনা য়েং, শীল্লি চপচানা মীনা হুড়াইনা পাল্লনবা অসিদস্থ আদস্থ অনীমক্তা।

তাকপি জগদ্‌গুরু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব—

কৃষ্মি ভগবান ভক্তগী মশক লৌ জগত্তা হেক হেক।

অহমেব দ্বিজশ্রেষ্ঠ লীলা প্রচ্ছন্ন বিগ্রহ।

ভগবদ্ ভক্তরূপেণ লোকং রক্ষামি সর্ব্বদা॥

নৃসিংহ পুরাণ

মানি ঐদি দ্বিজশ্রেষ্ঠ অপুম্বা লীলাগী শক্তম।

শেল্লি জগৎ মতম থিবিক ভক্তগী শক্তম তন্না তম॥

প্রেম মানি হ্লাদিনীগী বৃত্তি'মা। মানি অদুনা ভগবান প্রেমগী মশক। য়েল্লি অদুনোং তৎপা লৈত প্রেম জগত্তা ভগবান।

অমবোমদনা ভক্তদি ভক্তিমান্নি—চেল্লি ভক্তি।

ভক্তিনা মানি পরম প্রেমরূপা—থোইথোইবা প্রেমগী মশক।

সা কস্মৈচিৎ পরমপ্রেমরূপা।

নারদ ভক্তিস্থত্র

মানি মাদি ( ভক্তি ) থোইথোইবা প্রেম কনাই কা।

মানি মী জীবদা থোইথোইবা। ফাওবনি মঙোন্দদা মপূং ফানা জীবশক্তি, ফাবনি মঙোন্দদা মপূং প্রাণ। সেম্বনি জীব ভগবানগী স্বরূপশক্তি চিচ্ছক্তিনা বহিরঙ্গা শক্তি জীবশক্তিদা তোং। মানি অদুনা জীব চিদংশ, মীনা চিদংশদা থোইথোইবা। সেম্বনা সেবাগীনি। মানি অদুনা মী ভগবানগী নিত্যদাস—লৈভদবা মদাই, সেবানা মাগী বৃত্তি মশিনক্তম।

ভক্তিদা থোইথোইবা মানি রাগাত্মিকা ভক্তি—ঈশ্বরবু ঐগীনি, ঐগীমক্তি হায়না নীংবা। চংলি খঙ ভক্তি মওংসিদা ঈশ্বরনা সম্বন্ধ—সাধ্য, ভক্তিনা অভিধেয়-সাধন, প্রেম্না প্রয়োজন-ভূমি। অচম্বা লোন্দনা —চংলু ঈশ্বরদা মরী মতা অমত্তম; খঙ্‌ু থোক্লবা মরীনা কৌই ভক্তি চংকদবনা প্রেম।

তৌ জীবদা দয়া,
ঈশ্বরদা ভক্তি
ভক্তিগী সাধন খঁঙ্ মানি কীর্ত্তন।
কলিযুগই ধর্ম্ম মানি কৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তন।

তৌ নাম সঙ্কীর্ত্তন—শেংগনি থম্মোই, কোক্কনি সংসারগী মৈশা, ফংগনি য়াইফবা চঙাইবা, ফংগনি বিদ্যা অঙংব', চাগনি পেন্না পোক্লমল মহৈ, কোক্কনি লোইনা পাপ।

চেতোদর্পণমার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্ব্বাপনং।
শ্রেয়ঃ কৈরবচন্দ্রিকাবিতরণং বিদ্যাবধূ জীবনং।
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং।
সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনং॥

শিক্ষাষ্টক

চঙদে ঈশ্বরদা জাতি বর্ণগী বিচার। থায়দে নিপা, নুপী; নাইদে ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য, শূদ্র—মান্নে চপ, অমত্তনি।

বৈষ্ণবতি নাপীনি, চৎনি নোন্না নাপী মতম।
উপালনি, থাঙনি লোইনা অন্নাবা, অন্না-চৈনা থাঙনা
থাঙনা তৌনি অদুম মীগী সেবা। তৌফদে কদৌ বৈষ্ণবনা
নাপল, কাউনি লোইনা মশাগী মতিক মগুণ. চৎনি থঙনা
'দুবু মীগী মতিক মঙাল।

তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরি॥

গৌড়দেশনা মুস্লীমগী শেগা থারকপা চহী চনীয়াথেরোম হায়রকপা মতাংদনি চৈতন্যদেবনা মালেম খোঙদায়রবা। ধর্ম্মদা য়েংঙি মনসা পূজাগুম্বনা অয়োবা ওইনা চৎপা, নোংমা জগৎপু ঙংনা কোল্লম্বা বৌদ্ধধর্ম্মগুম্বা অচৌবা ধর্ম্মনমু থীনা মাঙথরকপা; মীদা য়েংঙি কুইনা নাইফম ওলকপনা মথব্রায় ইশি শিবা, মী পঙওই ওইদবগুম তৌবা, সমাজদা য়েংঙি নিপা নুপী থীনা নাইবা;

অমরোমদনা, ব্রাহ্মণনা মথা থাবা বর্ণ অহুম নৈবা, ক্ষত্রীয়গ অনী নৈবা, থক্কী অনীগা বৈশ্যগা অহুমনা শূদ্র নৈবা, অথঙ-অহৈ, য়াইতোং-থমদোঙশিংদা য়েংঙি করিস্থ নক্লবা থাউ-য়াউবা খুম অমা উবদা 'থাউগী খুম'না চুম্বরা 'খুমগী থাউ'না চুম্বরা হায়রবা অরেম্বা বিচারদা লুপ্তুনা লৈবা; অপুনবা লৈবাক্তা য়েংঙি জাৎ, ধর্ম্ম, লোল, য়াহিপ-চাকচা পূমতিল তিন্নদবা মীগী শেগা থানা পানবগী হৌনবা খোঙফম খূদিং করি ওইরগবা ইথুক্ত থুকপা মতাংনি।

মতম লিন্নি, চক্তে থক চুমদ্রিং, চৎলি খেন্না খোয়। চুমদে মরীক্স অদুম। মূথৎলি অরিবা কয়া, খেচ্চিল্লি অনৌবা কয়া। শান্নে কয়া অফ-ফত্ত হোংদোক-হোংজিল। ওয়াং ফরঙ্গা ফক্তে ঙসি। ওয়াং ফৎলমদবনা ফয়ে ঙসিদি অদুম। অফবা কয়া হাৎলি মচু, উৎলি শেরান। ফত্তবা কয়া শঁঙি মচু শান্নে মিক্রং, গুশ্মি লোইনা ভাবুক। হোংঙি তুংইন মীওইবা জীবগী ব্রাখল ফিদম, মিৎয়েং পান্দম, পুনশিগী অর্থ মরো। সত্ত্ব গুণনা মপুং চৎলে লাইগী লীচৎনা, রজঃ গুণনা চৎলে মীগী লীচৎনা, তমঃ গুণনা চৎলে শাগী লীচৎনা পুই অদুম জগৎ। ঈংঙি, মুঙাই, শাউই তুংইন।

চৈতন্যদেব থেংনয়ে গৌড় থীনা শাউরবা মতম। উই হুংশিনদে মীনা মী। চৎনৈ মশা মশাগীদ য়েং। য়েংনদে মীগী কৌবা অমক্ত। সমাজদা হিংনা হিংনা উনদে, থঙনদে সমাজ কনামত। গৌড় লৈকংলানি, তাঁঙি-নংঙি থীনা প্রেমগী ঈরা। চৎলি অদুনা মহাক্কী শিক্ষাদীক্ষাশিংসিদি ইহ, পর লোক অনীগী কল্যাণগী তুনা অদুম।

অমরোমদনা, মানি জগৎ ভগবানগীনা অফোংবা লীলাগী ক্ষেত্র, মীওইবা জীবগীনা সাধনগী। বক্ত অমগী শরুক য়াবা তায়বদা তালিম অমা চঙবগুম ভগবানগী নিত্যলীলাগী শরক য়াবদা যোগ্যতা লৈনবা সাধন অমা চঁঙি। পীনবনি অদুনা ঐহিক, পারত্রিক কল্যাণগী তুনা অদুম। তাকই—

> মানি জগৎ ভগবানগী অনীমুবা লীলা ক্ষেত্র—হরাউ তয়ামপুং। মীনা শোসবগী লাংবদনি অরা-মৈথু। মহাক্সা মশাগী মশক, মশাগী মখো থঙনা জ্ঞান লৈনা চৎলবা লৈনি জগৎ অদুম হরাউপুংগী হরাউপুং—লাংলোই কদো অরামৈথু।

মী লাকপনি সেবাগী। মানি সেবা পুনশিগী বৃত্তি—থৌগাই। চৎলু সেবা ধর্ম্ম। মুংশিযু জীব, তৌ সেবা। মানি মথোয় ভগবানগী মশেক মণ্ডাল ডাক—মিৎনা উবা ভগবান। মানি মথোয়গী সেবা ভগবদ্ সেবা—ভগবানগী নিত্যলীলাদা সেবন অধিকারগী সাধন।

সেবাদা প্রেমসেবানা ইথোই থোই। কবিনা। ঐগীনি পুবনা থরায-হকচাং পুক্নীং লোইনা চঙনা তৌই। তৌ প্রেমসেবা, চৎলু "জগৎ পুম্বা ঐগীনি।" হৈনরক্কনি, হৈনখিনি অদুম। চাগনি মহৈ তৌজমল, য়ানগনি মহৈ পোক্নমল।

নিপা মুপী হক অমত্তনা সৃষ্টিগী তংথাব তাবনি। শ্রুতিনা প্রমাণনি। অদুবু, মপাংগল নৌনা লাকখিমল তাংখি, থাখি নিপাগী শেগা। নিপানস্ত খূদোং যং লাকশিনখি মাবু অস্নুম অস্তম নোংমনোং, চনখি ইমুং, থমখি ইমুং-মচুং কোই। মাখি তুংইন মুপী থীনা মশাগী চক। অপাল অপিল ফুংগাদদি ইমুং চনবদ নত্তনা ম্বিজঙ মরুম চনখি। অসূর্য্যম্পশ্যা, ভুমিৎ-মশক-উদবী, হায়বা মিংথোন্না লেয়্রজখি। মদুনা তাবকপনা সমাজ মশা-তংথাব-শিবা মীগা অক্সা ওইররে। অমরোমদনা, মথোঙ-নামত-পানবা গন্ধর্ব্ব—মীমরামগী মতম, চৎলে চোং চোং মচৎপা, তুরে হৌগৎপা থীনা ব্রানা মথোকপা ফিভমদা অদুম তাররবনি সমাজ।

অমুক অমনা বর্ণভেদগী দোষ অমনি। ভারতকী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী থাক্সা থেংনা কাবা বর্ণ খাযবদগীনি। অদুবু, মতম্না জাত্যভিমান পোক্নকপা, থাকী অমসুং থৌগাইগী খূদোং লৌনরকপা, তুংইন, অচৌ-পিশক, অনেম-অবাং থীনা থায়রকপা—পূম্নমক অসিনা ওইরকখি অস্নুম অস্তম নোংমনো সমাজগী মাঙনবা, ব্রানবা মরম অচৌবা অমা। পীনখি শ্রীদুনোং শিক্ষাদীক্ষা মতমগী পোইবে য়েং—

চঙদে ঈশ্বরদা নিপা মুপী থঙদে ব্রাহ্মণ-ক্ষত্র-বৈশ্য-শূদ্র থঙদে অমত্তগী বিচার। মথোয় অমসু অমসু অমত্তনি-অক্সানি।

পীখি তুংইন শূদ্রদা, ম্লেচ্ছকাওনি, গুরুগী আসন। রামানন্দ, হরিদাস, শ্রীবাসগী মচল লৌখি লোইনা গুরুগী আসন। গঙ্গা নারায়ণ চক্রবর্ত্তী ওইরৈ

ঠাকুর মহাশয়দা গুরু। জীব ভগবানগী নিত্যদাসনি, সেবানা পুনশিগী বৃত্তিনি নাংসিংনবা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী পুম্নমক হৌরকফম অনেম-অরাংগী রাখল লোইনা তুংদা থম লৌখি দাস-দাসী উপাধি। হাপখি অতম মতম্না মণিক মঙাল শিরবা হুপীদ। নৌহৌনা মতিক মঙাল, পীনখি বৈষম্যনা মতুং তারবা ওলাং ওনশাউববা সমাজদা সাম্য অমসুং শান্তি।

সাগাতাব চেৎনা মরা তানবা মীগী অহন্দাদ নাপিমৈথ লাকশিন্নবা পীখি শিক্ষাদীক্ষ —

বৈষ্ণবতি নাপীনি, চৎকনি নাপী মতম।
মানি মাদি উপাল, চৎকনি উপাল মতম॥

চুম্না শিক্ষাদীক্ষাদ পীবা নত্তে চৈতন্যদেব, মশাগী শাজৎ লৌচৎ বয়ানস্ন উৎলি অতুম কলাংগী লম্বী। তৌই চাঁদ কাজীর গ্রাম সম্বন্ধনি, মুংশিনমক মামা; তৌই মুনমক হরিদাসবু, তৌবি সেবা পেম্না মাগী তস্থিমদা, তৌই মশামক্না মাগী অন্ত্যেষ্টি ক্রিয়া। তাকই অতুম জগত্তা—

চংদে ঈশ্বরদা জাতি বিজাতিগী বিচার,
মীগী মী অন্ধানি—অমরুনি। মুংশিনগদবনি।
প্রেম্না, প্রেমদনা পুনবনি জগৎ।

কাজীনা সঙ্কীর্ত্তন থিংথৈ পুই, চৎলি সঙ্কীর্ত্তন, থেংনৈ করি থুকপা লৈতে কাজী। উৎলি জগত্তা—

অকবা অচুম্বগীদমক্তি পীগনি মী,
পীগদৌবমক্তি তরাই থরায়-হকচাং পোম্না।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা ভগৎকল্যাণগী চেৎম চোংলম্না তরামঙাকুবা শতাব্দীগা তপাতুরকতবগা অনীগী যুগসন্ধিদনি। অতুবু মাগী রাখল নিদম, মিৎয়েং পান্দম, পুনশিগা অর্থ মরৌদি মুক্তে, মুক্তি, মুথৎপা তৌদে কদৌ মুথৎপদ থংবা মতম্না, চৎলি মতমগী মতুং ইন যুগ খুদিংদা অতুম, ওইস্ন ওইনরি যুগ খুদিংনা মথোয় মথোয়গীমক অতুম। চেনখি নোংমা অতুনোং মতুংগী যুগমদা স্বামী

বিবেকানন্দনা 'বিশ্ববুটুম্ববং', শকথি নোংমা অমুক সাধক মুকুন্দদাসনা চৎলিবা শতাব্দীগা মাঙ্গীগা অনীগী যুগসন্ধিদা—

গাইতে হবে
নাচতে হবে
লাগতে হবে
জগৎবীণা যে স্থরেতে বাজে।

চেল্লখি ঙৱাংদস্থ বাপুজী সাম্যগী, উৎথি থেংথাং কয়া আজাদীগী লান্দা সত্যাগ্রহ।

শন্না, তাকপিরম্মি জগত্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব—

ভগবান প্রেমগী মশল্লি। মী মানি ভগবানগী নিত্যদাস—সেবানা বৃত্তি। জীব মানি লোইনা চিদংশ ঙাক—মিৎনা উবা ভগবান। মুংশিম্নু জীব—ভগবদপ্রেম্নি। তৌ জীবগী সেবা—ভগবদ্ সেবানি। জীবপুম্বা থল্ল নশানি, নহীনি, নঙ্গীনি, তৌ প্রেমগী সেবা, চাগনি মহে তৌজমল সিদস্থ আদস্থ অনীমত্তা। চপী মীনি, পীমু লোইনা মীগী হক—যাইফনি সমাজ। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্র, বৈশ্য, শূদ্র—সেবাগীনি লোইনবা, থাদোকউ থাক্কী, থাক্কী শক্তি অমসুং মর্য্যাদাগী ভাব—অৱানবনি, থল্ল লোইনা নথোয দাস দাসী ঙাক্লি—পানগনি ঈংনা সমাজ। নশা থনগস্থ ৱাংনা, থল্ল মীবু ৱাংনা। চৎলু নোম্না, তশ্মু খাঙহৈবা। মুংশিম্নু বিজাতি বিধর্ম্মী—ঈংগনি জগৎ শান্তিদা মতম লৈবা থিবিক।

প্রেমাবতারগী প্রেমগী মশক্তক ওইরবা মুথবাণীনা হাপথি নোংহোনা ভারতকী নীংথিবী সংস্কৃতিগী মথৱায়। পোকথি নোহৌনা প্রেম নংলবা জগত্তা জীবপ্রেম। নীংসিংনবগুম তৌথি ভারতকী পাবোল পুরোল মথং মথং চৎনরকপা নীংথিবা ধর্ম্মগী বিধান—

দরিদ্রান্ ভর কৌন্তেয মা প্রযচ্ছ ঈশ্বরে ধনম্।
নীরুজস্য কিমৌষধৈঃ।

পীজো থম্না মাইর-অনং কৎলুহু লাইদা শেল।
চঙত্রা নাদবদা হিদাক।

পোকখি অমুম নোহোনা অমুক লোকজনার্দ্দন সেবা, দৰিদ্ৰনাৰায়ণ পূজা। লাকখি তুংইম ঙসি অর্থনীতিগী ক্ষেত্ৰদা "গৰীবী হটাউ"গী নীতি। চৎলি অমুম ঙসি কুনসুবা শতাব্দীগী ভাৰত্তা শ্ৰীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী প্ৰেমগী শিক্ষাদীক্ষা খিবিক্লকী মমল। কনানা শকপা ঙম্মগনি প্ৰেমাবতাৰ মহাক্কী মাহাত্ম্য! পুৰক্লি ভাৰত জগৎ ঙসি চহী চাম্দা, পুখিগনি অমুক্ক, চুমিৎনা থানা মুত্ৰিফাও প্ৰেমাবতাৰ শ্ৰীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী প্ৰেম অমসুং প্ৰেমগী শিক্ষাদীক্ষা।

নমো মহাবদান্যায় কৃষ্ণপ্ৰেমপ্ৰদায় তে।
কৃষ্ণায় কৃষ্ণচৈতন্য নাম্নে গৌৰত্বিষে নমঃ।।

থৃকমজৈ নঙোন্দা পীনহৈবা কৃষ্ণপ্ৰেম পীনবা।
কৃষ্ণচৈতন্য কৌবা হে কৃষ্ণ নঙাম্না ঙৌৰিবা।।

হৰিঃ ওঁ শান্তিঃ